ফোংঅবা—

অকোইজম ইন্দ্রকুমার

খাই উরিপোক

ইম্ফাল।



অহানবা ফোংবা—১৯৮২ ইং

কোপী মশীং—১৫০০

ছাপী নম্ফম—১। নোংগা লৈমা প্রেস, হাওবম মবক। —(পেজ ১—২৪)
২। পেরেদাইজ প্রেস, পাওনা বাজার। —( ,, ২৫—১০৪)
৩। ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, য়াইস্কুল, ইম্ফাল। —( ,, —৮৮)

(স্থপ্পা পেজ ২১৬)

# ঈয়েক্-সল্লাঙ্গ



---

# মমাংগী রাহয় থরা

লাইব্রিক অসী মনিপুর সরকারগী লৈব্রিবা, মহৈ লোইশঙগী মতেংদগী কোংজব লাইব্রিক্নি। ঈয়েক-সল্লাই কৌবা লাইব্রিক মচা অসি, মতম কুইনগী মমাংদগী লৈপাক নিংথৌ, মীয়ামগী য়াংদা পুথোকচনিংহনা লৈজরক্লবনি। অরাবা থুদোংথিবা অমদগী ঙমদহনা লাইব্রিক অসি লৈরকপদগী। অকোইজম ইন্দ্রকুমার পীবা ঙমথং অসিনা অরাবা হক চাউনা পুবিবগা লোয়ননা।

হন্দক্তা নৌনা মনিপুর সরকার, ইডুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা মতেং পিবীবদগী ফোংদোকচবা ঙমজবা লাইব্রিক্নি। লাইব্রিক অসিগী মতেং পিবিরকপা অমসুং অরাবা হক পুথিবা, পুকচেল চাউবা অমদি লৈপাক মপু কার্ট প্যারিক্ক বিভাকপু তৌবিয়ল থগবা উৎপা ওইনা হন্না হন্না থৈগ্গাবাড তৌনা থাগৎচরি।

পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্তা লৈব্রিবা ঈয়েক-সাল্লাঈ সাগৈ পুম্নমক্কী পোকলেন লাইথৌনিবদা, সক সোনবা মতমদা য়াওদবা য়াত্রবা "পুয়া", লোনগী অরুবা অহানবা সৈহৌনবা লাইব্রিক অসিগী মহুৎদা য়াওরিবসি ঈয়েক সল্লাঈ সাগৈগী পোকলেন থৌনিবা হৌবা লৌবদা পুরোপ ৭-৮-৯ গী বাহৌনবা ইবসি বাকোক মকোক কৌবা "পুয়া", অহুদা অপোকপোনগী বাহৈ অসি ইরম্বনি। হৌখিবা অহল লাইওইবা পুম্নমক্তা পুরোই মসিন কৌবা পুয়া অহুদনা ঈয়েক-সল্লাঈগী চৎনবী মরম পুম্নমক

ন্থুনা ইবিরম্মী। লাইরিক অসিগী মরু ওইবা রাকম কয়ামুক মচা থায়না কুপ্না ইস্থাবিরম্বা চোংথাম মেরা মচা, থাই নাগ মপাল চুঙথাম লৈকাই অমদি সোরাইসম থোনো, থমনাং লৈরক। অমদি ওক্রম নিকতাঈ ছিংচামৈ ওক্রম লৈকাই। অমদি ঈরেংপম নোবিল, কাকৈথেল লমতোংদা। হেজিক লৈরিবা অহল লাই ওইরক্লিবা ওবা অসিনা মরম পুন্নমক অসী ওম্না থঙলম্বগী ময়োঙদা অহল লাই ওইরক্লবা ওবা অসিগী খুশাকুগী ফংজব 'পুয়া' লাইরিক কয়ামুকসু মথল মথল মছিং থাবা ওমদবা মখে থলনা লৈরী।

লৈশেমলোন অরিবা পুয়া, ঈরেং পুবারী পুয়া, সাকোক সাতিং, নোংলোন-হিরী লৈরিবা পাথওবা য়ুম্বী পুয়া, স্নামহি হুইরোই পাথংবা থীরেস তাংক্রু লমলেন সাকোক সারুম কাইবিরোন, অমমনোংলোন, সাতিং অচৌবা অসিনচিংবা পুয়া লাইরিক কয়ামুক্তা ইবিরম্বনি।

## লাইরিক লেংবা য়েক নং ৩২৫৬॥

অনচি অকোইজম নোদিয়াচান্দ ওরফে অকোইজাম্বা পীব। স্নাকোম্নুঙ মৈতৈ চৎলম য়াংবী উমংলাই লোইসঙগী অমাম্বপীবা ডিতিম ড়োট কাকৈথেল মখা কোঞ্জেং লৈকাই, ইম্ফাল ১৯৭৯ ইং

লাইরিক অসী মৈতৈ ময়েক; লোন অরিবদগী হন্দোক্নুনা অনৌবা লোন্দা বেঙ্গোলী ময়েক্না ইথোকপা। মৈতৈ লাইয়েক ময়েক ১৩ না শাবা পাফন পুয়া ১, ময়েক ১৬ না শাবা খুপাক খুনম লোন পুয়া ১, ময়েক ১১ না শাবা পাখং মুম্বী পুয়া ১, ময়েক ১৮ না শাবা সাকোক থিরেন পুয়া ১, ময়েক ২৫ না সাবা খুমুং কোক-কাঙ্গী পুয়া ১, ময়েক ২৭ না সাবা খাগেলবা মা হাক্কী লায়োন কৌবা পুয়া ১, অসিগী কোম্লবা ময়েক ৩৬ না সাবা কাইবিরোন সাকোক কৌবা পুয়া ১, ময়েক ৪৪ না সাবা খমমুঙ ঈঙান লৈসাবা কৌবা পুয়া ১, লাইরিক মমিং মাম্নবা থিরেল লাংপুম মথল মথলগী লাইরিক মমিং মাম্নবা লিছিং ৩ গী মথক্তা লৈ, হায়নরি অহৈ অসিং কয়ানা ঐনদি লিছিং ৩ সুনা ফংজগ্রি।

হায়রিবা লাইরিক মথক্তা পনগ্রিবা খরা অসিদগী লৌ-থোকচবা খরগা, ঐনা মরুপ-মপাংসিংদগী ফংজরুবা খরগা লোইননা থোমজিন তাশিনজহনা লাইরিক মচা অসিমা সেমগৎ সাগৎতুনা ওইহনজবনি। খঙনুরবগী শরুমদা, অহৈ-অসিংনা মিৎয়েং চিংসনবীয়ু॥

মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাকলোনগী খুৎসু খুংলাঙ্গ চাউরাকপা খরা। ১—হৃয়িচক নিংথৌ কাংবগী মতমদা কিয়ান অমা য়ুংলগা অচুম অরান খঙনরম্মী। নিংথৌ ১৩০ পালখিবগী অপালবা নিংথৌগী মথল মথল চৎনবী লৈনগ্রে। হৈয়া চক্কী নিংথৌ মপু থিবগী মতমদা ঈরুপনরগা অচুম অরান খঙনরম্মী। নিংথৌ

১২০ গী অপালবা নিংথৌ খুন্দিং, মাগী মাগী চংনবী ত্তোঙান তোঙান লৈনরি। খুন্নুংচকী নিংথৌ সেনখ্রেংগী হাক্তক্তা বায়েন কাভিনা চপলগা অচুম অরান খঙনরম্মী। চক অসিদা নিংথৌ ১১৫ পালখিবগী অপালবা নিংথৌগী মাগী মাগী চংনবী লৈখরে। কোয়া চকী নিংথৌ নোংদম নোংদা লাই পাখংবগী হাক্তকী পুম্বা পায়নরগা খঙনরে। য়োইমোংবা লিক্লং তেন্দোং তাওখিং মাং তা খাংম্বনবা থাং খোপোমপা। নিংথৌরেন ৪৭ শুবা মোংয়াং ঙমবা তা খাংম্ব নহা। ৪৮ সুবা নিংথৌরেন খোগেম্প্রো খাগেলবা থাং খোপোম্বা। ৫২ সুবা নিংথৌরেন চরাইরোংবা লিক্লং তেন। ৫৩ সুবা সা চহি অহুম শাম্ম অঙোবা নিংথৌরেন চৈকক পনথৈ অমা॥

খক্তা হৌথিবা, লৈপাক পুরম্বা অমাইসিংনা ইরম্বা লাইয়েক্ ময়েক্তা পুম্বা লাইরিক সিম্ফারম্বা পোইরৈ ফাৎথিবা সিংগী মমিং চাউরাকপা খরা।

১—হয়ি চকতা কোক্র লাই লোংবানা সাকোক সারুম = ইরেং পুবারি।

২—হৈয়া চকতা খোংখোং করান লমপুবনা মপু থিবা পুয়া।

৩—খুহূঙ চকতা খাই খুলে-ঙম্বনা খমনুঙ-ইঙান লৈসাবা পুয়া।

৪—কোয়া চকতা খোংঙাক কুরুম্বনা হিরি লংখুং য়াংগেন পুয়া। মখং পোইরৈতোননা সাকোক লমলেন = মখং অকোইজম তোমপোঙ্গনা পাম্বোইবা খোংকুল অসাংবম লাইবনা মহৌ মকোক। মখং মখং

## ঈয়েক-সল্লাঈ মঙা

— (0) —

১—অপোইমচানা পাখংবা য়াংবী, তাওরোই লাইয়াংবী, ইমোইনু ২—সামুরো চিগোং সেকচিল। ৩—নিংথৌজম ক্যাম্বা পাখংবা খিরেন। ৪—কনক খেঙ্জ্রা সাকোক, চৈচক ( সুবীকা ) অমম নোংলোন। ৫—খোংনাং থাবা, ঈরু লাইসোন, অতাই লাইসোন, নাহৈরোন, অনম অথৌ লৈসেম লোন অ রবা। ৬—সোরাম স্না সনকাউ মখল (৭) মরি। ৭—মোইরাং সাথি লৈমরেল নাওয়োম, লৈখা নোংখালোন। ৮—য়ুমনাম তোম্বা চিংকোইলোন। ৯—লোংজম খোমা, লৈশাং খোমা হায়না খঙনরি স্নামহি ফাংখোং তরা ( ১০ )। ১০—কপুই তোম্বা চিংলোন লাইহুঈ। পোইরৈতোন খুম্বোকপা। ১১—থোংহি মাইবা সিংথেন, মিয়াংতা, পোইরৈতোন খোংফাং। ১২—নিঙোম্বা হিচিকা, পোইরৈতোন নিংচিৎ। ১৩—য়াম্বেম ফৌকাক সীংকক। ১৪—থুথুর্ন তেবীপা হিচিক-কা। ১৫—সেকমাই ফদিবা লৈমরেল সেক্লিং। ১৬—থাই কেক্রু থাখেলবা লাংচৈ। ১৭—লাকোন লুখোই সিংথ, লাতোঈ, নিংথৌরোন চৈথল। ১৮—বাংঙবা লৈথক লৈখারোন। ১৯—উচিবী লৈমরেল সেক্লিং উনকোঈ। ২০—মোইরাং লগাহবা স্নামহী লাইকন, স্নামহী হুইরোই। ২১—অকোইজম লাংমৈবা পামহৈবা লারৈ লাথুপ, শিংকক, থেবালোন। ২২—সিম্বাবা অকোইজম নোংদিয়াচান্দ ওয়কে অকোইজাম্বা পিবা, ই.শো.ক ১৯৪৫ দগী হৌবা, থ.রাল-মুঙলোন, মেরা হৌচোংবা ক.লা মেন তোংবা, থারোন-নোং-থাইরোন, ঈঙান-সাংপুম, থমমুঙ ঈঙান, পারী নোংদবা, বাথুন

# ঈয়েক-সল্লাঈ

— (০) —

পোমিং, ঈয়েক সল্লাঈ, হুমিং-থাপাল, বুধচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী সিম্মারকপা লাইরিক্। মচা ইথুঙো ওকেন্দ্রোজিৎ হাওবাংনেস ভি মহারাজগী মতম ১৯৮২ ইং কুমজা অসি ঙাওবগী মঙুচদা সাপা তৌরবা, লাইরিক খরগী মিংনি॥ মথং মথা চংথরকপা মৈতৈ ময়েক লোন অয়িবদগী অনৌবা লোন্দা হন্থোকুনা ইবা লাইরিক খরশু সাপা নমথোক্লগা মসিং য়াম্না পুথোক্লবগী থৌরাংশু মথং মথং লৈজরি। অকোইজম পিবা মৈতৈ পুম্বা লোন অয়িবদগী ইথোকলকপা ঐনা লে বা লাইরিক —বাথুন পোমিং কোঙথিবা শৌরেম রাজেন মচাং, মাইথম লৈকাই। ২—ঈয়েক-সল্লাঈ অমসুং হুমিং-থাপাল কোঙথিবা সৌগ্রাকপম য়াইমা, মচাং মোংসাংগৈ। ৩—ঈয়েক-সল্লাঈ কোঙথিবা অকোইজম ইন্দ্রকুমার, অঙোমচা. থাই উয়িপোক ময়াঈ লৈকাঈ ঈম্ফাল। মণিপুরদা লাইরিক সারা নমলগা মছং য়াম্নবা পুথোকথিবা অহানবা, মীঃ হাওবীজম জৈতৈ॥

# সিন্থাবগী মতম্ চৈচৎ মছিং মতম থগুনবা

লৈখোং নোংখোং কোয়বা চীং-তম কংলৈ পুঙময়োন্দা নিংথৌ অহানবা পাখঙ য়োংইরেন তোমপোকপদগী হৌন। থিরকপা মসিং।

| | | |
|---|---|---|
| ১—চীং-তম কংলৈগী চৈচৎ মছিং | — | ১২,৩৪,৬৩৭। |
| ২—মোরিয়া ফম্বাল চাগী কুম্বাবা মছিং | — | ৩৩৮০। |
| ৩—খৃস্ত ইংরেজীগী শোক | — | ১৯৮২। |
| ৪—হিন্দুগী শকাব্দ | — | ১৯০৪। |
| ৫—আশাম্মীগী সন | — | ১৩৮৯। |
| ৬—চন্দ্রাব্দ | — | ১১৯৪। |

১। ঈয়েক তরেৎনা কংলৈ পীবা শক থগুনিংবা মতম।
২। হীজ হায়নেস ডি মহারাজ ওকেন্দ্রজিৎনা ভারত-তগী য়েক্ল মহারাজ ওইবদগী চীং-তম কংলৈ পুঙমযোন্দা নিংথৌ ওইবা মতম। ৩। চীংমী রীসাংনা চিক মীনিস্টর ওইবা মতম।

মতম খোংলৈ ভুংইয়না

হয়ি হয়া খুন্নুঙ-কোয়া চকপালোম মদীমকী ঈয়েক-সল্লাঈগী লাইরিক ফোঙস্নরে।

ঈয়েক সন্নাঈ

— (০) —

# অয়ি-অনৌ খঙনবা

পূয়াগা ময়ি লৈননা ইবা লাইয়িক অসি পূয়াগী বাহস্তোক বাহয় খোস্তোক অসি লোন অমনা বাহস্তোক বাহয় অহুম থোক্লা পুথোকই বাহন অমদি লাইয়িক অসি পারকপদা মঙগী মথক্তা মঙ মঙদনা লৈবা তরংদা পামভৈ থিবগুম থোকই। বাহন খোস্তোক অমগী বাহয়না তায়বঙ মঙলানগী মতৌগুম্না থোকই।

ময়মদি লাইয়িক অসি ঐনা ইয়কপা মতমদা অরুম অয়াংগী খোস্তোক থরা খেন্নবা বাহয় য়াওদবা য়াদবা ময়ম্না য়াওগ্রে, ময়মদি পূয়া ময়েকী খোস্তোক লোনগা বেঙ্গোল্লী ময়েক্কী খোস্তোক লোনগা বাহস্তোক লোন অনি অসি চানদে, কয়িগী নোঃ হায়বদি ময়েক মসিং মান্নদবা, অমদি জাতি খেন্নবগী খোস্তোক তিন্নদবা ময়ম্না চৈতপকী খোস্তোক মান্নদে, ইয় ক্লবা লাইয়িক অসিনদি বেঙ্গোল্লী ময়েক্লা ইবনিনা মতমগী বাহৈ খোস্তোক্লা চাননবা ঈয়কপদা ময়েক নাতৈ সমখিবা চৈতপ ইনিল সোয়খিবা ময়েক মসোন লানখিবা, খোস্তোকী মচুংইন্না কোমা, সেমী কোলন, চৈথৈ লৈকম ফম্ফম ওন্নবা ময়ম পূম্নমক য়েংনা পাবিয়ু।

অয়িবা পূয়া লাইয়িক্কী লোনগা ময়ী লৈননা ইবা লাইয়িক্কি খৌজান হৈবা হৈবী পূম্নমক্লা অসোয় অঙাম য়েংনা পাবিয়ু চুংসি ইচেল য়াওয়ন্নবদি সিঙেল চিন্নবিয়ু লৈয়াং তান্নবিয়ু, লৈকোয় মপূ ওইয়িবা ওইয়িবী পূম্নমক্লা॥

অনচি অকোইজাম্বা শীবা

— (O) —

১। কহস্কঃ চক্তা তিংকা কোন্না পান্নে, চীংঙু মপুন্নেল সিদবা হায়রগা খঙনৈ। ২—থোই হস্কঃ চক্তা অতিংকোন্না পান্নে। নিংথৌ কুক্ল সিদবা হায়না খঙনৈ। ৩—তৈত:ন্না হস্কঃ চক্তা অতিংঙা সিদবনা পান্নে। নিংথৌ সোয়ান্নেন হায়না তেংথানৈএ। ৪—পোই হস্কঃ চক্তা অতীয়া সিদবনা পান্নে। মনুং মপাল উবা তেংপানবা হায়না তেংথানৈএ। কুমছিং লথা অচৌবা ১৯,৫৫৮৮৯৩০, বৃন্দ ১৯ লক্ষা ৫৫ লিছিং ৯০। চমাপন কুম্থ্রামঙা ৯৭৫। লথা মচা চহি ১৬,২৯,৯০৮। লথা ১৬ লিছিং ২৯। চামাপন নিপাল ৯০৮ অসিনা হংকোঃ অনিমক্তা পানল্লে।

৩—মথক্কী হংকোগা লোয়ননা ৩—তয়ো হস্কঃ চক্তা অসীবা কোনসেন ম্না কুহিং সিদবনা পান্নে, কুমছিং চহি ৫৭৮৪৭ পানল্লে। ৪—পোইহস্কঃ চক্তা কৌবয়েন্না পান্নে। কুমছিং চহি ১১, ৭৯,৯০২ ( লাখা তরামাথোই লিছিং ৭৯ চামাপন অনি ) ৯০২ অসিগী মনুঙ হংকেঃ মরি অসিদা লাইগী নিংথৌ ১০৮ পানল্লে। (১) কহস্কঃ চক হায়বা অমা, (২) থোইহস্কঃ চক হায়বা অমা (৩) তৈয়ো হস্কঃ চক হায়বা অমা, (৪) পোইহস্কঃ চক হায়বা অমা। হঙকো চক মরি অসিনা লাই হাক্তকী চক মরিনি। চকপয়োল অসি অহানবা কলিস্থ লৈত্রিতৈগী অমম্বদগী অঙানবা মঙান খয়তমক উহনলগ্না চকনি। লৈপাক মমিংদি পোইরৈ নমথক সায়োন পুঙ কৌরম্মী।

১। হয়ি চক্তা পাখঙ য়োইরেন তোনপোকপা কোনা পালমলে, মাগা থান্না নিংথৌ ১:০ পানখিএ। কুমছিং লথা অচৌবা ২০,৯০০০ ( লথা কুন লিছিং মায়কুতয়া )

লখা মচা চহি ২৭৪০২ ( লখা অনি লিছিং তরেৎ চামরি অনি )।

লৈপাক মমিংদি তিনশি কোকতোং অশানবা কৌএ। চক অসিগী মহুঙদা তরেৎ লৈকাম খেমতানা পাল্লবা চহি লখা অমা লিছিং মাপন স্নুনা স্নামহিনা পাল্লমঈ। লৈপাক মমিংদি লৈতাং কাংওইপু কৌএ॥

২। হৈয়া চক্তা তাংজ লিশনা পাখঙবা কৌনা পাল্লে। মাগা থানা নিংথৌ ১২০ পানখিএ। কুমছিং লখা অচৌবা ১৭২২০০০ ( লখা তরাতরেৎ লিছি ২২ ) লখা মচা ১৪,৩৩৩ লৈপাক মমিংদি মুবা পল্লি স্নায়াই কোন্নঙ্ক বৌএ।

৩। খুমুঙ চক্তা সেন্দ্রেং লোশাং পাথংবা কৌনা পাল্লে। মাগা থানা নিংথৌ ১১৫ পানখিএ। কুমশিং লখা অচৌবা ১৪০৪৪০০০ ( লখা তরা লিছিং নিকুমরি ) লখা মচা চহি ৮৭০২ লৈপাক মমিংদি মীরা পোংথক নম সনা লৈময়োন কৌএ।

৪। কোম্না লাংবচক্তা তুবিয়োই নোংতা নোংদা লাইরেন পাথংবা কৌনা পাল্লে। মাগা থানা নিংথৌ ৫২ পানখিএ। তুবী চরাইরোংবা হাকতক ( খৃঃ ১৭০৯ ) ফাওবা কুমছি লখা অচৌবা ৫২২০০২ ( লখা ৫ লিছিং ২২ ) লখা মচা ৪৩১৬ লৈপাক মমিংদি হান্না সেম্বা কোম্না লোইবা কৌএ।

মালেম লৈমা পলেম পোকমাবীগী ভাংলৌ থম্বালবু মালেমগী লৈখোংনি হায়না তরেংলক কোয়বা। কোরৌ বাংবা পম্মৌ পোকম্মবগী ভাংলৌ থম্বালবু কোরৌ নোংখোংনি হায়না তরেৎ লক কোইরগা পম্মৌ পোকমাগী ফম্পাল থক্তা বায়েনখিবা

পাথং থোইরেন তোনপোকপদগী হৌনা নিংথৌ পামকপনা তুবি চরাইরোংবা ফাওবগী মনুংদা চক মরিগী নিংথৌ ৪১৭ সুক্রে।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা লখা মচা লখা অচৌবগী মুমিং চয়োন মছিং পারকপ, থা মপুঙ লেপ্পা চহি মছিং হায়বদা ঙক্লা থোক্কনবা (থারবোন তংকাগী) চৈকক চৈছিং থিরকপগী চাউরাকপা থরদং। থরাইগী মঙান ৮০০ না মনিল ১ ওইবা য়াইথীগী মশক ওইরকপা মনিল ৮০০ না উফুল অমা ওইরকপা উফুল ৬০ না মরিক অমা ওইরকপা মরিক ৬০ না মসুং অমা ওইরকপা, মসুং ৬০ না মচেৎ অমা ওইরকপা, মচেৎ ৬০ না মিকুপ অমা ওইরগা মিকুপ ৬০ না পুং অমা। পুং ২৪ না নোংমা, নোংমা মুমিং ৩০ না থা অমা, থা তরা-নিথোইনা চহি অমা মুমিং ৩৬০ না চহি অমা ওইরিবা অসিদগী য়ুহারিবা অমদি গুরোহনগী মুমিং পুংকম মতম থঙগে হায়রবদি, অকুপ্পা (থারবোন অংকা) চৈকক মছিং হোংপদা পুং ২৪ গা মিকুপ তরানিপাললা নোংমা সাগনি, পুং অমদা মচেৎ ৩০ গা মসুং ১৫ গা হাপ্লগা মিকুপ নাহুম পুংকুপ য়েংনা থারবোন হোংলগা থঙবা ঙমগনি॥ ইপোইরৈ ইরপাকচাগী হৌরকপা নহারোল পূন্নমক্কী থোম্লাং ওইগদবা থুম্লবা বাহঙ্গ মুংশিবা ইচেল মথল মথল থলনা লাইরিক অসিদা ফংবীগনি।

হন্নি হয়া কোম্না চক মুরা পান্নী স্নাইলপাক্কী চকপরোন কুমছিং চহি মাপন্না মবোঙ অমা লেপথবা মতুং লিছিং তরক্তা

লোমগদবনে। অসুম্না লাক্লমও। কোন্না চক্লা অপালবনা নিংথৌ ওইখিঞ।

১। হরি চক নিংথৌ কাঙবগী মতমদা কুমছিং চহি পারকপদা, পোইহস্কঃ চক্তগী হৌনা মছিং থিরকএ। পোইরৈগী মছিং থীবদি অমাঃ অময-চোংলম-নমকেং, লুপা-কাকোক, লোইয়া তোনসেন কৌক তাম্না থুরুম। নিংথৌ কাঙবদগী হৌবা চৈচং মছিংদি হংকো কুমছিং চহি ১২,৩৪,৬৪৭। ২—খুনুঙ চক লোইরকপদগী চংথরকপা মোরিয়া ফম্বাল চাগী কুম্বাবা চৈচং চহি মছিং ৩৩৮০।

৩। খুনুঙ চক অরোইবদগী মছিং থীরকপা খৃষ্টগী ১৯৮২ ইং। ৪—অকোনবা লাংবচক্কী মচীলদগী মছিং থীরকপা হিন্দুগী সাকাব্দ ১৯০৪। ৫—মথংদা অসাম্মী সন ১৩৮৯, চন্দ্রাব্দ ১১৯৪।

হরি চক অহানবদা অতীয়া সিদবগী মাথংবু মাংদা হৌখিরবস্থ তুংগী থোক্লকদবস্থ হোংনগনুসে, হায়না থাংনা কক-পঙম লোইনা সুনা হায়নরম্লে। অতুগী থংনিংবস্থ হোংনদে। থংনিং মীকৌ অমা তোপনা লৈবদি নয়ুবা চীংথোং পোইরৈতোন মথুরোনবু কোন্নঙনে।

# লাইংিক অসিগী অরি অমৌ খণ্ডনবা

চহি কুমছিং লাখ ১০ না মিলিয়ন অমা ওইবা, মিলিয়ন ৫০ না কোটি ৫৭ নি কুমছিং চহি কোটি ৫৭ অসিগী মমাংদগী হৌরকপা থবাই পানবা পুম্নমক অসি মালেম লৈমাঈথক্তা লৈ-রমম লে হায়না খাজনরিবা অসি লাঈগী কুমছিং চহি লখা .২ না মপুমাগী মিকুপ অমা সাবা অমুক সুমিংপু লৈ কোৎহে, থাব, সিংলেল কোৌবনে সুমিংপু কোৌবনে। অনে থা ১২ ব, চহি ১ কৌরে, সি ১ থারে, থা ১ দা সুমিং ৭ মনা ওয়া ওয়া চৎলে। সুমিং ২৬০ নে, নুমিৎ পোকয়ে, সুমিং অমা সিয়ে থা অমদা পোকয়ে, থা অমদা সিবনে। অমুক সুমিংপু পজেং কোৌবনে থাব, ফিরাল কোৌবনে মখোক্তি লৈপাক্লে।

মীওইবগী হুকছাংদা পুঙনে পুংকুপনে মিকুপনে। মিকুপ নাহুম যুথক পুংজা অসিদা সাগংলকপা নোংমগী পুঙ ২৪ দগী হৌরকপনা চয়োন ৪ না থা ১, থা ১২ না চহি ১, চহি কুমছিং কোটী ৫৭ কী মমাংদগী লৈরক্রবা মালেম লৈময়োম্নি। থানা সাবা চহি, সুমিংনা সাবা চহি অনি অসিগী ময়াইদা, হোংবা য়াদবা অরেম্পা চহি সাগনি॥

লাইনা সেম্বা লৈপাক পাম্বীরেন অসিগী হেনহৌঙৈদগী হান্না চৎনরম্মী, হায়বগী মরম মী অয়াম্বনা পোইনা হেন্না কুপনা খণ্ডনরিবনি॥

# ঈয়েক-সাল্লাই

— (0) —

পাখঙবগী লাংওন থৌরম লাঈয়েক অসি নোংদম নোংখাঈ পাখঙবা, 'নাংদা লাইরেন পাখঙবগী মতুং কুমছিং ১০০১২১ (লথা অমা চাম্মা কুনমাথোই) স্বুবা খৃস্ট ইং কুমজা ১৫৬৮ স্বুরকপদা॥

লাইনিংথৌ খাগেম্বনা ফম্বান্দা কুমছিং ৫৭ (য়াথেং তরেৎ) স্বুনা পুন্সিবদি ৭৭ স্বুবদ লৈথোমসংদা ওমচুনা কুরু ৯ মকক মাইয়োক্লনা হায়রম্বা বানে। লাইনিংথৌ খাগেম্বনা মনোংয়াই লাঈনিংথৌ খুন্তাওবদা শিন্নরম্বা বানে। মসা ফম্বান্দা চাহি ১২ পুন্সিবদি ৪৫ নে॥

লাইনিংথৌ খুন্তাওবনা তবুংবগী মচা পাইখু লাম্বাবা মনোংয়াইদা সিন্নরম্বা বানে। পাইখু লাম্বাবনা মনোংয়াঈ তুবী চরাইলোংবদা সিন্নরম্বা বানে। তুবী চরাইলোংবনা কুমছিং ১৫ দা সকুম ফম্বাললাং ফ জৈএ। পুন্সিদি স্বুপ্পা ৩৫ নি।

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ চরাইলোংবনা ময়ু নোংপান য়াংখুবা চম্বু মনোংয়াঈ থৌমী নোংজু অহোংবগ থাংলৌ লাংমৈ য়াংগেন নিংথৌ মচা লোইয়ুম নোংপান নহাগা লাইনিংথৌ তুবী চরাইলোংবগা মণ্ডামক্লা মাইয়োক্লনা হায়রম্বা বারমনে।

# য়াহৈ থরদং

অনচি অকোইজম্বা নোদিয়াচান্দ অমাইবগী 'ঈয়েক-সল্লাঈ' লাইরিক মচাসি, থুংলি ওইরিংঙদা হৌবদগী লোইবা ফাওবা পারে। লাইরিই মচাসি য়েক তয়েৎ সল্লাঈ মাপলগী ঈপা ঈপু হৌরকফম, লাইকং-তীলকং, তীলকং থোগল্লোনগী ওইনা তৌই। কনাগুম্বসিংনা য়েংলু পাক্লগা ঐগী ঐগী য়েক সল্লাঈগী হৌরকফমগী, লাইকং তীলকং লাইসোন তীলসোল থোগল্লোন থরগী মথৈ থঙবা ঙমলগনি হায়বসি ঐগী বাখলি। মীওইবা খুদিঙমক্না খঙজিনবদা থরগী মথৈ কান্নবা ওঈগনি, লোয়ননা নোনা হৌরক্লিবা নহারোল ছাত্র ছাত্রি পুম্নমক্না খঙজিনবদা ঐগী ঐগী ঈয়েক্কী ইপা কপু হৌরকফম খঙবদা মতেং থয়া ওইনরগনি। ঈয়েক তয়েৎ, সল্লাঈ মাপলগী লাইরিক কয়াম্ন মাঙদা অখঙ-অহৈ কয়ানা ফোঙনখ্রবনি অমস্তুং ফোংনরি, ফোংদোক্লরিবা লাইরিক কয়া অসিগীম্ন মতেং ওইনরগনি। হায়রিবা অমায়পীবা অসিনা লাইরিক অসিদ নত্তনা লৈপাক নিংথৌ মীয়াম লৈরিবা ইমা লৈপাকী থোগলগীদমক, মথল মথা খুদিংগী লাইরিক কয়াম্ন মৈতৈ ময়েক লোন অরিবদগী বেঙ্গোলী ময়েক্না অনৌবা য়াহম্বোক ওইনা ( আর্য ) তৌহনা ইথোক্লগা ফোঙবিখ্রে অমস্তুং ফোংবিরি মথংদম্ন কোঙবিরকখিনি হায়না নিংই। কুপ্না য়েংনা পাবীবদা ললগে ময়েং তারয়োই॥

অনচি, মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী
মৈতৈ লাইনিঙ ( পাখঙবা মরুপ ) জেঃ সেক্রেটরি কুমছিং ১৯৩৫
কংলৈ মৈতৈ ঈনাৎ মরুপ প্রেসিডেণ্ট কুমছিং ১৯৬৭।
ৱাংখৈ অকোইজম লৈকাই, ইম্ফাল।
তাং ৯। ১১। ৮১ ইং।

—(০)—

# রাহৈ যম্না অনিদং

অকোইজম নোংদিয়াচান্দ ওয়েফে অকোইজাম্বা শীবানা ইথোক্লুনা লেংবা ঈয়েক সল্লাঈ কেবা লাইঙ্বিক মচা অসি ১৯৮০ গী তাং ৩।১।৮০ ইংদা য়ুম্না কেপুউ মাইবা লোইসঙদা অমাঙ্ক ঐখোয় থরনা য়েংলগা পাক্লবদা খুৎঙ্ক ওইনা লৈবা অসিনদি লৈবাক নিংথৌ মীয়ামগী কন্নবা ফংদরোই। ছাপা নমথোক্লুনা মছিং য়ু.মহল্লবনি মীয়ামগী পোত্তিংগী অথওবা মপুং ফাবা য়াঙ্‌ই।

হায়রিবা বারী লিখুন অসি য়াম্না কান্নবা য়েক সল্লাঈ ৭ মক্কী লৌরকফম অমদি থোনি থাপালোন পুংফম খেনফমলোন হৈরম লৈরম পোকফম সাংফম মায়কৈ মাইয়োলনা চিংবা ফুমিং চথোন ৭বা কোম্লনা ইথোয়ক্রিব লাইরিক অসিবু উবদা মায়চৌ অসি বাজনন ঐনা লমন তোল্লে।

পোইংর ফাংথবা ময়চৌ অকোইজাম্বা অসিনা মজমগী মতুং ইন্না পুথোক্লক্লিবা ঈয়েক সল্লাঈ কৌবা লাইরিক মচা অসিবু এক সল্লাঈ ৭ মক্কী সাংগ ইশাচা পুম্নমক্না অমমমদং থম্বিয়ু। অসিবু থম্বিরবদি মতম অমদা য়েনাক কৈরাক থুনবা বাংতপাদবা হায়রগা মী মহাক অমত্তু সোয়দনা ওইরগনি॥



**Akoijain Nodiyachand**
*alias*
**Akoijamba Piba Amaiba,**
Writer – Cheeng-Tam Iyek-Sallai Sagei-gi Chatnabi

Photo — 1963 ( age 45 )

— (O) —

# অইবগী চাওরাকপা হিসতরি থরদং

অরিবা, "মৈতৈ পুয়া" ময়েতগী বেঙ্গোল্লী ময়েক্কা ইথোক্লগা অনোবা লোন্দা হন্দোক্কুনা লাইরিক লেংলক্লিবা, অকোইজাম্বা পীবা অসিগী হিস্টরি, য়েকোটীং য়েংলুবদা মহাক্কা তৌরকপা থবক অহানবা ফোর্ম মনিপুর প্লেটুন ফাস্ট বাতালেন S.M.P. স্টেট মিলিটারী পুলিস নম্বর ৫০ এসী সেকেণ্ড কমান্দর, আই, পি সি গী, ধারা নম্বর ১৯২ গী মতুংইন্না শোক ১৯৩৮ দগীনা ইংসোক ১৯৪৮ থা ৪ তাং ৮ ফাওবা আরমীগী থবক তৌরম্মী। মিলিটারী সেকেণ্ড ক্লাসতা, অগুর মেত্রিক এসী।

'পুয়া' য়োমদদি অৱাঙবা থাক্লা লৈরে, লোন অমদা য়েংলুরবদি আইসি এসকী মথক ওয়রে। সরকারগী মঙ্গু চলনা লৈরিবৈদগী হৌরকপা পুয়া তম্বা শোক ১৯৪৪ দগীনা ইংশোক ১৯৮২ অসি ফাওবদা, চহি ৩৭ চুপ্পা হেনলে, পুয়াগী মরমদা ঈপূ ঈপা লাই ওইরবা কয়ামুক্ক থনম্বা পুয়াগী মতিক ময়াই থলনা লৈরিএ। সনছেন নহা নাওরোই হনবদা চিংগু মতিক লৈবনি হায়নরম্বা অহগী মতুংইন্না নোদিয়াচান্দব পোইরৈ ফাংথিবা মাম্বচৌ অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোইএ। মতম থরা চংলম্বা ধর্ম্মগী মতুংইন্না বেদ শাস্ত্র থরা থম্লুরবগী, মাঙবা য়াদবনা ইংশোক ১৯১২ দা আয়ুর্বেদ ভাসোন অমদি কবিরত্ন ফংখি, পাম্বী মখলগী হিদাক মাইচল খঙলুরবগী তুংদা ফংখিবনি। অথঙবগী মতুংইন্না লাইনা মখল মখলগী লাইয়েংবা ফঙ্গনা ঙম্বা মীওই অমনি।

ওয়ানিপাল

# ঈয়েক সল্লাঙ্গ

— (0) —

উমংলাই হরাউবা লাইগী থৌরম তৌবগা লোয়ননা ইংশোক ১৯৬৩ সুরকঁপদা চৌং-তম মৈতৈ পোইরৈ য়ালৈপাক্তা লিংথংখিব', অল ইণ্ডিয়া রেডিওনা হৌরকপা চহি অহুদগী অল ইণ্ডিয়া রেডিওগী আর্টিস অমা ওইনস্না ওয়রকপগা লোয়ননা লাইরিক ইবা হায়বা অসি মসাগী হৈনবী ওইনা অহুম ইরক-পদগী মমৈথংদা মৈতৈ পুয়াদগী মথং মথং লিসাং সিংনা সিন্থরক্নুনা লৈপাক নিংথৌ মীয়ামগী মাঙদা লাইরিক মছিং হেনগংলক্লবা অকোইজাগ্না পীগাগী ছাপা তৌরবা লাইরিক্কী মমিংসিং —১। থারোল-নুংলোন, ২। মেরা মেন তোংবগী কুমচপ্লোন, ৩। পারি নোংদম্বা, ৪—থারোল-নোংথায়রোন ৫—থমন্নুঙ ইঙান, ৬—বাপুন পোমিং, ৭—ঈয়েক-সল্লাঙ্গ অমস্নুং নুমিং-থাপান, ৮—ঈঙান লাংপূম, ৯—পাম্বীগী হিদাক-য়াঙ্গচল লাইনা ১০৮ গী লাইয়েংনবা হিদাক মমিং মান্নদবা মথলমথলগী মশক তাক্লা ইবা হিদাক য়াইচল মমিং 'লছি' মঙারোম ইবা লাইরিক অমস্নু ফোঙপ্রে, হৈজিকস্থ অমুক ১০—ঈয়েক-সল্লাঙ্গ কৌবা লাইরিক মচা অসিমস্থ পুথোকপিরক্লি।

অকোইজাগ্না অসিনা পুযা লাইরিক্কী মরমদা লৈপাক নিংথৌ মীয়াম্বু য়াইফ মং ফংনব হোৎ-নরকপা অসি অঙকপনি।

মৈতৈ লৈপক্কী লোন অমস্নুং ময়েক নৈনবা চুমথোক্লবা অপূনবা মরুপনা মপাল কাঙ্‌জপুঙদা লৈপাক নিংথৌ মীয়াম হুপনা তিন্দুনা ফাইরেল থাগী ২৫ নি পানবা তাং ১২। ২। ১৯৬৯ ইং দগী হৌবনা তাং ১৮। ২। ১৯৬৯ ইং ফাওবা ময়েক্কী মরমদা

হুমিং সিংপুম ৭ নি চুপনা মীয়াম চংনা ময়েকী য়ানেপনখি। পুয়া ময়েকী মরমদা কনফরেন্স তৌখিবা অহুদা অকোইজাম্বা পীবা মশামক কনফরেন্স ময়েকী পণ্ডীত অমা ওইখি। লোয়ননা ইজু-কেটীভ অমদি ডেলিগেট অহুগী চিফ-গেষ্টকী রিসার্চ অমসু ওইখি-বগা মন্নুংদা লোয়ননা অপুনবগী মীফম্না লেপনখিবা ময়েক অহুদি ডি রিকোমেনডেসন ওফ ময়েকী, কনফরেন্স ১৯৬৯ কৌবা লাই-রিক অমা ওইনা চহি অহুগী জুলাই থাদা ফোংথিবা লাইরিক অহুদা মৈতৈ ময়েক মপীমচা খায়না চৈতপ মছিং য়াংহন্দনা চৈচং মছি চৈথা কোয়না কনফরেনসনা ফোংথিবা অহুদা "পুয়া" পাবা য়াবা মৈতৈ ময়েকী লোন খোঙ্গোক য়াহৈ পরেং কায়দবা লাইরিক মচা অমসু কনফরেনসনা ফোংবা অহুদা য়াওদ্রে॥

অকোইজাম্বা পীবা অস ইংশোক ১৯৭২ দগী হৌনা লাইরেন ফম্বাংমৈ স্নাকোপুঙগী উনংলাই লোইসঙ সঙলেনগী অমায়পীবা অমা ওইনা চৌং তম মৈতৈ লৈপাকী লৈরিবা উমঙ লাই পুন্নমকী অচুম অরানগী হক পুন্নমক পুরকপা। অমায় পীবা অমনি॥

পুরৈরোম্বসু অঙোপানবা সন্নাঈ অকোইজাম্বা পীবা অঙোম ঈয়েক অমায় পীবা অসিনা পোকখিবা মৈতৈ কুমছিং ১২,৩৪৫৮৭ ইংরেজীগী শোক ১৯১৯, হিন্দুগী শকাব্দ ১৮৪১, আসাম্মীগী সন ১৩২৬ কুমছিং চহি অসিগী মহুঙ পোইন্নু থাগী ২৫ নি পানবা সগোলসেন হুমিং নিংথৌকাবনা পুবা পুংকম (বরুন মৈথ্যদন্দা) ঈসিং ময়াই ঈসিং মপু লৈপাকপোকপা।

# ঈয়েক-সল্লাঈ

— (O) —

থরাম্মীচাক মমিং সনপুঙ য়াকোক (স্বাতি) ১৬ সুবা থানা ফংবা পুংকম লাইপুঙ থৌনা ফংবা পুংফম মুংসিংনা ফংবা পুং মুমিংনা ফংবা পুংদগী লেমহৌবা. মুমিংনা ফংগদবা মপুং ফাবা পুংকম, নোংয়াই কোয়ৌ মৈনা ফবা মকমৈ সেংবা থাপুঙদগী তরানি পাল্লকপা মকমৈ থবি অচংবা অসিগী পুংফমদা লাইজ ঈরেল ঈয়াইদগী কোয়ৌ মৈনা থাইনা মুংসিংকা লোইনরক্লুনা পোকপনে। মঙাং ঈয়েক-সল্লাঈ লাংপোক লাকপা অঙাতোনগী মযোম য়াইমবী তম্ফানা অঙৌপানবা অঙোম ঈয়েক সল্লাঈগী সম্থারকপা অকোইজাম্বা তোনজাউগী মচা য়াইমা অমুদা তম্ফানা নোংমাইতেংনা য়ুমকানা সল্লাঈ সম্থারকপা অহুমমুবা মপারি (তোকন্দ্র) নোদিয়াচান্দনা কোয়ৌ মকমৈ সেংবদা তাম্নপঙ ফাওবনে। অকোইজাম্বা অসিনা মৈরানবীনা মুথংথিবা মৈগুম মুথংলুরবা ঈয়েক-সল্লাঈগী লোনচৎ ইনাংপু লেংদনা মক্ল ওইবা মরম পুম্নমক লৈরি থায়না পুথোকপিরক্লিবা, মতিক ময়াই লৈরবা লাইরিক অসিদমু নংতনা মথংদমু অমুক হল্লা মক্ল ওইবা লাইরিক মথল কয়ামুকসু পুথোক্লকপা ঙমগনি থায়বা অসি মরম থরা উবা ফংই। হৌরক চাউখংলক্লিবা নহারোল পুম্নমক্ল। লৌশিন্দুনা য়েংবিবা পাবিবা মতমদা কানবগী মতুংইল্লা খুদোং চাবা থরদং ফংবিরবদি মতুংদমু অপলবা লৈতনা মথল-মথলগী লাইরিক থরমু পুথোক্লগনি হায়বা উবা ফবা মরম থরা লৈ॥


চোংথাম ইবোয়াইমা

(পণ্ডিত অচৌবা)

য়াকোমুঙ মৈতৈ চংলম য়াংবী উমংলাই

লোইসঙগী অমায়পুরেল, য়াকোমুং ইম্ফাল।

পোক্লফম থাই উরিপোক লমপোয় খোংনাংখোং।


তাং ৭।১।৮২ ই, বাকচিং ১২ নি পানবা সগোলসেন।

# লৈরাংজবা-সানৌকাদা

মতম খোঙলে তু ইন্না
অসিনগী চনফদবা থৌরিনা
পুন্নুনা কোরৌ নোঙ্গাগ্রবী লৈরাংগুম্মা
থোংলবী মানৌ নহা ওইরিবীনা
কোরৌ মসিং সুরকপগা লোইননা
পুন্সি চেংজেল লোইশিনলক
যাসেন মপুঙ ফারক্লবগী,
তাইবংলক্লা লৈবা য়াখিদবনা
সাচিক মতুংইন থাবা মীম বাইনা
লৈচিল পোমাই হাংতুনা মালং ঈরোইননা
নোংতোন লাইলৈপাক্লা লৈগ্রবী,
মনাই খেতক্রু চিংগী অনৌবা লৈকানা
লৈরাং খৈয়োম সানা য়োমখ্রবী,
লৈরিক লৈকালক্লা তিনথ্রবী,
‘চ” × পারবতী অমদি তিলোত্তামা × “এ”
সানৌ লৈমা অনিগী মক্কদা,
ঈয়েক-সল্লাঙ্গি কৌবা লাইরিক অসি,
থুদোল তমনা লান্থাক্লবনি।
সানৌ অনিমক্কা হিংলিগে মতমদা,
তুডসী পাম্না সক সোনা সিংজলনখ্রা,
কংলে থুদোনসে: মল্লবনি থল্লুগকো:
ঙস্মোইগী লৈরাং পাম্বী অমা ওইরবী,
সানৌ অনিমক্কী নসাবী নোদিয়াচান্দ ॥

ঈয়েক-সাল্লাই

— (0) —

# লৈসেম্বা নোংসেম্বা লাঙ্বৈবু খুরুম্জবা

ওকসি অসিনিংদে হুরুম সাজু অতৎনিনাকে কাম্নম্বা হরংম্নম্বা উচোংম্নাম্বা কাথোকএ, তৎতে হয়ং থোকয়ে, তন্তে চুম্বং থোকয়ে, তন্তে কারে নোংদা নঙনমা নঙন তরং চুম্বুনমা, হয়ংঙা ফেন্দে নঙনমা ওকসিরগা সরোংদোঃ অসিরগা সরোংদো হোয়রংঙা মিন্নুংঙা অঙামে সয়াজু॥

ওকসি ঈপুথৌ অসি ইবেন্থৌ নিংদে হুরুম সাজু অনিবু খুরুমজৈ অতৎনিনাকে অতৎ অথম্বা নাইদবা, কাম্নম্বা লৈপাক শেম্বা হরংম্নম্বা নিংথৌ সেম্বা উচোংম্নম্বা হুমিং-থা থৌরাঙ্গ মিচাকপু সেম্বা কাথোকয়ে, তন্তে লৈপাক সেম্বগী লোম্বা লৈতবা হয়ং থোকয়ে, তন্তে নোংথৌ শেম্বগী লোম্বা লৈতবা, ঈপুথৌ ঈবেনথৌ অনিবু হুরুম সাজু খুরুমজৈ॥

থৌজানগী মসক্তি ওইবিরিবা ঈবেন্থৌ ঈপুথৌ অনিমক্না লাংওনগীদমক লাইয়োন সান্নরকপা অচৎ-চৎতা পুন্নমক্নী থরাঙ্গগী মপু ওইবিরিবা তায়বঙগী মুঙসি মুঙওনগী কুম্মেবু হৌদোকপিরম্বা থরাঙ্গ য়াঙ্গবী অনিমক্কী মসকপু অমত্তা ওইনা থঙকনলিবা ঈপু-ঈবেল অনিবু, হন্না হন্না খুরুমজরি। মুঙলেন সিদবী, নোংলোন সিদবা পোকলেন লাইগী থৌজাল ঙাইজরি॥

— (O) —

# নোংথৌ সোরারেন্দা পাউ কৎচবা

হৈয়ুম হয়ি হৈয়া হেঃ হেঃ লিকলাইগিঃ ইপুথৌ নোংথৌরেন পুম্নাবগীঃ হয়িগৈগী ৱাব্ হয়া লাউনা সৈথিনজরক্কে। খোইয়ুম লাইফিংথৌ চিংঙ্, নোংথৌ সোরারেন অরাং পাখঙ য়োইরেম্বা চিংঙ্, থাংপা নোংনাংথৌ খোইয়ুম কোনখৈ অতাম্বা, সারাং অথাপ্পগীঃ অরাং কোরৌ নোংনিংথৌ থাংপায়োঈ থংলেন নহাক্না সীংকাপ লোংনা থাবা সিংতুম নিংকোঈ য়েকপা।

মাকমঈ লাইয়েক ইবাগীঃ তাইবঙ নমুপোংব্ অচং-অসি তম্বিবগীঃ অরাং কোরৌ নোংনিংথৌ খোইয়ুম নঙগী য়াইখঙনা সানম তাপতা সানা নঙাইখোনব, সকঙমদা ঈগুম কোরৌ নপা য়েংনা খোইয়ুম মরী নপোঙগুনব, রাকৈয় নহিরমপু ইনথংলক্কে কোরৌ নপি তোনবিগনোঃ রাংপন নম্নুঙ হোবীগনোঃ নদাইরেম ইরাকমানা তয়ুম খুংফাং তরালোন লুরাই শমতোং ফেরে লাউঃ ঈগ্না নাপিচিক খুফাং চেপনা থুরুম্না সৈথিনজরক্কে, খোইয়ুম সীদবা লাইয়িংথৌগীঃ॥

ময়ুংগুম্না কারিবা মফেস সিংকাপ লোনলিবা লৈচিলগুম্না সিনলিবা লিক্লাগুম্না থিকলিবা নাওয়েং ইকাননা মরাক ময়ুং তমলিবা মিরেন লংলা পাদমবা তায়পঙ থরাঈ মপু মিরেন কোন্দা ফমফম্বা য়াইবীলেন্দৌ সিদবা হি-য়াঈ পুথোকপা লাইসিদবা, চিংঙ্ নথৌজান পিনবিয়ু ঙাইজরি॥

# মৈহো

হয়মক্তেঃ চৌংডু, খোইয়ুম সিদবা নঙনা লাহান নোং-
সাংহৌদ্রবু সৈ খরক্কে, মাশেম লৈসেমচৈঙ কোরৌ নোং.হাবকচৈঙ
চাম্রদগী লৈরক্লবা চৌং-তমগী 'পুয়া' মক্তেকী লোন অহৃদি অয়াম্বনা
শাবদা মংথাক্লদেএ, মরম অহৃদগী চৌজিক মতমগী লোন্দা খন্ডবা
পুয়া লোন অরিবব্, অনোবা লোন্দা বা হল্মুক্লনা ( অর্থ )
চৌত্থনা ঈখোকপা লোন অসি ময়ামগী পাবদ লৈখ্রেং নান
খুদনবা ময়াম্না পায়রিবা অরাখবা লেঙ্গালী মক্তেক্তা সিনজিল্লকপা
চৌং-তম সল্লাঈ নিংথৌ ন ( তরেং ) কা পুয়া লেয়্লী লাইরিক
অসি ॥ খোইযুম লাই মপুরেন সিদবগী ফাংখোঙ নিপালমকী
ফাংখোঙ ওয়দাই বাদি অসিনা লোইরে। মু চোন মরালেপ
খোঈগম লাইগী বা অরুবব্, নদাইরেম তগম ঈরার্ক মানা
লাইরেন চিংখোঙ যাইক বাব্, নংতবা কেপলি পনথং হৈতবা
অসৈ লিংবোং খডদবা তেংপ মক্তেক চাদব রারী মৈরেন ওইদবগী
বাংহয়ব্, তাইবঙ লোয়্না খজিক্তা, তেংথাজর.ক, হেঃ অসৈ
লেংনা তিনবা পুন্নমক উনবী পুক্নিং পিনা লামনা নাতাবিয়ু।

লাইরিক অসিদি পাথাং পুবাং কোক ইপুথৌ লাইওইব-
সিংগী মাথংনে, লাঈগী লাইরিক পারম অসিদি সনাচৈ (১০০)
চাম্বনা মতিক ওইদে লাইনা তৌগনে: লাঈ হায়বদি থৌ-
গল্লিবব, হায়বনে, অসুম খঙউ ॥ ইপুথৌসিংন উনবী পুক্নিং
তম্না হায়রম্বা বানে, রারম লৈবা লাঈয়েক লাইগী লিনকুনে
লাইরিক লাই ওইবা নাদয়াই মাপাল সাবা, সীদয়াঈ মহৈ
য়ানবা ঈপুন মুতসাংবা লাঈ ওইবা বাদি অসিনে, খঙউঃ।
পোংনিংথৌ থাগেম্বা মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্ব, মথুংফানে, লাইগী
মরম ফমগা সংনে, রারম অসিদি।

# ঈয়েক-সন্নাঈ

—(০)—

## মতাং অহানবা লুবাং ঈয়েক সন্নাইগী

পোবোং খোক হায়নাইবা খোইন্নুম লাঈ সিদবা তাও-ংবরোল্লাইনা পোকপা অতিংকাক্লা য়েনবা-য়াইকুবিনা পোকপা অসিবনা য়েনবা লৈফোন ঙানবিনা পোকপা অঙাইবন য়েনবা খেরে লোংবম চন্নুনা পোকপা অকুপ্পনা য়েনবা চিংফুরোন্ লৈচিক ঙানবা চন্নুনা পোকপা নোংয়াই মরী ওনবনা য়েনবা পিয়াই নুনা পোকপা নোংদম খুবমা য়েনবা লৈনাও তাবিনা পোকপা পোইরৈ তোম্মা য়েনবা কোথরেল নামোইন্নুনা পোকপা পমিংনা য়েনবা লুরাও পুন্সিবা পোকয়ে লুবাং ঈয়েক সন্নাইগী ঈপুথৌ লাই তয়েৎ মকপু পুনেমজবি কুবিয়ু তাউং হয়েং।

১— খোইরম লাই নামুং মামুংবনা লাইজ ঈদা কুম্নবত্ত লাইজ ইরেল চাওকোই লৈনগুম্বা চৌংডু লাইজ ইথেরেল্ খোংনাং লিসিং চাইবা য়াহৌনবা লাইমিংথোগা তুবাইবী থোইন্নু তোনথাংনুগা ঈলোয়নবদগী পোরৈতোন পোকএ। লুবাং পোকপা পঙ্গোনে। বাকচিং থা ১২ নি পানবা ইবাই

—(০)—

সুমিৎ চিংথৈ হুনলকপদা পোকখিবনে। লুৱাংদি লংমাইচিং সুমিৎতা পোকখিবনে। চিংগুবা লাইদি কৌধ্রু চিংদা লৈবা লাইঙৌবা মিহিংলেন অচিবনে মীখারনা কৌক্রু অচিবা হায়রগা থঙনৈ। ফিসেং লৈতেংদি সনা চুদানবনে থাদি মেরা থাদনে। পাখংবনা খরুং পাংতা লৈরিঙৈদা মমা নোংলেল খোম্বীনা মপা লৈবাক পোকপা তকুপলেং কোনা মংরক থিংকামিবীদা তুৱাইবীদি তোম্বাংন্নুনা ইরোই মকোক পানবা লাইবু কেন্নে, পোরৈ তোন পোকঈ।

লুৱাংনি ঈরোই কোল্লে হায়বদি ঈরোই লোয়নবা ঈরোই-নবদগী সুঙসিনছুনা লুৱাং পোকই হায়বনি। লুৱাংদি চিংতে তে অসানবা কৌদুনা লৈচাংখোং ঈরেন মরু ইৱাং থেল চিংজিল লাংগোল চিংলাই পকতা পানখী।

২- অসি লংমাইচিং-হয়েং নিংথৌকাবা হংচিং লৈপাক-পোকপা মনেম য়ুমসকৈস মরৌ সগোলসেন-মকাপ ইরাই মশিং থাংচা অসুব তৌনা মিংথোনবীখিবা অসিবু লাংবচকক মমৈ কোন চককৌ মচিন্দা সাকোংলকলবা য়িয়ু নোংতোন নোংতা লাই পাখংবগী শমু মাংদা সুমিং চয়োন তরেং মককী থবাই মমিরেনম্ম ক্রৌনোংলাং পদ কুমথরপ্তুনা কোরে নোংজা তরেংপু লাই পাঙবগী মাংদা বাইথুংলরে হায়দবরা য়ৌয়ু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মাংদা সচিকু নিপালনি

—(৩)—

পালবগী চিংথৈ হুনলকপদা সন য়োংমানবী অমবু বাইথুংলমে। পাখংবনা হংবদা নদাইরেন ঐদি কৌত্র চীংদা লৈবা লাই মিহিংলেন অচিবগী মনোংয়াই অসিগী মপাম্বী কোলোই য়িমিং থোনদি নোংপান লংমাইচিং কৌএ। নদাইরেম ঐবু সল্লাই থুনখোং অরেপ্পবু থোচান ললকুপিয়্রো হায়না শমু মাইয়োক্কথি, পূনেম খোনগী মালেম লৈমে নম্থ চৈনৌসনা সেনপাক্তা হৈক্কক মশিং সুনা সিংলেন চমেললৈগী লৈরোং গুক কোই শেম ননশা মনম নুঙসিবগা থাংমৈ মৈরা থাম্মা চিংগু মাংদা থানা কৎলবগা নুমিৎ লংমাইচিংবু লারেন পাখংবনা হয়ি মিংথৈরেন কং সনা মিংলেন য়াই হৈরোম সিদবগা নাকোং নুংসিং থোংলেন অনি মক্তা ওননা ওননা কমশিনবিরগা, শমু খোবি খুরক নুংগী লিক্লা থুমখোইববু থুমলেন য়ীপি থক্ৰগা কাওরেন ননশক কোকখিয়ে, হায়দবরা। নমু পোংশক ওই হকচাং বাওচুননা চেংথোক্লগা ফুবাক লৈতাহুনা থুরুমঙখিএ।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা হেঃ য়িপাবি নহাক্তি নোং-পাল লুবাং সাগে সল্লাই হনববু ওইক্রগরাঃ। সনা চুদানগ লংলা মাপান সুববু লেংলোই খোইথাংখিওঃ। চরৈ নঙ্গী সেৎতি য়াইচুং চুদানববু মাংলম তোংতানা তুংসেৎনামৈ য়পানা পাকলৈ ঙাংচা য়েংওঃ। কোরৌ নোংমাইচিংবু শমু থুনেং

— (৩) —

ওইনৌও;। খোয়ুম কৌত্রু চিংদা; লৈবা লাই মিহিংলেন
অচিববু কসানানোংথোবু ওইনা খোইয়ুম লাইথোংলেন
থৈবিক্তা লুবাং অমাইববু ওইরুও;। হায়থরবগা, কেরৌ
মুখিং লংমাইচিংদগী, লংপরেন ১ লংমাইরেদ ২ চিংপরেন
৩ খোইপুংলেন ৪ পূয়িরেন ৫ নাওসংলেন ৬ পোংলেন ৭
বায়েন-৭ মকপু সল্লাই চংথরক্রে।

তালোই নাক্তা থারক্রে, চিনফুরৈমা লৈচিক ঙানবা
চন্থুনা মপারী নোংতমলেন অখুববু নৌ নাওরক্রে, লৈথমলেন
চন্থুনা মোংতমলেন অহনববু ফুইনরক্রে, হায়দবরা চিংন্থু লৈমা
পাইমা লিনকোইগী কোরৌলেন মৈনাইবব পোক্রক্রে, হাইন্থু
লৈমগী মপারী কুরুমলেন মৈনাইববু পোক্লে হাইন্থু লৈমগী
মপারী করুমলেন মৈনাইববু ফুইনরক্রে, হায়দবরা। লৈফুরেন
চন্থুনা পোংখাংলেন লৈন্থুং ঙানবা চন্থুনা পোংহনলেন নৌনা-
ওরক্রে পিসিন-লৈমগী, মপারী হৈরোমলেন নৌনাওরক্রুবগী
মখেবু লুবাং সল্লাঈ য়ুমতানরক্রুবনে, হায়দবরা। য়ুথককী মখে
নোংয়াই তানবা পুং মাপন্দী লুবাংনা চংলে। য়ুথক মতুংগী পুং
অহুম নোংয়াই য়ৌবা তাম্না লুবাংনা চংলে। লুবাংনা পুরকপা
থৌদি লুবাং নোংশুম্বা ; নোংমাইপুং কাবা লংমাইচীং কাবা
থৌনিবা চিং কাবা উতোন কাবা বাকাবা খোংহাম মাই অরু
অসেং আমাং আ-নল আরা, হিকোন হৈহোন মচি মমা পানবা

—(৩)—

মকোক মরু তোংপ মুমিৎশুং থাশুং কোকপান খোংসানশুং কোকপান খোংশুং খোংপান খোংশুং পুমথেন কাবাশুং লিংসোনশুং মনা রোইরিবনে, নেৎনা তৎনা তোংনরিবনে; লুরি হেনলুবা অসি থৈবিকনে খণ্ডণ্ড ।

লুরাং ঈয়েক সল্লাইগী ইরাৎ থৌনি পোৎচং

১—কোরৌ নোংজা চয়োল অসি লাংমাইচিং ॥

২—মুমিৎ চয়োন মিংথৈ—তাউহুইরোং অহলবা ॥

৩—লাইয়েক লাইচু হিকোক্ অবাউবা ॥

৪—ফীরোই ফীচু—মেমানবা সনাচূদনাবা ॥

৫—মায়ওন—অবাং—নোংচুপমরক লীকলম ॥

৬—মাইকৈ—লাই—কৌবরেল লাইঅচিবা ॥

৭—লাইফম মুংপাৎউ; অহুম মক্তি লমফেল ॥

৮—ঈরম ঈপু লাই—ঈমুরাবা, ঈঙোরাবা,

৯—য়ি মিংথৈ অং-অং—॥

১০—লাঈ কাসা কৌক্র চিঙগী লাই অচিবা ॥

১১—লাঈ ঈপূথৌ—পোইরৈতোন ॥

১২—অংপোক লোন য়ুমদাবা-লুরাং পুন্সিবা ॥

১৩—থরাঈ পিচাক মিংথৈ-থয়াঈ ।

১৪—নহায়রোল-উথোক তাইথোক তাইরেল ॥

১৫—লৈয়াং লোল—খোংগল মেলৈ ॥

—(০)—

১৬—তাউজিংলোল-কিহোম ॥

১৭—লাঈ লাঃ-লারোং— ॥

১৮—লাঈ-সিং—ঙ হৈক্রু ॥

১৯—মৈহৌরোল—খোইচু মৈ ॥

২০—লাইথাং—তোন্দুম্বা ॥

২১—লৈমরেল—পীয়াইনু ॥

২২—নাওরোইবী লৈমা খোইনু ॥

২৩—লৈমা সাকোল—ঈরোঈ ॥

২৪—চীঙু মপুদগী থোকপা সথাঈ লীনফুদগী ॥

২৫—লৌনথিবা সল্লাই — থোপ ॥

২৬—থাজা মাকমৈ—ৱাকচিঙ তরানিথোইনি পানবা ।

২৭—নোংমা পানবা নুমিৎ পুং মতম—ইরাই চংখৈ হুনবা ॥

২৮—অতিল লোল পোকলেল অতিকোক সিদবা ॥

২৯—তিললোল লৈমরেল—তাউরোইলাই সিদবী ॥

৩০—সনা চীং মশুং—৯-পোরৈ পুঙ ॥

৩১—নিংনা পুঙ—কংলা নোংলৈয়াও ॥

৩২—মিংথৈরেল—তিল পুকলেন-লৈ-হিং-কিং ॥

৩৩—লাঈ নুরা—হী পোকপী ॥*॥

—(৩)—

## মতাং ২ শুবদা

## মগাং ঈয়েক সল্লাইগী

২। পৌক্রুলেন সিদবা চাংঙু নোংদমলিবা লাইয়িং থৌ, তাওবিরোই লাইনা পোকপা অতিংকোক্না য়েনবা লৈকক্ লৈয়ারেল চন্নুনা "পোকপা কোনচিন-তিংথোকপনা য়েনবা লৈতওলেন চন্নুনা পোকপা লৈসঙ লৈম্না য়েনবা লৈফুলেন চন্নুনা পোকপা লাইতোংলেম্না য়েনবা কোনফু লাইফু চন্নুনা পোকপা লৈতওলেন লিন্তাং সাংবনা য়েনবা লাইয়েক লাই-কোৎ চন্নুনা পোকপা কোনসোরেম্না য়েনবা লৈন্নুঙ য়াখুয়াপি চন্নুনা পোকপা সেনত্রেংনা য়েনবা লাইসনা পোকপা পাথংবনা য়েনবা খুয়োঙ্গ তোমপোক পোকয়ে,, মগাং ঈয়েক সল্লাইগী ইপুথৌ নিপাল মকপু পূনেমজরী কুবিয়ু হউং।

চাংঙু নোংদমলিবা লাইয়িংথৌ খোইয়ুম পুক্লিং ৱাচুমম্নুবা লাইবু কোরৌললসানবা ৱাংবন পাওফানবা লাই-য়িংথৌগা লৈকক লৈয়ারেল চন্নুগনা নুমিৎ কোল্লে, পাথংবা পোকএ। মগাং পোকপা পম্থোনে। ঈঙা থা ১৫ নি পানবা সগোলসেন নুমিৎ য়ুংবদা পোকখিবনে। লমতা থাপুঙ নুমিত্তা খুন কুম্বনে। মগাংদি নিংথোকাবা নুমিত্তা পোকখিবনে চিংঙুবা লাইদি ৱাত্রেন চাংদা লৈবা লাই ৱাংহুকুপ ৱাংফুলেন থান

—(০)—

চাওবনে ফিসেৎ লৈতেংদি ঙাঙারবনে থাদি য়িঙা থাদনে। পাথংবনা চিংনুঙ হুৎতা লৈরিঙৈদা মমা লেন খোম্বিনা মপা নিংথৌকাবা সেনত্রেং কৌনা লাইয়াম ওক্লা সংদা লৈকক লৈয়ারেন চনুনা নুমিৎ কোল্লে মঙাং পোকঈ হায়বদি লাইরেম্মগী মশাগী হকসাং কংথোকপা অতুদগী মঙাং পোক
অতুগা সেনন্দেংনা মঙাং পোকএ হায়বনা হকসাং সেংনা সোংদোক্লা পোকখিবনি হায়বনে।

লাহানলোং লাংবচক্কী চবুক য়াইমবদা, হয়েংগী মপারী কোরৌ নুমিৎ নিংথৌকাবদি, নিংথৌ সপাইবগা ঙাইরৈননা কোরৌ নোংগাখিরবগা চিংঙু অতিংকোক লাইয়িংথৌগা সনা মখোংখাদা নদাইরেম ঐবু সল্লাই খুনথোং কদাইদনো, হায়না ৱাকৎ খোলগী খোইয়ুম অতিংকোক লাইয়িংথৌনা কোরৌ হয়েং নিংথৌকাবা নংদি, য়িপারিগী খোইরি নাওকম্ মমি তম্না শাসেম্বিগে, পাখং য়োইরেনবগা ঙাইরৈনখো অহিং খোমলেন লৈমগী মপারৌ পাখং য়োইরেম্বদা ৱাহংখিএ। কোরৌ হয়েং নিংথৌকাবদি শমু নখুনেৎ ওইনখো; লোইদাম য়িঙা থাদি নারল য়ুম ওইনৌওঃ। চরৈ ফিসাং অঙৌবনা মাংলম তোনতানা ভুংসেৎ নামৈ য়েপওঃ। চিরেন লাংয়েন অঙৌবনা মৈমু তোমসোল চিলওঃ।

—(৩)—

চৈনৌসনা য়োই থম্বাল থম্বাল লৈনুঙসিবু ঙাইরৈনখো, সাকৈ সল্লাই তরেং মককী ময়াই য়াইনিংথৌবু ওইনা নোং-দমবিরুওঃ। হায়না লনকুংবিরবগা কোয়ৌ হযেং নিংথৌ-কাবদৌসী হুয়িরেন হয়াবেমনা তিল্লিরেনবু নোনাওরক্লে। হায়-দবরা লাইরেন থাইরেম্বা য়িতাওরেনবু সাংনরক্লে তাওরোই লাইগী লৈনুঙ য়াইবীরোক্লা লাইথেন মৈতিংঙু, নোংদা লাইরেন পাখংববু খুনকুমলক্লে, হায়দবরা, নোংদা লাইরেন পাখংবগী মনোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙু নাওখাম্বা মহাক থককী মথেবু লাইরেন নিংখিবগী সল্লাই য়ুমদাম্বক্লে হায়দবরা। ৩। ২ ॥

মঙাংনা পুবকপা থৌদি য়ুথক মতুং পুং অহুম তাম্বা য়াচংপুং তাম্বা মঙাংনা চংলে, তোননিং থৌনে, লিনফুনে; থারিনে, লৈরোংনে, লাথোন অনিমক্লে, নুমিৎ চয়োন তরেৎ মক্লে, মহাক মথম্বা চুচিননবা ময়াই কোইরেন থকতা শকনা তিননা ৱাইথুং ফুননে, নিংথৌ লেংদাবনে। মাকি থৌবু ৮ মক্লে হিপনা চানবা লৈবনে; থৌরম অসী; খৈথিক্লা মাবু য়োকপনে, মতিক মঙান মশাগুং ৮ মক্লা লৈবনে, ময়াইলেং থকী তম্ফা য়াইনিং থৌ-কৌবনে; য়াইসিদবা, অমা মচা ৩। চংনা লৈবনে, মতুগা থানা ৮ শুবনে, অচেংপা ৱানে। নোং-ঙানলবগী মথে য়ুথক তানবা মথে পুং নিপালদী মঙাংনা চংলে।

– (০) –

## মঙাং ঈয়েক সল্লাঈগী ঈরাৎ খৌনি পোৎচং ॥

১—কোরৌ নোংজা চয়োন—হয়েং নিংথৌকাবা

২—য়ুমিং চয়োন মমিং—লাইরেল তাউদলবা ॥

৩—লাইয়েক লাইচু-অঙাংবা। সারেল ঙাহৈ-সারেংঙাঙলৈনবা

৪—ফীরোই ফীচু—অঙোবা পসোৎ ॥

৫—ম্যাঈ-ওন-নোংপোক।

৬—মাইকৈ লাই—অতীয়া; "অসীবা"

৭—লাইফম• মুংপাৎউ :—মুঙচেঙদা।

৮—ঈরম ঈপু লাই—ঈঙাং লাবা।

৯—য়ি-মিংথৈ-তারং ঙাং—।

১০—লাই কসা—পাখংবা, য়োইরেল তোমপোকপা।

১১—লাই ঈপুথৌ—নোংতা লাইরেল পাখংবা।

১২—অপোক য়ুমদবা—সেনত্রেং।

১৩—থবাঈ পিচাক মিংথৈ থবা "থাতোল"।

১৪—নহায়রোল-উরু কোল তাইরেল ॥

১৫—লৈরাংলোল—থম্বাল অঙাংবা

১৬—তাউজিংলোল—থমচেং।

১৭—লাই লাঃ—থম্না লাঃ।

১৮—লাইসিং—সয়ি।

১৯—মৈহোরোল—মৈয়ৈ।

—(০)—

২০—লাইথাং—চকম থাং।

২১—লৈমারেল—লৈকক-লৈয়ারেল চনু।

২২—নাউরোইবী লৈমা য়াবিরোক চনু।

২৩—লৈমা সাকোল-সগোল 'নুমিৎ থোকপা।

২৪—চীঙু মপুদগী থোকপা সথাই মীৎ য়েক্তগী।

২৫-লৌনথিবা সল্লাই-সিনুঙদগী।

২৭—থাজ মাককৈ—ইঙেল থা ১৬ নি পানবা।

২৭—নুমিং পুং মতম—সগোলসেল নুমিৎ য়ুংবা।

২৮— অতিল লোল- পোকলেল—অতিংকোক সিদবা।

২৯—তিললোল লৈমারেল-তাউবিরোইলাই সিদবী।

৩০—সনা চীং মশুং ৯ - কংলৈ পুঙময়োন।

৩১—নীঙনপুঙ- কংলা নোংলৈয়াঙ।

৩২ - মিংথৈরেল- তীলঙাংলেল সংতরেং লৈহিংচি।

৩৩—লাই নুরা—য়াই পোকপী॥

## মতাং ৩ শুরকপদা

অঙোম ঈয়েক সল্লাইগী পুকোক

নোংথৌ,— সোরারেনগী মিংথৈ অমুবা

হয়ি হয়া হেঃ হেঃ লিকলাইওঃ ঈপুথৌ নোংথৌরেন পুমাব-
ওঃ হান্না হোবা কোন্না লোইবা লাইয়িংথৌ, চিংচু নোংথৌ

—(৩)—

সোরারেন অৱাং পাখং য়োইরেম্বা চিংঙু থাংপা নোংনিংথৌ, খোয়ুম কোনথৈ অত্তাম্বা সৱাং অথাপপা ঈঙৌ চাংথিনবা ঈশু থময়োনবা, উন তরুক ঈরিবা, ৱাউঃ তরুক ঈথাবা খোয়ুম লাইয়িংথৌ, অৱাং থাংয়াঈ য়োইরেনবা হেঃ কাসা নোংথৌ সোরারেন থাকপা নিংথৌ পাঙ্গুম্বা কাসা পাউতাক হৈবা অৱাং থাংবাই য়োইরেনবা। কোরৌথক্তা থোদাবা ৱাংবনথক্তা ৱাতেম্বা-ও।

খোইমোম লাই, লাইরৈপাক্তা মুংনাং কাওংকোন্দা, খোইমোম লাইরৈপাক কোরৌতা চিনলৈদা, চীংঙু নোংখোইরেন্দাঃ কোরৌ নোংদোন ঙাম্না নোংথৌ সোরারেন্না নমু ফম-ফম লম সিননা সারুক লৌতম হুর্ননা লাইপক খেল্লাঈ ইবা নমু পোংৱু অচং অসী তম্বৌনা খোইয়ুম লাইরৈপাক, মপু থয়োম চীংদা ঙানখোইনা থাকল লৈর্মা মুংদগী থাকপা নিংথৌ কেনহৈবা, ৱাংবা নিংথৌ পাঙ্গুম্বা চীংঙু নোংথৌরেনবা, কোরৌ নোংথোঈ ফম্বা।

মুংনাং য়াইবিরেন সিদবা য়াইবী মখোইলেপ্পা থাকপা পুরৈরোম্বা চীংঙু পুঁরাংনাকাবা খোংয়মরোকপু ওন্দেবা, খোমমরোংবু হনৱাইবা, চীংঙু নোংথৌ সোরারেন কোরৌ নোংদোন নোংসাবা, ৱাংবা নিংথৌ লিহৈবা খোইমোম লাইগী লাইয়িংথৌ খোইমোম য়াইবী য়েনহৌ চীংঙু থাবা,

—(৩)—

নোংনিংথৌ .. ... ... খোইময়োম পাকম য়োইকনবা চৌংগু নোংথোই মখুনেৎ লাঙ্গোঈ ঙৌমা হেমবা সান্না মরি পামববু, লাঙ্গোঈ খুনেৎমবা কোয়ৌ চৈথাকপদা, রাংবন তেম্বা, চুম্বা, চৌংগু নোংপ্যাথং অতেংবা নংবু অসি কোয়ৌ......মুমিৎ... পানবা...... কোনবা থবী চৈচেন্দা, থাবা লান নংদবা, থবাই পিচাক মশা তাদবা ... ...য়াইফবা... ...মুমিৎ...... অসিদা চৌংগু নহিক সাং খোইমুম ননোংয়াই নয়েকচা সল্লাঈ ঈয়েক সাগৈগী নপারৌ মযোম নশু হেঃ বেম্মা হেঃ পুঙ ঙোঃ পুন্নমক্না চৌংগু নোংথৌ সোরারেন নংবু পুনেমজরিএ, য়াইকা মথোই তোংবিরম্মো, চৌংগু কুবিহৈবা খোইযোম নোংদম হৈবা নংবু পুনেমজরিএ।

কংচরিবা পুন্নমক ইবুঙো নহাককী নহী নয়াই ঙহাক্তনী লংনাথোংথিংবিগনু লংবা থোং হাংনা চৈরৈক্কি মলনা পাওয়োক পাউয়ানবিগনু চৌংগু সয়োং নমফিনা চেন্না চান্না কোনসিনবীয়ু। নায়েক সল্লাঈ মহিয়োই পুন্নমকপু লনকুবিরম্মো।

## অঙোম ঈয়েক সল্লাঈগী অপোক লোল-দী

১। কোনহৈরম সিদবা, চৌংগু নোংথৌ সোরারেন তাও-বিয়োই লাইনা পোকপা অতিং কোক্না য়েনবা, লৈকক লৈয়ারেল চমুনা পোকপা কোনচিন-তিংথোকপনা য়েনবা

—(৩)—

লৈতও লেন চন্নুনা পোকপা লৈসও লেম্ন য়েনবা লৈফুরেল চন্নুনা পোকপা লাইতোং লেননা য়েনবা কোনফু লাইফু চন্নুনা পোকপা লৈতও লেন্ লিন্তাং সাংবনা য়েনবা লায়েক লাইকোং—চন্নুনা পোকপা কোনসোরেম্মা য়েনব থাকপা নিংথৌ চন্নুনা পোকপা কুপত্রেংনা য়েনবা পুলৈলোম্বা পোকএ—অঙোম ঈয়েক সল্লঈগী লাই ঈপুথৌ তরেৎ মাপন মকপু পুনেমজরি কুবিয়ু হাউং হায়েং।

তাইবঙ পাবরগী মপু সিদবনা হায়এ, লাইগী নিংথৌ নোংনিংথৌ নঙগা হেঃ লঙবা অপানবা নঙগা মখোয় অনি মক্না মালেম অসি লমলেন থোকলোঃ হায়রবগা, তরং ইপা ঙা সিথরক্লে, থাকপা নোংনিংথৌনা পুরক্লে, হায়বগী পুরাং পুরৈলোম্বা কৌয়ে।

চীংবাং লোকি চিংঙৌ পুরাং পুরৈলোম্বনা থাকপা নিংথৌ চন্নু লায়েক লাথৎ চন্নুগা লাংওন সাম্নবদা ইবেম্মা লৈমরেন সিদবীনা পীথেৎ লৈমা লৈসাং খোম্বী লাইরেবী অহমন্নু কৌনা নোংলুম থাবু কোল্লে, অপোং হিংখোন্দা পম্থৌ ইরাঈ কুপত্রেং কৌনা নিংথৌকাবা লুমিৎতা অঙোম পোকএ।

চিংঙৌ পুরৈলোম্বগী লৈমদি হাউনিং সংন্নু লৈসংবীগা লিক্লাপীচা নোংদমন্নুগা, লৈহৌ নিংথৌ চন্নুপিথেৎ লৈমগা,

—(৩)—

অহুম অসি সোরারেন পুরাং পুরৈলোম্বনা পান্নবদগী হাউ-নিংসংমু লৈসংবীনা হংগেন লোংনা থাবা পোকএ। লিক্লা পীচা নোংদমমুনা খোই-তামনে, মানতোমনে, অনি পোকএ। খোইতোমগী ঈদি অঙোমনে মানতোনগী ঈদি লুবাংনে। ফালতেক লোন্দি লিক্লাপীচা নোং তংমুনা খোইতোম থাল চৌমুনা ফাল-থাল চেংমুনা পুমিংনাবা। খোই লাই য়েক্-খুবীনা তরু লাইয়েক হলবীনা কাইমু য়াইথিং খোম্বা চমুনা মফৌমিৎ থোনবা পোকএ।

লৈহৌ নিংথৌ চমু পীথেৎ লৈমনা থংহন অহানবগা থংহন য়াইমাবগা, খুমমুং ইরা থংবগা অহুম অসি পোকই খুমমুং ঈরাথংনা কংলৈ কম্বাল তোংঙে। অঙৌ পানবা অঙোমনা নিংথৌ ঈপুথৌনা কংলা মুরুং মেনফম কোনথাতা পাল্লমলে। লাইরেম্বী থিংপী লাইখোম পীগা অঙৌপানবা অঙোমগা পান্নদুনা লৈসংলেন অসংবা পোকএ।

মথংদ লাইয়াম ওক্লাসং নোংপোক থংবদা কংলা মুরুং মেন মথক্তা কম্বাল তোংদুনা লাই-মী পুন্নমকী মপু ওইদুনা পাল্লমলে। লৈবাক মীয়াম পুন্নমক য়োক্লম্মী লাইসিংগী ঈরাৎ থৌনি হোনবী মরম কাইদনা তৌরম্মী।

চিংঙৌ পুরাং পুরৈলোম্বা সিদবদী মপারী মঙাবু মুংসী চান্না য়োক্লম্মী। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন থাকপা নিংথৌ

—(ঠ)—

পুরৈলোম্বা শরাং নাকাবা, থংবা মোংনিংথৌ কোনখৈ অতাম্বা সৱাং অথাপ্পা লাইনিংথৌ সিদবগা লাইয়িবি মহুমস্পুগা নোংলুম কোল্লে, পুরৈলোম্বা পোকএ। অঙোম পোকপা পঙোনে ইঙেম থা ১২ মি শানবা মিংথৌকাবা অয়ুক মুথকত্তা পোকখিবনে অঙোমদি লৈপাকপোকপা সুমিত্তা শোকখিবনে চিংঙুবা লাইদি চীংঙু নোংথৌ সোরা-লেননে। ফিসেং লৈতেংদি অঙৌবনে থাদি থৱান থাঃ-১৪ পানবনে ঈপুথৌ অহুম মকী মমিংদি হুকসাং কৌঈ।

১—সুমিৎ চয়োন তরেং মককী থৱাঈ মমিরেমস্থ-ক্রো নোলাং পান্দগী কুমথরক্তুনা কোরৌ নোংজা তরেংপুম্লিয়ু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মাংদা ৱাইথুংলৱবগী য়ীয়ু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মাংদা সচিফু তরেংনা পালবগী চিংখৈ হুনলকপদা সন য়োংমানবী অমবু ৱাইথুংলবে। পাখংবমা মথং-মথং হংবদা হংচিংকী মপারী কোরৌ সুমিৎ লৈপাক-পোকপনে। পুরৈলোম্বগী মনোংয়াইনে। সাকৈ সল্লাঈ করম্বনু নোংদমবিগবনো ? হায়না ৱাকৎ খোনগী পাখংবনা মিংশেন সিদবনু নাকোং সুঙসিং থোংলেন অনি মক্তা।

সনা মিংখৈলেন হয়ি-হয়া য়াইবীরেন সিদবা কঃ সনা মপুলেনগী মিংলেন সিদবনু ওমা ঙমা কাবসিনবিরগা থৱাঈ মপুরেনগী মদাইরেম মপারীবু ওইরবমিনা কোরৌ সুমিৎ

—(৩)—

লৈপাকপোকপদি মমু পোংশক ওইনা সারোন-লক্লে।
কোলোই মখিং থোনবু নোংপান অঙৌবা লৈপুরেম্বা কৌএ।

হে: লৈপুরেম্বা নংদি কোরৌ সুমিৎ লৈপাকপোকপবু শমু খুনৈৎ ওইনখো, লোইদাম থৌরান থাবু নারল মুম ওইনা খো:। লেংখাং অঙৌববু মৈমু তোম সোলও:। চরৈ কিসাং অঙৌবগী ম্যাংলম তোম্তাল ভুং-সং নামৈ মেপও:। চৈনৌ নোংলুম পানগী রুপয়াই চেন্নখোও: অঙৌবা পুরৈ-রোম্বা মখুৎখা হৈপা হৈরাংচান সিংলেন লৈপাম লৈকা লৈচননখো।

হংচিংকী মপারী কোরৌ সুমিৎ লৈপাকপোকপা মালেম লৈথেনবী লৈরাং কাংঙোইসা লাংগোঙ্গ শমু অঙৌবনু ওইনা লোইদাম থৌরাম থাগী মকমৈ (২৪) তরামরিনি পানবদা মুথক পুংজা মতমদা সাফোঙখিবা, নোংপোন সন্নাঙ্গ খোইরী চৎখরক্লে। নোংতা লেনবা লাইরেন কাংবা কৌএ।

পালেম কাইবগী মপারীদি চিংখন য়াং চিংখনয়াংগী মপারীদি নোংখনয়াং মপারী চিংখম সাংবনু পোকনরক্লে। তোংপান-৭ তরেৎমক অসিদি; পলেম পিনাইমনা য়াই ওইরিবনে। থাকপা নিংথৌগী মযোম লৈবা কাংঙোইরেম্বীনা মপারী নিংথৌ তারী, রোনাওরবগী মশানৌ সুংঙৌ মুংম-

—(৩)—

মসি চীং-তম কংলৈপুঙমনোন লৈপাক নিংথৌ পুন্নমকী কুমগী লাকয়েন চৈরাউবা কৌই। লাইফম অনি অদু হান্নগীগুম- ফুনজিনলগা মথক্তা থাখল থল্লমগনি অদুগা লৈমুঙদগী তোবদা ফংঙিবা খুদম খওঙিবা পোৎসিংদু চফুদা হাপ্তুনা পুরকলগা য়ুমজাও লাইরেম্মাগী কাদা থমগনি।

অমুম্মা চৎথরক্লিবা অসিগী মতুংদা শকাব্দ ১৪০৭ তা মৈদিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌগী সনাহাকথক্তা চৈথাবা হিয়াং লোইনা হৌই। চৈথারিবা নিপা অদুনা লৈপাক নিংথৌগী সনা মাঙদা তিসোন লাইসোন সোন্দুনা। লৈবাক নিংথৌগী ফত্তহৌদি পুরগে হায়না লাউদুনা লৈবাককী অরা-না পুন্নমক চৈথাবনা পুইএ অদুগা কোরৌ নুমিৎ সীংবুন মঙানি থবক সুদে, সিনহৈমেএ। তরেৎ থোংফাং নমুংনৈএ হরাউ কুম্মে তৌদুনা কাং শামদুনা নুঙাই মথোঈ তোংদুনা নুমিং মঙানি লেল্লে। মসি পুরোই মসিন কৌবা 'পুয়াদা থম্বিরম্মে।

কংলা নোংলৈয়াও "পুয়া,দা অঙোম ঈয়েক সল্লাঈগী অপোক লোন থৌনি থৌরমগী মরোন পোৎচংদি রারোন অমুম্মা ইবীরম্মী।

১—কোরৌ নোংজা চয়োল-হংয়েংসিৎ লৈপাকপোকপা।

২—নুমিৎ চয়োল ম্বিংখৈ—য়োই অয়াঈ।

৩—লাইয়েক লাইচু—অঙোবা।

—(৩)—

৪—ফিরোই ফীচু—অঙৌবা লায়োন মচু।

৫—মায়ওন—অৰাং।

৬—মাইকৈ লাঈ—থাংমাঈ মাবহল।

৭—লাইকম ঙুংপাৎলু—কোংবা মৈরোম্বী।

৮—ইরম ইপুলাই-ইখোং মানবা।

৯—য়ি মিংথৈ— কুপ কুপ।

১০—লাই কছা নোংথৌ সোরারেল।

১১—লাই ইপুথৌ—পুরৈলোম্বা।

১২—অপোক লোল য়ুমদাবা—কুপত্রেং।

১৩—থৰাই পীচাক মিংথৈ—সচিক।

১৪—নাহাইরোল—তাইরেল।

১৫—লৈরাং—লোন থরো অঙাংবা পামলৈ।

১৬—তাওজিংলোল—হৈবা।

১৭—লাই লাঃ—লাকোই লাঃ।

১৮—লাই সিং—উপল।

১৯—মৈহৌরোল—মৈবা।

২০—লাইথাং—পুককপা।

২১—লৈমারোল—মমোমনু (ডাঙোইনু)।

২২—নাউরোইবী লৈমা—খাকপা নিংথৌ চনু।

২৩—লৈমা সাকোল—নোংলুম কাংঙা।

—(৩)—

২৪—ঙৌগু মপুদগী থোকপা সথাঈ খোরী (ঙৌদগী)।

২৫—লৌনথিবা সথাঈ—পূক।

২৬—থাজা মাকমৈ-ঈঙেন ১২ নি পানবা।

২৭—সুমিৎ পুং মতম—নিংথৌকাবা অয়ুক য়ুথক।

২৮—অতিললোল পোকলেন—অঙিংকোক সিদবী।

২৯—তিললোল লৈমরেল—তাউবিরোই লাই সিদবী।

৩০—সনাচৌং মশুং ৯—সুমজসেং (সুমসং)।

৩১—নীঙনপুং—কংলা নোংলৈয়াঙ।

৩২—মিংথৈরেল—কুরু কুপাত্রং হিংচিং।

৩৩—লাই নুরা—হৌরৈমা।

য়ুথক মতুং পুং অহুম সুমিৎ সুংবা তাম্না অঙোম্না চৎলে, অঙোম্না পুরকপা থৌদি লৈশুম ঙৌতানবা মখুংনাম্না সালৈ থেম্বা ইপুরাৎ নেরাৎ পুকনু লাইনু চানু চাঙৌ চাকহোং য়ুহোং আহোং অচৌ, থিক পান থাপান মিংলেং মাইরেং অকুপ অরং, পুরোই থানপোং লৈরোন থানলা, শুমাই চাই কোই-লুথেৎ পারোন গিন অসিনে। থগুউ।

কোরৌ নিংথৌকাবা সুমিৎভি চৌগু নোংপৌ সোবারেল থাকপা পুরেলোম্বা পুরাং নাকাবা থংবা নোংনিংপৌ কোনাংঃ অতাম্বা সরাং অথাপ্পগী কোবৌ মিংথৌকাবা সুমিৎ সিনখ্রে. কোরৌ সুমিৎ অসিদা থোইমোম মৈরা পোনচৌ ঙম্বী সিংথ

—(৩)—

চায় কাবা লোকয়াত সিন্না লাসং পোকএ, অদু নোংগীবু লৈরে। কি পীথোকহৈদে।

নুমিৎ মুংবগী মথৈ পুংনিপানা ত্তানবদি অঙোম্মা চৎলে।

১—অশম্বা বাহৈদা, লোইদাম ইঙেন থাগী তরা- নিথোইনি, পানবা নিংথোকাবা। নুমিত্তা অঙোম সল্লাঈগী অপোকপা খুকম্মে মরোন পো' চঙ্গদি লাইয়িথিদি মহুমনুন, নোংক্লম কোল্লে, পুরৈলোম্বা পোকএ। ইঙেন থা অরা- নিথোইনি পানবা নিংথৌকবা নুমিৎকী অমক মুথলনে। থৌরানমিচাক্তি থাদোম্নে। ঈশিংদি কোংবা মৈরোম্বীনে, লৈদি থরোঃ অঙাঙবনে। মৈদি মৈবানে, হৈদি চৈঙোংনে। সীংদি উপাল্লে। থাঙদি পকন্ থাংনে নহৈবদি তাইরেনমে। মচদি অঙোয়নে নাওবাইবিদি খাকপা নিংথৌ চম্মুনে, ভাদি সারেং অঙৌবনে। অম্মম্মা অঙোম পোকএ অঙোম পোকপা মপারেন সিদবু অঙোম সল্লাঈ পম্ময়বনা ঈরাংলে। হৈ-লৈ, চেঙ চাক ফিবোন ডমজবা পূম্মা য়াওনা বুত্তুনা ঈবাংলে॥

## মতাং মরি তরকপদা
## থুমন ঈয়েক সল্লাইগী

১—তাওবিরোই লাইনা পোকপা অতিংকোক্লা য়েন। য়াইকুবিনা পোকপা অসিবনা য়েনবা লৈকোনঙ্মীনা পোকপা

—(৩)—

অঙাইবনা য়েনবা থেরেলোংবম চনুনা পোকপা অকুঙ্গনা য়েনঃ চিনকুরোল লৈচিক ঙানবা চনুনা পোকপা নোংয়াই মরী ওনবনা য়েনবা পিয়াইনুনা পোকপা নোংদম খুবনা য়েনবা লৈনাওতাবিনা পোকপা পোইরৈতোম্বা য়েনবা সম্বোং মপুরেম্ব চনুনা পোকপা সিংদাপুঙনা য়েনবা লুৱাং খুমন পোকয়ে। খুমন সল্লাইগী লাই ইপুথৌ তরেৎমকপু পুনেমজরি কুবিয়ু হাউং হয়েং।

২—মপুরোম্ব সিদবা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংঙু পোং-লেল হনবা অচিবা সল্লাই পুরি য়েকহৌগী মালেম লৈফু-রেল অচিববু কোরৌ ললসানরিবী ৱাংবন পাওসানবা লাইমিংথৌগা, মাংরাইবি তোম্বাংনুগা সামু কোল্লে, ৱাংফুলেন পোকএ। খুমন পোকপা পম্বোনে। সচিফু থাঃ-১৫ নি, পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা পোকখিবনে খুমনদি য়ুমসকৈশা নুমিত্তা পোকএ। চীংঙূবা লাইদি মারচিংনে ফিসেৎ লৈতেংদি হিকোক মুরৈনবনে থাদি ৱাকচিং থাদনে পাথঙবনা পুমলেন্দা লৈরিঙৈদা মমা চিংলেল খোম্বিনা মপা য়ুমশকৈস মুতরেং কৌনা খুলরক-মংরক্তা মাংৱাইবিদি তোনথাং নুনা শামু মকোক পানবা লাইবু কোল্লে খুমন পোকই হায়বদি শামু হকসাং অসিবু য়েসমনা সামবদগী খুমন পোই হায়বনী, খুমন্দী ঈমুরাবা কৌহনা কুরুম পাংতা পানখি।

—( ০ )—

নুমিৎ মশেমগী মপাম্বী কোন্বো য়ুমশকৈসশুং ওইর-বগী থিংকু লাইয়ী পিচাপু সায়োল্লব্ধে। লোইদাম থাচা কচিং পাগী থাপুং থানিল মপুড লেপ্লিভৈগী রিগ্নওয়াই পুও লেপ্লেভেদা নোংতা লাইরেন পাখংবগী শমু মাংদা না থিংকু লাইয়ি পিচাম্ন রাইথুংলববগা পাখংবনা পাও ংখিএ। থিংকু নহাকপু থোরম করিগী লাকপনেঃ হায়বগা থংকুনা পাওখুমখিএ।

নদাইরেম ঐদি, মশেম নুমিংকী মপারনে কোলোই ইমিং থোন্দি, য়ুমশকৈসা কোঅ। সল্লাঈ খুনথোং কন্বন্দা নোংদমবিগদবনো। নদাইরেম নাপারীবু ওইনা চিংড, নথৌজান অরেপ্পনা মিংলেন য়াইফবব্ব লনকুপিগো হায়না পুনেম খোনগী মপুরেম্বা নাকোং নুংসিং থোংলেন অনিমল্লা মিংলেন ১৭ মকপু ওম্বা ওম্বা কামশিনবিব্বগা হিকোক চুহানবগী মৃত্তা রেংতা নৌবব্ব সারোল্লব্ধে, কোলোই মমিং থোনবাখিএ।

হেঃ নুমিং য়ুমশকৈস নংদি নুমিৎ চযোনগরেংমককী ময়াইরেম্নে হায়বগী নেংয়াঈ কোঅ, শন্ন নহাকপাবু মচু মুরে লৈএ। অদু নোংগীবু নোংয়াই খুমনাও মিংথোকখিএ। চরৈ নফি সেংতি, হিকোক ফিদাং সেংও তাওজিং হৈক্র, মিংলেন সংকুপলৈবু লৈচেম্নখো ঃ নোংলেন খানপাংবা রোমদা শমু

—(৩)—

ইশানৌ মংদি চীংখোং পোইরৈত্তোন খোংফাং অতোন-বগী স্না মমৈ মাই চৈনা মতুং ইন্না থমলৈ মীনুও কোন শন্না মীথুরোনগী মালেম থুনফাওঃ মমমকপান,+কিনা+ অহিং মীওইবদি ওইওমমে,। নোংথিল খোইমোম লাই ওইবদি অত্তুগীবু ওইফদবনে অসুম পাউথুমখিরে,।

অত্তু নোংগী ভুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাথংবা অহিং মীওইবদি ওইওমলে নোংগিল খোইমোম লাই ওইবদি অত্তু নোংগী ওইকদবনে,। অসুম পাউথুমখিয়ে,। অত্তু নোংগীবু ভুবি য়োই নোংদা লাইরেন পাথংবা অহিং মীওইবা নুংথিল খোইমোম লাই ওইবা তৌনা কৌয়ে, হায়দবরা,॥

ভুবি যোইনোংদা লাইরেন পাথংবদি লোইরেন লোক্তা য়াকাকদবনে,। লোইরেন খুনগীরোক মহৌলমলেন কৌই। লমলেন ইরাংফাই খুনবি নারেংচৌং খুংথোং নানৌরোক লৈথাচারোং নিংশোং মাওবী লোক মাম্বক থায়াইলোক থানিং লোনবা চৌং লমলেন থাংলাফাই খুনবি তরাকাই লাইলা ইরুঙ্গী ইরুমথুম লোইরেন খুনবিরোক্তা য়াকাক্কবা ভুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাথংবাওঃ তৌনা কৌরে,-চায়দবরা,। ভুবি য়োই নোংদা লাইরেন পাথংবদি স্না-ঈমলা চোইনৌ স্না মিংছুনগীবু চুনবনে,॥

—(৩)—

নয়োম মৈতৈ লৈমা লাইস্না হৈয়োং নিংথৌচম্মু হৈয়োং লোংলিবনা পোকপি লৈচিক চিক্লিবনা পোকপী লৈচিক লীবা লৈথম থমলীবনা য়েনপী, পোইরৈ মসুও ওইদরিঙৈ তৌরাং থাংপকপা, চানা ইহৌননা পোইরৈ হায়া মসুও ওইরকপী মৈতৈ লৈমা লাঈস্নাওঃ তৌনা কোএ, ॥

১—অপানবা পাথওবনা মুরা পানপি স্না লৈপাক্কা থৌরাই অয়াম্বাবু লাংপিগে সিম্বোং তম্বীগে হাঈজুনা মীগী মপোক লাংচংনা অতীয়া শিদবনা লাইস্না শাজুনা মৈতৈ লৈপাক্কা নিংথৌ ওইনা লৈরম্রে, ।

লৈমুও য়াবিরে'ক্কা নোংদা লাইরেন পাথংবা কোএ, । কম্বাম্দা চহি ( ১২০ ) চামা কুম পানলম্মে, । নিংথৌ অসিগী মতাংদু লাঈসবা হৈয়োম নিংথৌ চম্মু খুয়োই তোম-পোক পোকএ, । কম্বাম্দা চহি ২২০ চনিকুম পান লম্মে, । অসিগী মতুংদা নোংমোঈমু অহোংবীনা য়োঙৈলে তোন তাও-থিংবাংনে, হাওমু খুনা খুঈনিং ঙোম্বনে, হাওমু হননা পেং-সিবনে, লাঈতোং খুনা কাওথংবনে, লাঈ তোংহম্না নাও থমবনে, য়াওরৈবা চম্মুনা নাওফোংবনে, নিংথৌ ৮ নিপাল মক অসৌদা অসি নাঈদে তম্না তেসিন হনজিন্না পান লমএ, । অমুম থওওঃ ॥ লাঈনিংথৌওঃ ॥

—(৩)—

ইবুধৌ সিংগী পানা মরিমকী মেনকমদী, থুরাঙ্গী মেনকম্বদি নোংপোক অচিবনে, মমিংদী থরাঙ্গ কাওঃ লাখ্য যণ কৌএ,। বাংগৈংগী মেন কম্বদি কৌক্রনা মেন কয়ে, মমিংদি ঙাংবা কাওচি হেনবা কৌএ,। থুাঙ্গীগী মেন কম্বদি মংেব্রেম্না কয়্রে মমিংদি মুবা কাওয়াঙ্গ তোপ্পা কৌএ,। মমিং অমদি লিকপা কাওরাঙ্গ তোপ্পা কৌএ,। যাঙ্গস্কুলগী মেন কম্বদি থাংচিংনা কয়্রে, মমিংদি মোঙ্গথিক কৌএ,। অমদি লাংয়েন যণ কৌএ, ॥

মেদ কৌবদী ঈপাপু কৌবনে তাংপান কৌবদি ইমানে, উক্ক কৌবদী বায়েন সংবু কোবনে, লাঙ্গগা মরম কমগ্য সংনে, থওউঃ মরম অসিদী, ঈপা-পুবারিপু হায়দে তাওঃ নোংপোক কৌবদী নুমিৎ থোক্লকপনে,। কৌক্র কৌবদী নুমিৎ য়ুংবনে,। থাংচিং কৌবদি নুমিৎ তাবনে,। বাংক্রেন কৌবদী নুমিদাংনে। মতম ওহুম মক্কে, মতম মখি মকা-লোয়ননা অমুম্না অহিং নুংথিল নায়হুনা চংলিএ, নেংলিএ, হিংলিএ, ॥

ঈপূধৌ সিংনা উনবী পুক্লিং তপ্পনা হাউবম্ব বানে, বাবর দৈবা লাইয়েক লাইগী লিকলমনে, লাই[illegible] বাদী অসিনে, [illegible] ॥

—(৩)—

থ্বাইগী য়াইমরু থুবাইগী মেন কয়দা পাথংবনা তোংঙে,। তোংবা মবিংদা মুবা কাওরাই তোপ্পা কৌএ,। অমদি ঈ ময়ম অরেৎ মক্কা হিরাম নুই হাঙৈবগী মবিংদা লাই-লিকপা কাওয়াই থংবা কৌএ,। অসিদি কৌরু অচিবগী কম্মাল বানে,। পাথংবগী চুপ অমনে, লৈবাক শেম্বগী লাইকংথৌ তাবা মবি মক্কা তিল্লবা মকমনে চেংনা থওউ: পক্কা চাঙৈহেদে,।

বাংথৈগী মেনকমদি পাথংবনা তোংঙে তোংবা মবিংদি ওাংবা কাওচি হোনবা কৌএ,। বাংব্রেন কুরু সিদবগী কম্মাল বানে, পাথংবগী চুপ বানে, পক্কা হাঙৈহৈদবা অথুপ্পা বানে, চিংশোম্বগী লাইকংথৌ তাবা অরেৎ মক্কা তিল্লিবা চিংঙু লাইতিং কোম্‌ঙ ংনবে,। নোংখোং কৌএ,।

থ্বাইগী মেন কমদি নোংপোক অচিবা চিংথৈ কুরুম সিদবগী মেন কমনে, পাথংবনা তোংঙে পাথংবগী চুপ অমনে, পিগাতা থুবাই কাওসাংবা মন কৌএ,। চিংথৈ কুরুম সিদবগী কম্মাল বানে, মারজিংগী লাইকংথৌ কুপ মক্ক মচি লাইনিংথৌ হনবনা ঙাকপা কোম্‌ঙনে, পক্কা লাঙৈহেদে থওউ:।

য়াইকুলগী মেন কমদা পাথংবনা তোংঙে তোংবা মবিংদা পিচতি মোঙৈবিৎ কাও লাথেন মন কৌএ,।

৩)—

থাংজিং কুরুম সিদবগী কম্বাল বানে, থাংজিংগী লাইকংথৌ তরা হুয়েং মঙ্গা তিল্লিবা অথুপ্পা বানে, পঙ্গা হাইহেদে, চিং শোম্বগী লাইকংথৌ তারা তয়েং মঙ্গা তিল্লিবা, চৌংখু লাইতিং কোল কোমথু লেনবে নোথোং কৌএ; পাখংবগী চুপ অমনে থওউঃ ॥

মালেম চিথেক মরি মক কৌবম্ নৈকাঈ খুম্বোং মরিমক কৌবম্ অসিনে, পাখংবগী থোং অনি মক খুং অনি মকম্ মরি মক অসিনে, অমা কাইরবদী পাখংবা কুরুম সিদবগী চকসাং কাঈরে, কাঈহেদে কাঈরবদি লৈবাক বায়ে, কুমথী কুমকাং নোংগাংয়ে, বাথোক লাম্বোকয়ে, নিংথৌ মকম তাওয়ে, মাসি মা-। তোইএ, । অসিনা লৈকাই খুম্বোং মরিমকপু চেংনা লাংলোঃ, অসী থওউঃ। লাইনিংথৌওঃ ॥

লৈথোং শরাই থিংগাই য়েথাইদনা চেংনা স্মুত্তাই মরাং কাইনা কুইনা শাংনা শাথোক লানথোং থিংনা পাননবগী দমক্তা নোংথোংগী কহুবা মতিল মরাই হৌরকনী হাঈদুনা নোংথৌ স্মরালেন স্মা থম্মাল মতেঙ্গা কম্বা অচিবনা মুবিং শাবাং নোংকুলেম কিং খিং কিবনাইবা কৌনা লৈত্তাক লৈহুন লৈয়ারবি,॥

চৌংশেম্বগী লাইপুংথৌ ১১৭ চাবা তারা তরেং মঙ্গা মথোংদ মুবিং চয়োন তরেং মক লোইতাম থা তারা নিথোই-

—(৩)—

তুক হাংবা লাইফমা ঈরাংনবা লাইকর : য়কুম খুঙনা য়োংং কুম থবনী, মালেম খোংজি মরিমকী লাই অপুনবা পুরিমকা কনবা কুকবগা সিদবগা অপানবগী লাই অনি হুকি উমং ময়াই লৈরাক নোংথো ভুবগা মতোন্দা কুমে, মখিংদি লুংনাংগেন অপোকপা চংবা হিয়াই হুনবা কোনা করে।

লাই অনিগী থোংলোনসু তাকপিনবা নুমিং চয়োন তুরেং মকী লোইতাম থাঞ্জ অমা নিথোই মকী ঈরাং মরুম কুকম পুংময়োন্দা থঙোবি ,। লুংনাংনেন অপোকপা য়োইমুম সিদবনা শেমলন্দা লৈপাক নোংথোংগী ঈরাং কমকী লৈয়োন লুঙলোন মাপন মকী থোংহুনে, থোং অনিদী লাই পুমমকী ঈরাং থোংনে, লাইনিংথোওঃ।

মাবম অসি খৈবিকপু লাইনিংথৌগী শুনমাবা মনা লুঙ অানবা নিংথৌজম ক্যাম্বনা হায়বা য়াথং তাবহুনা নিংথৌ থাগেম্বনা কোম্লুংগী তিনকুম লাইথম তিনকোক লাইকোক লিলি লাইবি লাইয়েক লাইশু মথোং হাংনা লৈসাংখোং কোবা মবেন সাসং সাসিনবা, থয়োম নুথারা লোয়োম্ব মমলেনবা খৈবিকপু নিংথৌ মহাক চেংনা তাম্নোং মমুং কুইনবা লেমথোং মকৈ পারুবা, লাইনিংথৌ গুনো চাউবা খোইময় লাইনিংথৌব পনেম তাইসিক কোনা থোংলেন

—(০)—

মরি থক চীংও, লাইথোং থঙনা কোরৌ লনসা য়োননরে,।
বাংবন পাওবু লোইহন্দনা পোইরৈ মনিন-নাঈ চোইনৌ.
রা-ঙম মরাং হৌনা পানহৌরে,। লোইবু নিংথৌ চন্নহং
খোয়ুম মকা সাগী, লৈরোন থৌজান মতুং ইন্না লৈসাংথোং
খুনমা অহনবা কৌনা কোলোঈ মমিং ইনখিন্নবনে, ॥

---

১৩ সুবা মতাং
কন্নালগী ঈরাংকু লাংপা

৩

| | | |
|---|---|---|
| ।। | ।।।।।।।।। | ।।।। |
| ।।।।।।। | ।।।।। | ।।। |
| ।।।।।। | । | ।।।।।।।। |

০

লাইতিন কোন

—(৩)—

লাইতিন কোন অসি কম্বালগী মম্যাংদা য়াম্না য়েৎকানি অসিগী মায়কৈ চুথেক মরিদা চুপসেন লক্ ৪ য়ুংগনি। লৰক্তা থবল মচুং অহুমনা লৈনা শেম্না থনগনি, লাইয়ুমগী মরাইদা লাদা ফৌ থরা হাপ্পলগা থগনি, মথক্তা ইকোন মুহিং অমা খিনগনি কুয়েল ওক্তা লৈ মচু তরেৎমা লেংবা লৈপরেং অমা কিগনি নংত্রগা হৈনৌ তাঙ্গোই লনা শেম্বা লৈথল ৩-৫-৭-৯ অসিনা য়েংলগা পুনগনি। হয়ি-হৈয়াগী লৈরোল নোংপোনবু অমা ওইনা লৌরগা ইরাং থৌনি তৌগনি।

## ইরাং থৌনিগী পোৎচঙ।

তিনথা লাইথাগীদমক য়াওদবা য়াদ্রবা লা, লাগী মমিংনা তোয়রি তোইথা লানথেম্বী মরালি কৈহৌ নাওফল-লা পোইরৈ খুম্বোকলা, নোংমাই খুবাংলা, মেন্দে নিংথৌ নুংকাই চৌংদা পানবালা, লৈমুঙ তকুপলা, কোংবা ফুদোংলা, নোংমাই নিংথৌ কৈয়েখাদা হোৰালা, থাবা লায়াক তোনদনবা, অমাই চংবি লারাক কোবা লাবু লারাক সেংনা হৈরাং সেংনা লৈরাংগী লৈচা থায়না অমম্বা মরোল অহুম অঙানবা মরোন অহুম হৈরাং লৈরাং সেংনা তমজ্ঞানবা লাগী লাচেং মমম শুহনগনি।

—( ০ )—

অদুগা মোযমু মুন্না লৈতেংহে চোইনৌ ম্না পুনগুম্বা. তাউজিং হৈরোং পাল্লিবা তম্ফা লিককোই থিনগুম্বা থিক-লেন চাইজি হেল্লবা সেনবি ৱাবোক তয়ালনৈ হৈরাং অসং খলদোক তাউজিং অমুন থলজিল হেয়াও সীঙেল হৈনমদি নিংঙমদবা হৈনমনা মুংশি মনম্ ফাওরবা তাউজিং খুংফাং নাইবা শীংঙেল চরোং অচুম্বা হৈরাং শকহেন শেয়্রগা

হৈ-লৈ মরম মচা খাঃদোক্লা শেমগদবা মবোওদি হৈরুক পানা থাওযৈ মেক্রূক নমসা পাকলৈ-লৈ তিংথৌ মরোন সত্তবা ৩-৫-৭-৯ অসি পানবা থরা চেং থোইদিঙ ম্না লুপা কৌ য়াম লক্কোই মনা কা, শিরোই তাংখন ফিদা থকখন লৈনা চুক ৪ উচিবা মরি লং অহিংবা ঈরিক কাঙ্গল হকসু সেংনবা তাইরেল মতোন মনা ৩ লোংবা পুংকাই নাপু নাসেন উথোক ৱাখোক য়োং খুনেং সেন=অথেল পোং মকম মকমগী পোং মরম পুম্নমক অসি শেম শাদুনা থাবা লোইরগা=ম্না লুপা কোন য়াই পু অমা পাইরগা শীবানা ইসিং লৈবা মকমদা চংলগা হিচস য়াইচলনা ঈনিরমগা ইরু ইসেং পুরকলগা লৈপাক্লা রোঃ মরেক অমা য়েরুগা ইসেং অরু থয়্রগনি, অদুগা যালেম ইমাগী লাইমুম য়েক্রগা মথক্লা ফিদা থারগা=যালেমগী তম্ফাক্লা চরাই ফক থারগা নচা নম্ ●ইবা ঐনা খোইমুম লাইরেম্বী

—(৩)—

পলেমগী থৌজান তুংইন্না চিংডু ঈরাং থৌনি তৌজগে হায়না চরাউ ফকতা লাইপক অহুমগক কংলগ স্বরগী কিবুণ য়েংগগা কন্নগনি।

কন্নবগা অহানবদা ঈরিক কঙল
লৌডুনা হকলু সেংলগনি, পুয়োক
কোরৌ ললসাবা লোয়নবগা নিংগদবা

ঈরাং থৌনি পুন্নমক অসিদি ১ কোন্দে নাকপং মাই ২ নোংচুপ হাওংরোং মাঈ ৩ থিংগোন মরিমাই। ৪ য়োইনৌ লাংপোক মাই। ৫ পনম য়াংকেক মাই। অমাঈ মতা অসিনা তৌরিবনি হায়না নিংগনি।

ঈনিরুরিবা ঈশিং অদু লাইজ ঈরু ঈসেংনৌ হায়না পুক্নিংদা খলনা তরেৎলক কলনা সোকলক্লীবা লাইগী থৌরম-গীনি হায়না লৈপাক্তা লোঃ নত্রগা রঃ মহেক্তা নাহৈকু অহুলা স্না কোনয়াই পু অমা চল্লগনি অদুগা।

ঈরু লাইসোন—অতাই লাইশোন
থুমতৈ নাসেং—অনম অথৌ নাহৈ
রোন। লাইরোন মতা অসি শক
সোন্নগা পোং পুন্নমক শেংদোকনি।
নাহৈ তাইরেন পাইরগা খিককাংনৌ॥

—(৩)—

সুংসেং ইকোন ইকুৎখোক লৈয়াবা মিংলিংহিং লৈয়োম্বা তরং লাইজা ইসিং ইরু ইরিক ইসেং ওইরিবা ইসাইকু সুওদা তুংলরো ঈপুথৌয় পাখংবা ইসাইকু সুওদা ঙানখিরোঃ অং হুং উং কুক কুক কুক কুক কুক। উ, বা, নপি-সিংবা, থরাই পানবা খৈপিকী মহি ময়াই ওইরিবা অপক মছিং খৈবীকী সেংথোই মণক ওইবা ইরাৎ স্না ফম্বানলাং লাইত্তিন কোন্দা তরং লাইজা ইরু ঈ ইসেং ওইরিবা লাইজা ইরু ইসেং সিদবাওঃ তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং মথকী রাহৈ থরা অসি সোল্লগা নাহৈফুদা স্না লুপা লংথে মপোপ ৫ গা চেংলৈ মরম সুনা থরা হাপ্লগা নাহৈ তাই-রেন পুঙফাই নাপু নাসেন নাপীসিংবা উখোক রাখোক পায়না সেংনৌওঃ কোকনৌওঃ॥

## ইরু লাইশোন

হায়েং কোরৌ মচি ঈ রাবন মনাও ঈ কসা লামংঈ থাকপা পুরৈরোম্বা পুরাং নাকাবা, খোকমারোকী ওন্দে ঈ খোকমারোকী হানরাইবা খোংনাংনানি লোংবা ফেঙাই ঈঃ লৈতুম সুংতুম ঈঃ সুংবু সুংজৌ ঈ অরাং কোক্র অয়ুপ্পা য়্যবক্তগী সিম্বা ঈ অসাং পমইদি রাইচং ইঃ ফসাংপমইদি রাইকোং ঈ নোংথৌ য়োরারেন অরিবা মং কপী মরিকপা যংকোবী

—(৩)—

মনকোনবা ইংবন পিথ্রাই খোংজ্রাইবী কাসা অশেম অসা হৈবী নওনা শেন্দিঙঃ সাবিঙঃ হায়েং কোল্লৌ কয়াগে॥

## মৃমতৈ নাকসেন লাইসোন

হায়েং মাসোক মদাইমাদা কমলেন মদাইমদা, য়াতংদা কোন্দংদা তাকতু ইদাইমা সেনখোং নাবিনমা পরৈ হোংঙা মাগী অমোংপা লৈরম্বা নকমসেং নথোঙ্গাল্ল নারনশি চাসোং-কম নাওসোংকম মাঙ্গোল্লাং নমুঙলাং নশুমাং নথেনমাংগী কাওমা সুমারোংবু পরৈ লেমলৈমদা হাউং হায়েং॥

## চিলফু মায়তাবা

হেঃ লাইন্নিংথৌ লাইরেম্বী লৈমেনঙঃ চিলফু মায়তা সাতেংলাসী, কংতা হৌথিকা অমোংপগা, সেংলাসি, নাস্থ হং পুঙথৌ নাস্থ হে পেম্মানা ভুরেলগা লাইজা ইরু ইসেংদা তাই রেলনা পুঙকাইনা নাপুনা নাসেংনা উখোক্কা য়াখোক্কা লাইজা ইরুপ লাগা সাতেংলাসে চিলফু মায়তাম্নসে হেঃ লাইন্নিংথৌ হেঃ লাইরেম্বীওঃ

হরি সেংলাবনে, হৈয়া পাম্নারে, সেংনারে, লুবাই কোই-রেং লমদগী পিশুম পাকোই লমদগী চিলপাল কমথোং লম-দগী খৌরি চয়োং লমদগী ৎপাক চোনকম লমদগী থাংপনচি লমদগী সেংক্রু কোই লমদগী নিংছু তাম্থোং লমদগী খুউ

—।০—

কাংকোই লমদগী খুপোম তানথোং লমদগী খুনিং মোদোন লমদগী খুতোন হুইথাম লমদগী কংভাগা হৌথিগা অয়োং অকাই পুন্নমকপু সেংলাবনে, পালনারে সেংনারে হাউং হায়েং ॥

## অতাই লাইশোন

হেঃ কুরু নোংথৌরেনবু তাইগে, সোরারেনবু তাইগে, পুরাংববু তাইগে, পুরাংনাগবা মরিকপি মরিকপা। নগুবু তাইগে, সঙ্গোনবী, সঙ্গোনবা নগুবু তাইগে। বাত্রৈ সিনহৈবী উত্রৈ সিনহৈবা নগুবু তাইগে, বানহৈবী বানহৈবা নগুবু তাইগে, লৈমা য়োইরেনবা নিংথৌ চরনবা নগুবু তাইগে, ওইথাংওঃ য়েংথাংও; লিরি লিকোংবি নগুবু তাইগে। লিরি-লিকোংবা নগুবু তাইগে। পাথংবা য়োইরেন তোম্ পোকপা নগুবু তাইগে হাউং-হায়েং।

## সৈহৌ মতং অমা

নোংগৌগীদি অসবা, লৈনুঙ কংখু নোংলেনচা, নুং-চেংচা থারি নুংচোংপা, যাইপেং সিথিরপা, লৈরা থারোই সেমপা ভাংদ্রা তৌরুপা লেরংখোংচি রাক, থাপা লাংথংচানা সৈসকলেদা। লৈপাক মাইবা থুরাই তাণ্ড, নোংগৌ মাইবা চিরাই তাণ্ড, লাইমিং তিনমিং সোন-লয়গা নোংগা তাই,

—(৩)—

খোইয়ুম মতিক শক্লকলেদা, চীংঙু ময়াঈ সোল্লকলেদা, খোইয়ুম খোরম হৌরকলেদা ॥

## পোকলেন লাই তায়বা

হেঃ পু খুনমাবা লৈমাবা অতোংবা অরেংবা ঙান্দুনু কুপথন থন লাওদুনু সরৈনেম কুমজাগা ওইরিবা থাজগা ওইরিব মৈরিসলাংগা থরান নোংলৈগা ঊংরিং চারগা ওইরিবা ঙাঙোইবা য়োইমোংবা য়োইচমলেন তমহৈবা তম্পাক লেংকোই লাংকোই শেম্বা সরোং পুংমাইতোংবা লৈকাই খোমদিন লাংতিলগা অথুপ পমাংগা পুমাংগা পরৈ থাথোংগা তাওথংবা মোংবা য়ুম লাই কৈরাই সাগা তমহৈবা নংবু হায়া তায়রবনে ॥ মুঙশিংলমদা লৈকৎলু ॥

## মায়কৈ ঙানবা ( ঙাকপা ) লাইগী মিংথৈ।

১— য়ুসেন কৌবা লাইনা কৌক্র লিরম ঙাকএ, ।
২— লিসাতাওঃ কৌবা লাঈনা মনিং নোংচুপ ঙাকএ, ॥
৩— য়ুহা কৌবা লাইনা মঙ্ঘোং লাইচি ঙাকএ, ।
৪— করি কৌবা লাইনা মথা মায়কৈ ঙাকএ, ।
৫— ঊসিং কৌবা লাইনা মৈরম মায়কৈ ঙাকএ, ।
৬— ঊরৈ কৌবা লাইনা নোংপোক মায়কৈ ঙাকএ, ।

—(০)—

৭— কয়া কৌবা লাইনা নেংপোক চিংখৈ ঙাকএ,।

৮— নোংদম থূবা কৌবা লাইনা অৱাং মায়কৈ ঙাকএ,। মায়কৈ ঙানবা লমঙাকপা লাই পুন্নমকম্ব চৈনম ফাদে, খোয়য়ুম লাইযাম পুন্নমক্কা থৌরম অসি অকাই অতোই খৈপিক য়াওহনবিনু। অফাবা থৌজান মহৈ পীবীরম্মু লাই অথোইবাওঃ॥ মাইকৈ নিপালমকতা ঈরিক ইকানা চেংলৈ কংকানী। অত্তগা খুংসেংদোক্লগনি। থম্মোইদা খুং ২ য়াদনা লৈগনি।

## লাই ফমথৌ মাপন

লাই ফমথৌ মাপন মক্কা থৱাইমিচাক নোংথৌ সিদ-বদা চংখিএ। লাইফমথৌ মাপনমকী মমিংদি, অমনা নং কৌএ। অমনা হং কৌএ। অমনা ৱং কৌএ। অমনা সং কৌএ। অমনা কেঃ কৌএ। অমনা লেনেং কৌএ। অমনা নেং কৌএ। অমনা কিম্বুঙ কৌএ। অমনা হংসো কৌএ। থবী য়ুমগুম কোয়দনা ঊত্রেদা লংনা ঙাম্মা লৈরে, লাই মহাক্তি কৌবদেমে থকলেন চিনে, নোংপোকনে, ৱাংহ্-কুপনে, খানা চাউবনে, চিঙথৈনে, সোরারেননে, মরাম হুপনে, ঈথৈরেন নমুংবনে, কোনা তিললরে।

পোয়রৈ লৈসাং হনবা কোবা লাই অসি খৈৱিক [illegible] মাবু হেম্মা চৈনমক্কদবনে। উমংলাই মাপন মকী

—(৩)—

মখোক ওইরবা, কেঃ খুনম্নাবা কৌবা অথোইবা লাইরিংথৌ ইবুঙ্গোঃ নহাকপু থুকমজরি। ১ পাংথংবদি লৈকোই মপুনে ২ চারা চোবা কোবা লোইবা অসীবা লাই অপাদবা ম্লার্যাচদি কৈরুংবনে, ৩ কৌবরেন্দ্রা, উরুং পুরেননে, ৪ মারাম হুপতি লম মপুনে, ৫ নোংপোক অপালবদি লৌমী-রাকপনে, ৬ থানা চাউবদি ঙারুংবনে, ৭ ম্বাংহুকুপতি সারুংবনে। ৮ নিঙোন লাকপাদি থকলেনচীনে,। ৯ লান-চীঙ পুরেন্দ্রী লোইম্মারাকপা মেন্দে মাহারাবনে, ১০ নোংথৌ লোরারেন্দ্রী চিঙখে ম্নাইকু থবাই মপুনে,। থবাই ম্নাইবী মপুগা মশক ওইবা লাইরু থুকমজরি॥

## লৈঙাক লমতাইবা।

১ থাংচী কৌবদি চীংমীংনে লাইমিংদি, থকলেনচা কৌএ; মিংলেন অমাদ লাংক· তোম্বা কৌই ২ মারচিঙ কৌবদি চীংমীংনে, লহিমিংদ মগাম চীংহুকুপ কৌএ, মিংলেন উমদি থোম্মাতোন অতোমবা কৌই। ৩ বাংব্রেন কৌবদি চীংমিংনে, লাইমিংদি. বাংহু কুপ কৌএ, মিংলেন মমদি মিহিং থোম্বা কৌই। কৌব্রু কৌবদি চীংমিংনে, লাইমিংদি কৌরেংঙেং-দৌবা কৌএ, মিংলেন অমদি মিহিং-সাংবা কৌই। ৫ লংমই নোংমাই চীং কৌজা চীংমিংনে,

—(৩)—

লাইথিংকি নোংপোক নিংথৌ অপালবা কোঅ, থিংলেন্‌ অমদি নোংপোক অচিবা কোই। চাংচু সিদবা খোইমোম সিদবী অনিবকা লোইননা লাই ১২ মক খুরুমজবগা লোয়নননা তেংপালবা মপুসিদবা পেকলেন্‌ লাই অথোইবা অপোকপা পোরেন পোকপা সাংলেন. সাংপা ঈহৌ ইপু সিদবা লাই পুন্নমক চৈনমদবনে। চিংগু খোইয়ুম সারী সিদবগী থোঙান্‌ অনকুনা খোইয়ুম লাইস্থ নমু তায়পঙম্ব হৱাও মুথোই তোংনা য়াইফা থোঙান মযাই মহে পুন্নমক কংনাহনবা কুবীয়ো স্নাকোন ফুরেন সিদবা, হয়ি হয়া হয়ম ॥ পুক্রং নো-লুক্না খুরুমগা খুংলোমদুনা লোয়্‌ হম্বানা অচেৎপা খাকন সেতানা অনংবা কোওনোক্সা পুক্রংনা খুরুমগনি ॥

## থৌরম থাৱবা.

লৈমুও নোংখোং নোংলাউসে শকলকলেদা চিংগু লোয়চুপ অরিবা সম্থোং লাইনিংথৌ থাঙা য়ুমুম হাংদবা, কবালাই ওইবা চিংবাংলকি পুরেরোম্বা লাই অথোইবা, নোংপোক মালং চুমওইনবা, চিংগু কাইনৌ চিংশোম্বা থাংবাচৈযার নিংথৌ খোইয়ুম বোওয়া চিংমাথা, ওয়লোয়েন লৌথিবা কোয়ৌ নোংথৌ সোবারেন থক্সা তাকপা সন্নাংলাই থাদা তাকপা থোঙারেন থৌরম অসিগী অকাই অতোই

— (৩) —

গুপ্তপিয়্ন। কুম চহিগী লারিবা খা অসিগী থাপাল......
সুমিৎ...... থাপুন্ড কোনবা ... থাপাল... সুমিৎ......
মকৈ...... থাপাল অসিদা য়েক-সল্লাই সাগৈ য়েক অসিগী
( মিং ) কৌবা অসিনা অনিংবা মতুং ইন্না পাংথোক্লাদৌরিবা
থৌরম অসিদা য়াইফা পৌজান মহে পিনবীরম্মু কুবীরো
হাউং হায়েং॥ লৈ অমা পায়খৎলগা কোয়োদা কংলগা,
শুংলেমদা অমুক কংকানী, অদুগা লৈদু ফম্বানগী মাংদা
থমগনি। খুৎসেংদোক্লগনি॥

## মায়কৈ লাইতরবা

মাইকৈ মরি, মালেম চিথেক নিপাল সুংতাই হায়ৌ
কায়ন তরাতরুক লংতাই কুম্মানিথোই পোইরৈ সিংথাই
ছুম্ফ্র মরী, মকী থোইমুম লাই সায়োই ছুম্ফ্র মথোইসু
চৈনমফাদে। উঃ মংলাই লাইপুঙথৌ মাপনমকী খুফম চাহুম
ছুম্ফ্র মথোইমকী মকোক ওইরিবা হেংবু খুনমাবা লাইস্লিং-
থৌবু হেননা চৈনমফাদে। য়াথঙ লোইঙ তরেৎমকসু লাই
সুবা লাইতরেৎমকসু চৈনমফদে। লাইকোতি ৩৩ মকী
লূচিংলিবা হুপ কোই কৌবা থোইয়ুম লাই পুক্লমকপুসু
চৈনমফদে। উঃঝা ইমাংগী থোকাওদনা কুম্বী লৈহৌ তম্বা
মরাম্বা চাম্বাবা হৌ হৌ হৌ কায়োঃ॥

—(০)—

তরকমা, লৈখাপি লৈরামপী, অপোকচন্নু অমবাই য়াম রাইনু তমপাক লৈমুক লৈসোই য়ামপীও: ঈপূসিতপা ঈপুঙ্ওং লাইয়িংগী নোংথোরেন অথোপা চাংঙু ভাংলৌ নখোংখাদা নত্ত হেঃ পুঙথৌ হেঃ পেন্মা সিংনা পাথোইকেঃ পু থাহকেঃ মারেং পানকা মা ৱাহরেন তোং পুন্সি নুঙসাংনা হায়েং লোইনা পানকেঃ হায়পগা কোরৌ নোংলুপান অঙৌপনা লুপা কোনকা চন মালেম লৈমা অঙাংপনা স্না য়াইকা চল্লপনে হৌফারোঃ॥ স্না লুপা কোয়াইপু অমা ফম্বান্দা হুন্দুনা কৎকনি। খৎসেংদোক্লগনি।

## তায়পঙ নাওয়োকপীপা লাইপু খুকমপা

চৈদঙ অতিওংকোক মঙ্ক সিতপামা মনন্না মালেম লৈমা ওকতেতা মপাক্লাঃ নোংথৌঃ ওই। মপুক মরিম্মা চিঙমান ওইবা, নসিংলী তাথলিনা য়াংতৌ লমপী লমতাং ওইদে ইরি-লমতাংনা তুরেন তাফম ওইদুনা তুরেন তাফম মরুত্ত মিহুল ঈরিন পীরিপা ঈরি ঈথংনা লাইজ ঈরং ওহপা লাইজ ঈরাংনা তায়পঙ চাত্তা নাওতা পুন্নমক্তা খোম্লা: ওইনা পিথকপা তায়পঙ থৌবাই পিমাপা লাইজ ঈরেন্ মপু সিতপনা কুপিয়ু য়েংবিয়ো ঈপুও হাউং হয়েং॥ ঈরাং কুদা ঈশিং হৈগনি চেং-লৈমা চিংবা কৎকনি খুৎশেং হোক্লগনি। অদুগা খোইমপাদা খুৎল্লোমহুনা নিংবা মতুং ইমালৈনী॥

—০—

## লাইজা ঈশিংদা লৈহুন তম্না

অং উম হুং ঈশিং লাইজবু ইকুচুঙঙঃ হৌকংলম লমাংলেম্নে লমলেপ্ অতান থোকডঃ তুরেন্ অহুম থোকউঃ লেমরোম তরাকনক লৈপাবী লৈবানবী অপোক চনু খাংদ্রোই য়াঙ্ইপী অমপাক লৈয়ুপ লেদ্রোই য়ানবা ইবুংদিবা লোংথোরেন অথোবা মরং পাংকা মী ওইরেংলেং পুন্সি নুচাং লৌউৈ নুচুমাংনবা, লৈপাক মাইবা কোনচেক সুরাইতাংবা, নিংথৌ মাইবা সোংবু চিরাই হনবনা অচৌবা নোংলুন্ পাল লুপা কোনগা চনলবনী, মালেম লৈম্না তম্বংবী অঙাংবনা য়ায়াইগা থারবনী, নলাইরেম্ নমাইবা, অচৌবা খাম্ব লমকেৎপা অমাই লমথোইবা চিংজু ফক-লোম ফম্বা খোংমাং লাইচিঙ লেম্মা চিংজু নমাইবনা লু-পা কোনগা চল-লুপা কোনগা চন্দনা লৈবাং খৈয়োম পিরবনী সুংঙাই য়াইফ লৈপুল শিকথবিনু হায়না ঈ পুঙবা মসিংখোং য়াগকৈরক্রে হৌফৌ লাংপুম অমত্তা ওইবা নঙোন্দা লাইঙ্জ ইরোইনবা লৈবাং খৈয়োম কৎলবনী ॥

ইম্মাৎকুদা লাইজ ঈশিং হৈগনি থোকল লোমগা লোইননা য়াকুপা কৎকানি, চেং লৈনা চিংবা, অদুগা খুংচেংদোল্লগনী

—( ০ )—

## থাজা মকমৈ য়েংনা মিকৌ তম্বা

হান্নাগী হরু, সেংবগী ঈসিং অদু অতোপ্পা মফম অমদা হৈদোকলুরগা, অনৌবা ঈসিং থরা হৈগনি অদুদা লৈ মনা অমা থাদবগা খুং লোম্নদুনা থাজ মাকমৈ তম্না লাইজ মিকৌ তমগনি। কুমসিগী চহি অসিগী চংশিবা থাচং পানখংলকপা ......... পানবা ন্নুমিং থাপুণ্ড মতুং কোনবা মাকমৈ পানবা ন্নুমিং...... অসিগী কোরৌ মৈনা ফাবা থাবী চৈচেন্দা থাবা লাননংদাবা থবাল মিচাক মছা তাদবা য়াইফ পুংফম অসিদা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী ঈয়েক সল্লাই য়ুমনাক সাকৈ......... অসিদা পোকচরকপা মিং...... ... কোবা অসিনা চৌংগু খোয়্যম লাঈ পুন্নমকপু ঈরাং থৌনিজগে হায়না লাইথোং তরেংমুকপু খুংফাং চেপ্পা লোম্নজদুনা লাইজ মিকৌ তগজরিয়ে তরগু ইহুন তম্না ঈরেল পুংদা তুংবীররো ॥

লৈ অমা পায়রগা—অণ্ডোম—ই মণ্ডাং—ই লুরাং—ই খুমন—ই চেংলৈ সরাং লৈসাং থেমই—ই থাব ঙানবা—ই মোইরাং—ই হৌরোক—ই উসাই কোংবা পুমশাইখোং কুমশুখোং লুমৈয়াংখোং চিংকোই নুগুচেং নুংথোং নুংনা ওবী ইরম-তরেং খোংলম মাপননা অমতা ওইনা ইরেল পুণ্ড

—(o)—

অসিদা ভুংবীমু। অসি হায়রগা লৈ অদু ঈয়োক কোন মচা অদুদা থাদরগা ইরু ইসিং অদু ইরিক কাংগম। কল্লগা ইরাংফুদা হাপকনি।

অমুক ইরিক কাংগন্না কল্লগা ইসিং অয়াম্বদা হৈগনি অদুগা ইসিং অয়াম্বাদু পায়থংলগা ইরাংফুদা থোগল্লোন য়াওনা ইসিংদু অহুমলক হৈগনি। হৈবা লোইরগা ইরাংফু অদু অপৈ অঙাম য়াউবরা য়েংদুনা শেম-শাগনি। মথংদা মথাগী কৌদু পায়গনি, থারিবা পোং পুন্নমক খুংনা সোক্না লোয়না মক পায়গনি পায়বা লোয়রগা হনজন্দুনা হান্নাগী মফমদা ফমলগা পুক্কিং চেংনা থরাই য়াইবী কোন সিনলগা, থৌরম অসিগী কংচরিবা পোংলম পুন্নমক লৌগদৌরিবা লাই পোকলেন মপু অদুদা পুক্কিংগী অপাম্বা ফোঙদোক্না অকুপ্পা মরোন হায়না য়াইফ পৌজান কুবী হৈবা মরম পীনবীমু সোইদা ঙামদানা তৌজরিবা অনিংবা অপাম্বা পুন্নমক থুংজগে থুংহনবীয়ু হায়না পুক্কিংনা নিংনা নিজগনি।

অদুগা নিংবগী মতুংইন্না—নাতোন সোম্বগী খোংচৎ য়েংগনি, য়েংকী থুং পিগা থুংয়ারগা অনিনা নাতোন নাকাচ অনিদা থম্লগা থুংতাম্বী থুংনিংলৈ থুংনাওবী অহুম কাউলগা নাতোন য়েংথংবদা থুপিনা মেল্লগা চৈরোমদা অং হায়নী

—(০)—

চিংসিল্লগা, খুৎয়াই অদুনা ওয়গী নাকচি অদু মেল্লগা য়েং-থংবা নাতোন্দা হুং হায়না থাতোকনি। অমুক য়েংকী নাতোন অদু মেল্লগা, য়েংথংবা নাতোন্দা হয়ি হায়না চিংসি-ল্লগা, ওইরোমদা হয়া হায়না থাতোকনি। অমুক য়েংকী নাতোন মেল্লগা ওয়রোমদা হঃ রঃ সঃ হায়না চিংশিল্লগী, য়েংলোমদা হঃ বঃ সঃ হায়না থাতোকনি। হায়রিবা মরমী অসী নিংসা স্বরগী মরমদা স্বর পুংকম য়েংবদা মগুারক য়েংগনি। মতম অসিদা পুক্বিংদা ঐগী ঈসা অসি মৈগী মশক্না পান্দা কোয়রবনি হায়মা নিঙহুনা, য়েংকি খুয়া মপাদা ঈশিংনা য়েং ওয়না কোয়গনি। অদুগা থাম্মোই লাইয়ুমদা ইরাং থৌনিগদোরিবা মুমিং অদুগী লাইসিদবা, চিংঙু মতিক মগুান লৈবা লাইবু য়েংহুনা পুক্বিং চেংকনি।

খুং লোমহুনা= খোংলি লাউরিবা খোঙ্গেন পুম্নমক্কী মথক্কা লৈবা, থবায়গী মপু চিংঙু য়াইবীরেল সিদবা, লিক্লাই ইবুংঙো কংলা নোংলৈ য়াওগী স্নাচিত্ত কম্পাল ওইরিবা, সিদবা মপুনা চিংলিবা খোয়ুম লাইয়াম খৈশিকপু মমসা লৈমু-চেঙ থোয়দিঙনা চিংবা লাইজ ঈরিক সেংথোইবগা লোয়ননা চিংঙ, মিংখৈ সোঙ্গুনা মথং-মথং ঈবাং পুনেম ক্রকে, হয়ি লাইমরু সিদবা, হয়া লাইমরু সিদবী, হয়ি হয়া হেঃ হয়ম॥

—(৩)—

## মালেম লৈমগী মিংথৈ

১—লৈপাক লৈমবু ঈন্নাৎ ইসোম্না কৌগনী।

ঈহৌ ইপু সিদবা, পাংকলবনা মালেম লৈশেম লৈ-হৌরকপদা লৈলোন নুঙগোন অহুমমক্তা কোরো মালেম তায়-পঙ অহুমগী, ঈয়াই থমনুঙদা অং হুঙ হিং নিং হায়না ঙংবদগী হুমথোক্লকপা নুঙসা মনিন অতুনা হুমলেন নুঙসিৎ ওইতুনা নোংলোন অতিংঙাদা সাম্নতুনা নোংলোন নোংসিং নিংথৌ সিংতুনা তরং নোংতোন সিননা অয়্রিংবগী মতিকপু লৌতুনা মনিল ওইনা লৈচিনগী মশক কুম্না হৌরক্লনা মনিন লিক্লা ঈশিং নোং লাইজ ঈশিং ওইরে, ঈসিং নোংসিং অনিমক্লা নোংসিং নোংলৈ ইন্দূনা অকলবগী মতিক ময়াই লৌতুনা অং হুং উং হিংনিং বায়না ঙংতুনা চায়নবদগী, য়েথায়নতুনা মৈনাই ৱাইনাইতুনা মৈনা ৱাইনা তাংনা শমথারকই অহুম্মক অসিনা ৱাইনা তাংনতুনা মপঙ ওইনা ফমজিল্ল-ক্লনা লেনগী মতুমগুম্ব মালেম লৈসা ওইরকই।

মালেম লৈলোন তরেৎ মাদা নোংসাবি মালেম লৈপাক লৈলেন হনবী পলেমওঃ নচুবু স্না কুথোংবগুবী লৈপাকী সেক্লাংদা য়ামকক্লা লৈয়েঃ মমিং ময়েকতি হুং হীক হুং হীক হুং কৌয়ে। মালেম ভম্পাক লৈরেন হনবী পালেমওঃ।

পলেম্ স্নানহি নয়াঈনবু তায়পণ্ড থৱাঈ হিংহল্লিবী, মপু-স্না ঙাংলোথাগী স্না তাঙপল্ ওইৰিবী, মুঙসি মুঙওন্ খোঁপকী মশকপুদি পুৰিবী, স্না ফম্পাল্লাংদা হয়াঙ মথোইতোংনা লৈথম্বীয়ু মালেম্ লৈপাক লৈমা লৈনপ্ফা সিদবীয়ু তাইসিকে কুবিয়ু গাঙং হায়েং ॥ ঈৰিক-ঈকাননা লৈস্র তিংথোনা কংলগনি খুৎ সেংতোক্লগনি ॥

## নোংথৌ অতিংঙাগী মিংথৈ

### ২—নোংথৌ-অতিংঙা সিদবৰু ঈরাৎ ইসোন্না কৌগনি

হেঃ ঈপু হঙ্গোঈ নিংথৌ অতীয়া সিদবওঃ সল্লম মঙানবা, কাম্বা সল্লাম্বা নমা না নিংথৌ শক মতারাবা, ননম্না য়াংবী ওঈ নপুক নোংথৌ ওঈ তারপণ্ড নোংমা পানদ্ শেম্বিবা লাইয়িংথৌ অমম্বা থৌদাবা,—অঙানবা ৰাখনবা, য়াৰা কোংথাংসাগী নম্র-পোংবু থেৎতম্বা অতিংকোক মক্ত সিদবা হায়না মিংহুনবা

অং কোমৌ নোংথৌরেন্ কুংনাং-কাওথঙকোন্ অতিংঙা থোইকোইৰেন্ মালেম্বু কাকুপ্ মপু ওইৰিবা খোঙ্গেল য়াইবি লেংহুন্ তম্লিবা, মুমিৎ-থানাচিংলিবা কয়নৌ পৱান্মিচাক খৈবিন্না তোংঙ্গেল কুংনা পাল্লিবা পক্ষী লাইয়াম খৈবিন্না লৈঙেং মপুঙ কাৰিবা, ঈৰাৎ স্না ফম্পাল্লাংদা মিংয়েং

সানাখৈবিয়ু অং ঙম্ আংয়েং কুং সিদববু তাইসিক্কে কুবিয়ু হাউং হায়েং ঈয়িক্ ইকানা চেংনৈ কৎকানী।

## ঙুঙসিংকী মিংথৈ

৩ — মালং নোংসিং সিদববু ঈরাং ইসোম্না কৌগনী।

১। অং হুং উং কুরুমলেন্ কিনাইবা ২। অং হুং উং কুরুমলেন্ সন্নাইবা, ৩। অং হুং উং কুরুমলেন্ মৈনাইবা ৪। অং হুং উং ভুঙ ৫। অং হুং উং থুম্, ৬। অং হুং উং সোন, ৭। অং হুং উং অরঙ ৮। অং : উং হো:, ৯। অং হং উং সো: তাইসিক্কে কুবিও:

মালং নোংসিং সিদবা পাক্লল্ মপা লৈতবা তায়পঙ সিনবা থংলিবা তায়পঙ মপুঙ লাক্লিবা অফুনবা মফম্ মথম্ থুদিংদা ভোংলেন্ তপ্না সিংপদা অহিং সিংপা ঙুঙসিংনা মালং ঈচক্ লোকপা ঙুঙসিং ওই নোংঙান্ লমদাঙ্গ সিংপা নোংসিংনা য়াইবী লৈনম্ য়েনবা ঙুঙসিং ওই অয়ুক্ সিংপা ঙুঙসিংনা লৈচিল্ ওকপা ঙুঙসিং ওই তায়পঙ ঙুংদা সিংলগা য়াইবী থরাঙ্গ ওইরিবা য়াইবী লৈনম্ য়েল্লিবা, মালং ঙুঙসিং সিদবগী য়াইবী লৈকোন্ শেমজবী, ঈরাং স্না কম্পাল্লাং লাইতিন্ কোন্দবু লৈতাবিয়ু অং হিং তরং তবেং লিয়োম্বা মালং স: সিদববু তাইসিক্কে কুবিয়ু হাউং হায়েং। ঈয়িক ইকানা লৈস্থ চেংথোইতিং কৎকানী।

## লাইচা ঈশিংগী মিংখৈ

৪ লাইচা ঈশিংবু ঈরাং-ইসোম্না কৌগনি।

১। অুং হুং উং চিবি ২। অুং হুং উং চিখোম্ ৩। অুং হুং উং চিব্রাক্, ৪। অুং হুং উং চিরিৎ ৫। অুং হুং উং চিতোক্ ৬। অুং হুং উং চিসোঃ, ৭। অুং হুং উং অুল্লি, ৮। অুং হুং উং চিথা ৯। অুং হুং উং চিথুম। মিংলেন মাপনবু শক্ সোম্না তাঃসিকে কুবিওঃ।

অুং উুম্ ঈসিং লাইজবু ঈরু মুঙওঃ লাইজা ঈরৈমা হেঃ ইবেম্মা য়োইবু খোইযোম্ লাইরেম্মা নমিংবু কচেং ঙানবী কোবী ঈরৈমা ঈনামুং ঈখৈরেন নামুংবী নোংদা তবংলেন্ তুবিকপী ঈরিক্ কোম্মোন্ লনকুবী কংপিক কংচাও পোক্লাঈ লাইজ ইথাবি লাইজা ঈরিবী কোম্নৌ নোংথৌরেন্ তরেৎ মক্তুগী কুমলকওঃ মালেম্ লৈখারোন্ ঈরম্ তরেৎ মক্তুগী কারকওঃ নদাইরেম্না পুবেম্জরিএ, চিংঙু লনকুবিয়ু। হাউং হায়েং॥ ঈরিক ইকানা লৈসু চেং থোইদিঙনা চিংবা কৎকনি। অদুগা খুৎ সেংদোক্লগনি।

হোফরোঃ—হোফরোঃ—হোফরোঃ—হো ঈরোঈ ইমা-দোনবু ঈমা হনলোঃ ঈমুরোল্ লোল্ তরুকমা ঈঙোরোল্ লোল্ মঙামা ঈথাবী, ঈরামবী, ঈপোক্ চনু ঈঙোঈ য়াঙোইবী, ঈপাক চনু ঈগুক্ ঈসোঈ য়ামবীওঃ ঈবু সিজবা

ঈনিংথৌ ঈথৌবদি ঈপাখোঈ ঈপুথোঈ ঈবোনী ঈয়ানি ঈরেংপাংকা ঈৱাইরেংতোং ইপুনসি ঈন্নুঙ সাংনা ঈমুরোল্ লোল্ তরুকমা ঈঙোরোল্ লোল্ মঙামা ঈথা নমনা ঈতাইৱাবনে ঈমু নমনা ঈতাইরবনে, হৌঈ ফোওঃ। ঈরিক্ ঈকাগনি লৈস্র কৎ'ন

তরং লাইঙ্গ অরূবা অপক্ মহিং থৈবিক্কী সেংথোঈ মশক ওইরিবা ভঃবা নাপী সাঁং অচৎ-চৎতা থৱাঈ পানব। থৈকি মহী ময়াঈ ওইরিবা ঈৱাৎ থৌরম খুদিংদা চিংও লাইগী ঈতিলফমবু ওইরিবা ঈরাৎ স্না ফম্পাল্লাং লাইতিন কোন্দা তরঙ লাইঙ্গ ঈরেল্ ওইরিবও, স্না ফম্পাল্লাংদবু ঈহিরেন লাইঙ্গ ঈরু সোনা ঢুংবাং ওইসিক্কে কুবিয়ু হাউং হায়েং। ঈরিক ঈকানা হায়বদ ঈসং খৱা ঈরাৎ ফুদা হৈরবগা লোইননা লেস্র চেং থোইদিংনা চিংবা তিংথৌ য়াওনা কৎকানী অদুগা খুৎ সেংতোক্লো- ॥

## মৈগী মিংথৈ

৫—কাম্‌পী মৈপু ঈরাৎ ঈসোম্না কৌগনি।

মুঙম্ব মুংকাংথক্তা লাঈরি মুংকাং হায়বগা তিল্লি তোন্দৌ লিন্‌তাইরেন্‌গা খোইমোম্ ফিথুপ্ অহুমগুবা চিংঙু মখোঈ অহুম্না তোঈতাউঃ হোৱকপদা কাম্‌পী মৈঃ মরম তরেৎ পোকএ।—সানুবী মৈ কামপী মৈঃ, মৈত্রেং

মৈঃ—মৈরিক্ মৈঃ—মৈথাংথৌ মৈঃ—পুকনুঙ মৈঃ—অচৌ মৈঃ— মৈঃ ময়ম্ তরেৎমক পোকঈ। নমু মিহৌয়োন্ অহানবদা তায়পঙ মৈহৌরকপগী ৱাৱমনে।

অনচি অপালবা পাখঙবা য়োইরেন তোনপোক নিংথৌনা কামপী মৈঃ হৌরকপদা কামপী মৈঃ ময়ম মাপন্ পোকখিএ। কামপী মৈঃ মাপনগী মিংলেন্দী—১। অুং মৈমুৎসংমৈঃ, ২। অুং তরংঙাংমৈঃ, ৩। অুং ঙাস্তু হিংমৈঃ, ৪। অুং ঙাংভুংঙাংমৈঃ, ৫। অুং সংতরেংমৈঃ, ৬। অুং কেম্নুবী মৈঃ, ৭। অুং মৈ হিংসংমৈঃ, ৮। অুং মিৎতরেংমৈঃ, ৯। অুং নুবীমৈঃ—কঃ স্না মপুরেন সিদবগী কামপী মৈগী মিংলেন মাপন সোন্দুনা থৌনিজরি।

খোইমোম্ ফিথুপ্ অহুমস্সুবা য়োইময়াঈ পাখঙবনা ফম্বাল্ তোংঙৈদা পাখঙবগী চিরেন্ মতাং তরেৎ সাংবগী চিরক্তা পামেন্ লেপকং উচুবদা মঙাং ময়েক তাখিবনা নুবাং মৈসা নেৎপগী খুমন্ মমজুববু মৈরি মৈঙান্ ফাওখি অরেম্বা অথম্বা ময়েক্না খাম্বী মৈরি মৈরাবা তায়পঙ ৱারেপ্ মৈরেম্বা নসেক্ নঙাল্ মৈরিববু হানৌ লৈকা লৈতোন্‌গুম্ ঙাংনা মৈরি তরেৎনী, অমম্স্ত খাওরিবা. অঙানবস্ খাইরিবা তাইবঙ লৌসিং মৈরেননী, অথা অয়াক লমথিংদা অচৎ চৎতা অসি অচং পূম্নমকপু নমি থানা কৌবীরি নসক্ চংনা পাওসিরি নঙান্ তানা পেলহল্লি লংজবা পুম্নমকপু

খোইয়ুম্ স্না নখোং জাংগো থম্বান লৈকা মাঝবদা পাম্‌মা সিল্লেপোম্বনা চৈরৈ ওক্লা য়েং, ইয়া নাপীচিক্ খুবাং চাংবো চেপ্পা লোম্না হন্না হন্না খুরুম্না সৈথিনজবা কোবৌ নমী তোনবিগন্নু বাংবন নান্নুও হোৌবীগনোঃ অচৎ চত্তাবা লৈরিবা থবাঙ্গ য়াইবী পুন্নমক্কী মচু লেফ্, ওইরিবা ইবুংঙোঃ নহাকপু নবোংয়াইসিংনা হন্না হন্না খুরুমজরি॥

তাংকক্ অসিদা ফম্বানগী ঈবাংফু লাংপা লোইরে।

অনিংবা থৌরম ফোংদোক্ন মরম পুন্নমক পাওথোক্লগনী।

থৌরম্ খুদিং তৌবদা ফম্বান্ ইবাংফু লাৎপগা কোম্নগনি।

১। তিংকা কোক্. ২। অতিং কোক্, ৩। অতিংঙা, ৪ অতীয়া, ৫ অতিংথান্—মসিং মডা অসি থৌরম্‌গী মাতুং ইন্না লাইসোন্ তোঙান-তোঙান্না থৌরম্ তৌগাদাবানী। অনিংবাগী মতুং ইন্না পুন্না তৌবা য়াঙ্গ।

১৪ শুবা মতাং

# মৈ ঈরাংপগী মৈফম্ য়েংনবা

মৈবু ঈরাৎপগী থৌরম তৌবদা মৈঃ হায়বসী কদাইদা লৈবনোঃ হায়বা খওজাবগীদমক্ ঈজরক্লে। মুমিৎ-মুমিৎকী মৈনা লৈবা মকম্—মংকা মখুং অসিনা নোংমা মুমিৎ অহুগী থাপাল্ মুমিৎনী হায়না খওনা লৌরগনি।

থা অহন্ নোংমা পালবদি,—১×৫×৯×১৩×১৭×২১×২৫×২৯×হায়রিবা থাপাল্ অসি কোরৌ থক্তা মৈনা লৈ, মৈনা নোংতোন্দা লৈবনা মালেম্ লৈমাঈ থক্তগী খুতোন্ অহুম্ থোলকৎলু অহুগা মৈ ঈরাৎলু।

৩×৭×১১×১৫×১৯×২৩×২৭×হায়রিবা থাপাল্ হুমিৎ অসিনা মালেম্ লৈমাঈ থক্তা লৈ, মালেমদা লৈরবদি অহুম য়ারে॥ ২×৬×১০×১৪×১৮×২২×৩০×হায়রিবা হুমিৎ থাপাল্ অসিনা মালেম্ লৈখারোল্দা লৈ,—মালেম্ লৈখারোলদা লৈরবদী লৈমাইদগী খুতোন্ অহুম্ তৌথৌ অহুগা মৈঃ ঈরাৎলু।

৪×৮×১২×১৬×২০×২৪×২৮×হায়রিবা হুমিৎ থাপাল্ অসিনা অহাংবদা লৈ, অহাংবদা মৈনা লৈরবদী, মৈ ঈরাৎ থৌনি য়াদ্রে—করিনো হায়রবদি, মৈনা অহাংবদা লৈরবা মরম্না মৈ ঈরাৎ থৌনি তৌরুবগী মহৈ লৈতে মাংএ হায়বা থগুলগনি॥

কোরৌ থক্তা লৈবা মতমদা মৈবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌরবদী, মচা মসু মমিঃ মনাঈ চাউথৎলে হায়বা থগুগনি।

মালেম্দা মৈনা লৈবা মতমদা মৈবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌরবদী, মালেম্ লৈমা লল্লৈমা অমদি সিনলৈমা অনিনা থৌজান লল্কু পিনাবিরম্এ হায়বা লেপ্পা থগুলগনী।

মালেম লৈখারোন্দা মৈনা লৈরিবৈঙদা মৈঃ ঈরাৎ থৌরম তৌজ্ররবদী চিংগুংবা লাইনা কুবীতুনা মুণ্ডাই য়াইফ মহৈ চানা ঈপুন্-পুম্পি মুণ্ডসাংনা পানবা পিনাবিরমল্লে, হায়বা খণ্ডগনি।

মৈনা অহাংবদা লৈবা মতমদা মৈবু ঈরাৎ থৌরম তৌজ্ররবদী অফবা মরম অমত্তা লৈত্রে খণ্ডলগনিএ, অসি খণ্ডউঃ হেঃ মী অফবা সাওঃ॥

মৈবু ঈরাৎপা মতমদা য়েক্-য়েকু অহুগী মৈথাং লৌরগা মৈবু ঈরাৎকদৌবনী, হায়বা থৌরম অসিবু কাইরবদী মৈ ঈরাৎপাগী মহৈ লৈত্রে, খণ্ডগনি।

মৈঃ ঈরাৎপগী থৌনি থৌরম তৌবদা লাম্না চৎথরবদী, নামুংনৈএ,। তৌহৈদে, মৈঃ লাৎলুবগী মহৈ লৈত্রে মাংএ। থৌরম কারন্ চলনা তৌবা য়াদে হায়বা অসি খণ্ডদবা য়াদবা, বাফম অরুবনী খণ্ডবনা মতিক ওইএ খণ্ডউঃ॥

থৌরম্ অসিবু মশক্ মৱোং অরেম্না উরু খণ্ডউবা নৎতনা খণ্ডদনা অহৈ সাৱবদী, সিংেল নাওইদোংনা লৈরাং লৈশক্ হেনলবস্র লৈরাং লেরকতা তিলদবগুম্বনি। মালেম্না তাংবন ওই কোরৌনা কোকথোল ওই লায়োম মশক খণ্ডনা য়োম্নু হেঃ মাইবাসা মী অফবা সাওঃ।

চিথেক ৪ দা ঈসাইফু মচা ৪ না অমমন্ থমগনি। নোংপোক্ থংবা মাইকৈদা ঈসাইফু থরা চাংবা অমা লাংকনি. হৈরুক ৫ পানা ৫, মেক্রুক খোইজু লৈথান্. কম্বী ৫ মৈথু ম্রিরি কাহানগীনি। চুহি থাও, খোইহিনা মৈ হেংকমদা হাম্না থম্না হৈগনি। চেং, খোইদিং লৈ ইংগৌ, মেক্রুক্, খোইজু লৈথান্ অসিনা মরক মরক্তা মৈদা কংনবী : উচান থরা য়াওগনি। খুদে মচা ৩, মচু অঙাংবা ১ অসংবা ১ লাইবিক্তী ফাল ১, স্নালিফক ১ স্না লুপা কোনয়াঙ্গ পু ১ পম্বক ৩, হৈচাঙ ১. লৈসং সেকচুম ৪. লংোই ৩, য়ান্ থরা. মনা কা, হৈনৌ মনা তাইরেনপুংফাঙ্গ চেঙ কম্বী ১, স্নাকোনয়াঙ্গ লুপা কোনয়াই পু ১, লাইফি ফদান্ ১. লফোঙ্গ লকাং চং থোকপা ১, মনা কা, তে মনম্ নাইবা ১, মৈফম্ শেম্না লোইরগা অদানবদা ঈরাংকু লাংলগনি। লোইরগা ঈরু লাইসোন্, অতাই লাইসোন্, অনাম্ অথৌ নাইসোন্, লাইসোন্ মরি অসি লোইরগা মে ঈরাং লাইসোন্ হৌগনি।

## মৈগী থোরম লাইসোন

১। মিংথৈবী :— তে খোইরুম লাইয়িংগী ফুংকা মহারাবা ফুংসিং নিংথৌ অপাইরও: অসি কোরৌ ফুমিং পানবা…কোনবা…ফুমিং অসিগী য়াইক পুংকম্ অসিদা

ইরাৎ থৌনি তৌজগদৌরিবসে, চীংঙু লাই নরৌ চাউবা নহাক্লা চাইথায়বিগন্নু কুবিয়ু তাইসিকে হাউং হায়েং।

অসিগী য়াইফ পুংফম্ সিদা…ঈয়েক্ সল্লাঈ সাগৈ অসিদা পোকচরিবা নদাইরেম্‥ মিং…কৌবা অসিনা চীংঙু লাই পুন্নমকী ঈরাৎ থৌনিজরিবসে, খোইয়ুম লাইয়াম্ পুন্নমক্লা থৌজান্ ললকুবিয়ু খোইয়ুম্ লাই পুন্নমকপু খুরুম-জরিয়ে হাউং হায়েং।

তাইরেল পুংফাই না পাফল থম্বাল্ য়েক্লিবহু তাসিন্ খোমজিনগনি। হুং সং তরং তাইসিকে হাউং হায়েং।

( তাইরেল পুংফাইদু হন্দোকগ্রনি )।

অদুগা মায়কৈ ঙানবা লাই খুরুমগনি।

২। মিংথৈদৌ, থবাঈগী মরু লাংপুম্ লাইসিদবও: তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং। খোইমোম্ লাইরেম্মা পাম্হোইবী স্না ফুদোংবগী মশকুম্নবী নোংফুরেল্ অচিবী অতোওবদা তাওরিবী, অরাই কংদবী ঙাংসিংসুবী ফুরেক লৈমা লুচাওবী নাকথা লৈমা পাওদাবী, লাইজ ইরোম্নুঙদা য়াহিপ্পি লিকোন অচংবদা খুনেৎনরিবী নোংদার খুদানরিবী চীংঙু ইবুঙো খোইমোম্ লাইরেম্বী অনিমকপু পুনেমজরিয়ে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

চেং-লৈহু নোংপোক্কী লৈয়ি থম্বাল্ লৈনা অহমদা কৎকনি।

৩। কুরূমলেন্ মৈনাইবা, কুরূমলেন কিংনাইবা,
কুরূমলেন সনাইবা, খোইয়ুম্ অহুম্মকপু
তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।
অরাং লৈনা অহুমদা চেং-লৈ কংকনি॥

৪। হুমলেন্ হামলেন্ ঈথকু তরংবা
খোইয়ুম্ অহুম্মকপু তাইসিকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং—মখাগী লৈয়ি লৈনাদা কংকনি॥

৫। উং মুংমু খাওয়াই খুংসু শংলাইথৌ
খোইয়ুম্ অহুম্মকপু তাইসিকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং—নোংচুপাকি লৈয়ি লৈনা ও দা কংকনি॥

৬। য়িহৌংসও কংহিংলেন যিকুপপা তরূং খোয়ুম্
অহুম্মকপু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।
ময়াইগী থম্বাল লৈনা নিপাল্দা লৈ কংকনি।

মাইকৈ ঙানবা লাইমসিং হায়গনি

৭। নোংপোক্ ঙাকপা কারাবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং॥
মখা ঙাকপা কারিবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং॥
নোংচুপ ঙাকপা পেসাতাওবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং॥
অবাং ঙাকপা নোংতম্থুববু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং॥

মৈরব্ ঙাকপা য়ুচেংবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ॥
মোইরাং লাইচি ঙাকপা থবাবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ॥
সুংশিৎলম্ ঙাকপা য়েংঙাবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ॥
চিংখৈ ঙাকপা য়ুহাবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ॥
থম্বাল লৈনা লৈখোং অকোয়বদা চেং-লৈ কৎকনি।

৮। থৌবাইপিচাক নিংথৌ সিদবনা উয়ুং ওইনা ঙাক্লিংৈউদা কোয়না সোরা ওইবদি নোংতারেল্ শান্তুরেং তোং-কুপ্‌লেং অন্দুমলেন্ মৈমায়ববু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং + অনচি লায়ুম্‌দা কৎকনি।

৯। হেঃ লাইরেন্ নিংথৌ হেরনাৎ সীংকাপ্ ওইহুনা লৈরোল্ নোংলোন্‌বু পুর্বিরিবা লাইয়িংথৌ চৌংঙু ইবুঙো নহাকপু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং। অনচিগী মকোক্ স্নাচিঙদা কৎকনি॥

১০। স্নাচিঙগী মথক ওইরিবা অতিংকোক্ লাইয়িংথৌওঃ ঙিংলেনবু অকুহিংবং কৌবওঃ চৌংঙু ইবুঙোঃ নহাকপু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং। তায়বঙ পানবা মপু অতিংকোকী মথক্‌তা চেং-লৈ কৎকনি।

১১। হয়ি হৈয়া হেঃ মালেম্ তাইবঙ পানবা মপু লাইগী
নিংথৌ অথোয়বা মপান্ ময় থিবা থজবা
অোসন্ তরংহো কৌবা সিদবগঃ চীংগু ইবুঙোঃ
নহাক্পু তাইসিকে কুবিহৈবা কুবিয় হাউং হায়েং।
অনচিগী লৈচিল য়েৎ—ওইদা চেং-লৈ কৎকনি।

১২। সংতরং তনৌবা লাইনিংথৌওঃ তাইসিকে কুবিয়
হাউং হায়েং+থাগী লৈচিলদা চেং-লৈ কৎকনি।

১৩। সংথুপ পায়েং নুংতায়েংবী থোইমোম্ লাইরেম্বীবু
তাইসিকে কুবিয় হাউং হায়েং+অতীয়া সিদবদা
কৎকনি।

১৪। হেঃ অতীয়া সিদবওঃ মালেম্বু মশক্ থোকা
কারল্ লাকুনা কারল্ ময়াইদা ঊয়ুং ওইনা কল্লিবা
সঙকুসং সঙকুয়েং কৌবও তাইসিকে কুবিয়
হাউং হায়েং+লাইয়িংথৌ অসীবদা চেং-লৈ কৎকনি।

১৫। হেঃ লাইয়িংথৌ অসীবও মালেম্ তাইবঙপানববু
মনুঙ ওইনা কপতু হুইরেল্ থানা চুপসেল্
য়ুংল্লিবওঃ তাইসিকে কুবিয় হাউং হায়েং।
পরীং লাংসংগী অবাং নোংচুপ্ থা নোংপোক্
ঙাক্লিবা পাইদা চেং-লৈ কৎকনি।

১৬। অহাং ঙাকপা নোংখোংতাওবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং + নোংপোক্ ঙাকপা লোইখোম্ তাওবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং + মথা ঙাকপা নোংসা তাওবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।
নোংচুপ্ ঙাকপা লৈসা তাওবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

১৭। চুপ্ মরি ঙাকিবা কৌক্রুদগী হৌনা লৈচিল ৪ দা কৎকনি।
কৌক্রু লিরুম্ ঙাকপা টৈরেপানব তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।
চিখৈ মিৎলম্ ঙাকপা টরেংববু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।
মৈরম্ ঙাকপা উসিংব তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।
লায়চি ঙাকপা উরৈববু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

১৮। কাবনগী ময়াইদা ঙাব্রিব লাইনিংথৌদা কৎকনি।
হেঃ খোইন্নুন্ লাইনিংপৌ কাবনগী ময়াইদা ঙাশ্লোইরিবা ঙাস্তুরেং কৌবা লাইনিংথৌবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

১৯। মক্তাং অসিদা ঋাওদা তৌথিবা মরম পুন্নমকপু নিংসিংলগা অতৌয়া লিদববু ময়াই কোয়রেনথক্

নমথক্ সরোন্ পণ্ড অসিদা স্নামেনাং কম্বাল্ লাংছুনা
কমতল্লগা থম্মোই লায়ম্ চেংনা খুংলোম্নছুনা পুনেম্জগনি।

২০ মিংথৈদি :—হেঃ চৌংগ, খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ অতোয়া
সিদবণ্ড ইবুঙো নহাক্না লৈবথৈপিক শেম্নী
সাবিত্নুনা লৈরোল্ নোংলোন্ অনিমকপু শেম্নীরিবগী
মিংথৈবু লৈতুলেন্ নোংঙলেন্ কৌবা ইবুঙো নহা পু
নদায়রেম্ ঃ থোয়না পুনেম্জরি থৌতাল্ লল্ কুবিয়ু
কুবিহৈবা কুবিয়ু হাউং হায়েং।

২১। অরাং থংবা লৈনাদা সিহ্লৈমাবু নিংসিঙলগা কংকনি।
মিংথৈদি রোহবু সিহ্লৈমা গুপন্নু নারেওনুবী মুকমু লৈতোন্
পোওবী য়োইবু লাইয়েক্ পিমবী খোইমোম্ লাইরেম্বীবু
তাইসিক্কে কুবিয় হাউং হায়েং।

২২। নোংপোক্কী লৈনাদা কংকনি :
মিংথৈদদি নোংপোক্ লৈমা পাম্বোইবী লৈরোল্
নোংলোন
অনিমক্কা নোংসাবী পিসিনম্ন থৌবী লৈফানবিনু
তাইসিক্কে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

২৩। মথাগী লৈনাদা চেং-লৈ কংকনি।
মিংথৈদি হেঃ থোয়মোম্ লাইরেম্বী থোঙ্গা লৈমা

সিয়াকোংতিংমু ফামু কৌবিবু তাইসিকে
কুবিহেৎনা কুবিয়ু হাউং হায়েং।

২৪। নোংচুপ লৈনাদা কৎকনি।
মিংথৈদি হেং খোইযোম্ লাইরেম্মী নোংচুপ্
পুংয়ানলৈম্মা ঙাংডোইমু লৈরাম্মীবু
তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং॥

২৫। ঈরাংকু মণ্ডাদা চেংলৈ কৎকনি।
মিংথৈদি অতিংকোক্ মরু সিদবগা তাউবিরোই লাই
সিদবীগা অনিমক্তা অমত্তা ওইনা তিন্নরিবৈগী
মিংথৈদি হুংসংপুং পুংলেন্ চিৎপিং থিকথবা
কৌয়ে তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

২৬। ইসিং হোংবী অোসিদবদা কৎকনি।
মিংথৈদি অোসিদবগী মিংথৈবু মাপন্ সুম্নিবা
অংচিরি, অংচিখোম্, অংচিরাক্, অংচিরিং
অংচিতোক, অংচিসা অংউল্লাওরি অংচিথা,
অংচিথুম, সিদবা লাইয়িংথৌবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং
হায়েং।

২৭। খোইয়ুম্ সিদবা মণ্ডামকপু ঈরাংকনি।
মিংথৈদি পোংথাংলেন্ কৌবরেনবু তাইসিকে কুবিয়ু
হাউং হায়েং।

লাইনিংথৌ অপালবা, মিকৌববু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ।

থাংচিং লাইমরু য়াইখুরেন্‌র তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হয়েং ।

মারচিং লাইনিংথৌ মিমিরাংলেনবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

রাংব্রেনচিংগী লাইগ্নিংথৌ রাংহু কুপ্ন, তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং।

২৮। কঃ স্না পাথংবা মৈ কৌবা লাইদা থৌনিনবগী মরম্‌। থৌরম্‌ অসি তৌবদা মৈহৌকম্‌গী অকোইবদা চাইরিবা পুন্নমক্‌ তাইরেল্‌, পুংকাইনা খোম্‌জিন্দুনা থগ্নাগা,—পুক্লিংনা লৈরেল্‌ সিদবীবু নিঙসিংলগা স্নামহিবু স্নাহিদাক্‌ ওইনা মৈহৌকমদা মহী চেলহল্লগনি রাথলনা—অদুগা মাঙদা তৌথিবা লাইরিক্‌ লৈমা সিলহৈবীবু কঃ স্না পাথংবা মৈঃ কৌবা লাইনিংথৌগী পলেমবু নিংসিংলগা মৈকৌবা লাইবু ঈরাৎ থৌনি তৌরগনি। মৈয়ৈ মৈবাদগী মৈথাং অন্তুমক্‌ লৌরগা সেঙ্গেংগী পুখমদা হাপ্লগা মৈহৌকমদা পুন্সিল্লগনি অদুগা মৈহৌরোলগী মরম্‌ য়াকাইলেন শক্‌-সোল্লগনি।

২৯। মিংথৈদিঃ হেঃ চৌংগু খোইয়ুম লাইনিংথৌ থাম্বী মৈত্রেং অমাবা কঃ স্না পাংবা থবাই য়াইবিরেল্‌, সিদবা

লাইব অয়িঙবনা নাওয়োম্ ওই - মালং সিদবনা লাঙ্গোল্ ফবা, থাম্বী মৈশুইহৌ মৈচাক্ ফনা চাকপিয়ু অসি কোরৌ নুমিৎকী পালবা কোনবা·· থবান নুমিৎকী য়াইফ পুংফম্সি, ঈয়েক্ সাগে সল্লাইদা পোকচরিবা নদাইরেম্ মিং অসিনা ইয়ু ইবুংঙোবু ঈরাৎ থৌনিজবসি থৌআল্ লল্কুবিয়ু হায়না পুনেম্জরী ॥

৩০। মতাং অসিদা তৌগদবা অমাইবা মহাক্, ঐহাক্ য়াহাক্, থরাঈ মশক খংবা থৌসিলবনা থাম্বী মৈত্রেং অরাববু য়েৎকী খুদোম্বীনা অহুমক্ কোয়গনি, অমুক ওইগী খুদোম্বীনা অহুমক্ কোয়গনি। মৈচুম অমা মচিন্ লুকথনা লৌথোক্লগা সম্বোংপাংনা উংসেং হায়না ছন্দোকনি।

মৈগী পুথম্ অহু মৈহৌফমদা পুসিল্লগা, ঐহাক মহাক্, য়াহাক্, থরাঈ য়াইবী মশক খঙবনা থাঃ নোংচুপ্ অরাং ফুংগা লোংচুম্ সানা ফমবগা মৈচু খুৎনা সোক্না লৌরগা হকসাং পুম্বা মৈনা কোয়ররনি হায়না নিংজুনা অমাইবা মায়চৌ অহুম্মক্না মায়য়োক্নরবগা পুক্নিং সেল্লোং নিক্তনা মৈকোবা লাইনিংথৌগী মৈরম্ পুম্নমক্পু য়াকৈরবগা অসুপ্পা অমা ওইনা মিংলেন্ মাপন্ঙববু সোম্না সোম্না ঈরাৎ থৌনিগনি।

থোরমগী মতুং ইন্না মিংলেন্ মাপনবু তরানিপাল্লক নত্রগা চামনিপাল্লক সোন্দুনা চেংলৈ, তিংথৌ, মেক্রুক মৈদা কংলগনি,—মৈগী মচু অমুবা, অঙাংবা, অৱাওবা, হীকোক্, অঙৌবা, অসংবা, মেমানবা মচু তরেৎনা তিল্লবা মৈঃ কোবা লাইবু ফঙফমচানা ফম্বাল্ লাংলগনি। অসি কোরৌ মুমিৎ...পানবা কোনবা য়াইথবা মুমিৎকী পুংফম্-সিদা থোরম্ অসিগীদমক মিংলেন্ মাপনবু সোল্লদুনা মৈঃ ঈরাৎ লাইসোন্ হৌরগনি॥

## মৈঃ ঈরাৎপা লাইসোন্

৩১। মিংথৈদিঃ—চীংঙু পোইয়ুম্ সিদবা পাক্লবনা মালেম্ লৈসেম্ লেগৌরকপাদা লৈরোন্ মুদ্রলোন্ অহুম্মাকী কোরৌ মালেম্ তাযবত্ত তক্ত গী ঈযাই থমনুডদা অং হিং নিং হায়না চুংবদগী চুংথোকলকপা নুংসা মনিন্ তদুনা চুমৃলেন্ নুংসিৎ ওইদুনা লেংলোন্ অতিংঙাদা সাম্নাদুনা নোংলোন্ নোংসিং নিংখৌ সিৎতুনা তরং নোংদোন্ সিন্না অম্বিংবগী মতিকপু লৌদুনা মনিন্ ওইনা লৈচিনগী মশক্ কুম্না তৌরক্কুনা মনিন্ লিক্লা ঈসিং নোংলাইজ হাসং ওইরে।

ঈসিং নোংসিৎ অনিমক্লা নোংসিৎ নোংলৈ ঈন্দুনা অকলবগী মতিক মল্লাই লৌদুনা অং ঈং চুং নিং হায়না ঙংদুনা চায়নবদগী মৈথায়নদুনা মৈনাই বাইনাইনদুনা মৈনা

বাইনা তাংনা শমথরকঈ। অহুম্মক্ অসিনা বাঙনা তাংনহুনা মপং ওঈনা ফমজিল্লক্কু না লেনগী মতুম্গুম্বা মালেম্ লৈসা ওঈরকঈ।

অত্তিংঙানে নোংসিংনে, ঈশিংনে, মৈনে, লৈপাক্নে, মঙাময়া মশক লেপ্লবদা মঙামক্কী মথক্তা সিদবা, লাঈ মশক্ উদবা য়েংবদস্থু উদবা লাঈ অহুনা মখোঈ মঙাদা তোংসিল-খিহুনা অকাঙবা অতোঙবা পুম্নমকপু মেনসিন্নরে। মঙাগী অকাঙববু মপু মহাক্না মেল্লী। মপু মহাক্কী অকাঙবা পুম্নমকপু মঙামক্না মেন্নরি। মপু মহাক্না মঙামক্না মেন্ তানহুনা লৈনরে অম্মা লৈরক্লবদা॥

## টৈররম্ ভরেং পোকপা

৩২। মুংমু মুংকাংথক্তা লাঈরিবী মুংকাং হারবগা তিল্লি তোম্দো লিনতাউরেনগা খোইমোম্ ফিথুপ্ অহুমগুবা চৌংগু মখোঈ অহুম্না তোঙতাউ হৌরকপদা কামগী মৈ ররম্ তরেং পোকএ। সংমুবী মৈ:, থাম্বী মৈ:, মৈত্রেং মৈ:, মৈরিক মৈ:, মৈথাংথো মৈ:, পুংমুঙ মৈ:, অচৌ মৈ:—মৈ: ররম তরেংমক্ পোকঈ। নমু মীহোরোন্ অহান্বদা তায়বও মৈহৌরকপগী বারম্নে—হেং: মৈ: কৌবা লাইসিদবা মাইকবা কুবিরু।

## মৈঃ ঈরাৎ

৩৩। খোইযোম্ কিথুপ্ অহুম্সুবা য়োইময়াই পাখংবনা ফম্বাল্ তোংঙৈদা পাখংবগী চিয়েন মতাং অয়েৎ সাংবগী চিরক্তা পামেন্ লেপকং উচুবদা মঙাং ময়েক তাখিবনা লুৱাং মৈসা নেৎপগী খুমন্ মম্জুববু মৈরি মৈঙাব কাওখি। অয়েপ্পা অথম্বা ময়েক্না থাম্বী মৈরি মৈরাবা, তায়বঙ ৱারেপ মৈরেম্বা, নসেক্ নঙাল্ মৈরিববু হানৌ লৈকা লৈতোনগুম্ ঙাংনা মৈরি তরেৎনী। অমম্বম্ খাগরিবা, অঙানবম্ থায়রিবা তায়বঙ লৌসিং মৈরেন্নী, অথা অয়াক লমথিংদা অচৎ-চৎতা অসি-অচং পূন্নমকপু ন'মঃ থানা কৌবীরি, নসক্ চংনা পাওসিরি, নঙান্ তানা পেল্হল্লি। লংজবা পুন্নমকপু থোজানবীবা পূন্নমকপু লোবীবা অসি খঙবা মুমিত্তা মৈগী মৈথোং মুৎলিবা তাইবংগী অরোইবা অথম্বা মুমিত্তা মৈরি মৈতোন্ ফংজগে, তাইবং নোংগা ফংজগে চুং মহি মহি মহিরেন্॥ হাঙং হায়েং চেং-লৈ ঈরিক ঈকানা পুক্লিংনা অনিংবা ফোংদোক্কুনা থৌনিনা কৎকনি॥

## মৈঃ ঈরাৎ থৌনি

৩৪। অনচি অপালবা পাখংবা য়োইরেন্ তোনপোক্ নিংথৌনা কাম্পী মৈঃ হোরকপদা থাম্বী মৈঃ ময়ম মাপন্ পোকখিএঃ থাম্বী মৈঃ মাপনগী মৈগী মিংথৈলেন্দি—১। অুং

মৈমুৎসংমৈ, ২। অং তরং ঙাংমৈ, ৩। অং ঙাংতুহিংমৈ ৪। অং ঙাংতুঙাংমৈ, ৫। অং সংতরেংমৈ ৬। অং কেমন্নবীমৈ, ৭। অং মৈতিংসংমৈ, ৮। অং মিৎতরেংমৈ, ৯। অং নুবীমৈ, কঃ স্না মপুরেন্ সিদবগী কাম্পী মৈগী মিংশেন্ মাপন্ সোন্দুনা মৈঃ ঈরাং থৌনিঙ্করিবসে, হমুং অসিগী লৈরিবা পুন্নমক্কী মশাগী তিন্থুং-লাইথুং কোক্নুনা মুঙাই য়াইফনা ঈপুন্ ঙংসাংনা পালহনবীয়, হাউং হায়েং হুং মচি মহিরেন্ সাদবা হরি হৈয়া খন্নুং লাংবা কোম্না চক্কী মৈঃ ঈরাং থৌনিদা চাংদু মপুরেন্ সিদবওঃ কুবিওঃ। খাম্বী পাঈমা পিংকুনুঙ হরাও মথোই তোংবিওঃ। উং মহিরেন সিদবাওঃ॥ চেং-লৈ তিংথৌ থোইদিং কৎকনি॥

## অকোনবা মৈঃ ঈরাং থৌনি মরোল্

৩৫। অং উং হুং মৈঃ কোবা লাই ঈপুগী মিৎ-হুৎলৈ, সানম্ নংবু হন্না হন্না পুরুম্ তাঈসিকচার — অনচি কহস্কঃ চক পোইহস্কঃ চক্, তৈযোহস্ক' চক্, পোইহস্কঃ চক্, হয়ি চক্, হৈয়া ক খন্নুং চক্ ইকলাংবা কোম্না চক্ হং কঃ মরি, চক্ মরি, চকপারোন্ নিপাল অসির পলেম সিংনা পিথাংসিংনা নাওয়োক পিবা কামংমৈ, কোবা লাই ইবুংগোঃ কামপী মৈবা অথোইবা নসেক্ নঙান্ নিংথিবা নঙান অরাবা অক কত্তা চাকইবা, অমম্ অঙান্ খায়রিবা য়াইফ মুংঙাই

পিরিবা ঈয়োনন্নুঙদা লৈরগা কাগপা হায়না কৌরিবা তায়বঙ পান্দা ফাওরগা মৈ হায়না থঙভিবা পুন্নমকপু চাকলিবা হেং মৈঃ কৌবা লাঈ ঈবুঙোঃ নওনা কামপামৈ নরম্ তরানিথোঈ থোক্নুনা চাকলক্পদা নমু মীওইবা মোন্নু তায়বঙ মীগী মসাদা থুংঙ্গা পক্রবা থোইয়ুম ফংতবগী লাঈথুং ১০৮ গী মরু ওইবা মনু মকাপ্ সামৈ লানৈ পুন্নমকপু কক্থংননা অকংবা ছিংগুম্না চাকথোকপিবা শামী মৈঃ নরম্ তরানিথোইগী নমিংদ—

৩৬। ১। থাংচিং উপি উরেল্মৈ, ২। সাহু তেক্চাক্মৈ, ৩। হেনবা পামচাকমৈ, ৪ লমশাউ থাম্বীমৈ ৫। মথৌ য়াংগেন্ মৈঃ, ৬ অমন ছিংগুমমৈ, ৭ তরা চাকুথোংমৈ ৮। চাপেক্ কদান্মৈ, ৯। সংলৌ য়েন্ক্রংমৈ, ১০। য়ারৌ সাদান্মৈ ১১। মৈরিক মৈ-চাউমৈ ১২। মালেম্ ভুম্নামৈ কামপামৈঃ, নরম্ তরানিথোই থোক্না চাকলকপা—মৈঃ কৌবা লাই ইবুঙোঃ নংমা মৈরি খুদিংমক নরৈ ১২ পাল্লি। মৈরি অমদা নরৈ তরানিথোই লোংনা চাকলকইবা মৈঃ কৌবা ইবুঙোঃ মৈ নরম্ ১২ গী নরৈ ১৪৪ অসিনা মায়কৈ ৪, মাপেম্ চিকুক্ ৮, মংতাই হারৌ কারন্ ১৬, লংতাই ৩২, ছিংথাই ৬৪ অসিগী মনুং পোইরৈ সিংথাই ৬১ গী মথাদা লৈরিবা মায়কৈ ১০ মক্তা

লৈবা ফংতাবা পুন্নমক চাকলকৃপদা লাইম্নিংথৌনা নম্ন ঙীহে য়োন্ তায়বঙ মৈহৌবা অসিদা।

৩৭। তায়বঙগী তিন্নম্বা লাইনম্বা তিনচুবা লাইচুষবু নম্ন তয়বঙমী ওইবগী তিনসেং লাইসেং তিনকোক্ লাইকোক্ পুন্নমক কোরুবা হায়রক্মে। নম্ন পোংবা নিংথৌ অথোইবনা কোরৌ নোং হৌরক্উে, মালেম্ লৈসেন্‌উেদগী লোইনরকপা সিংথাবনা সিংতেক্নে, লাংথাবনা লাংথোক্কে চৈনম্বনা চৈথাদে, কোরৌ মালেম্ অনিগী মরক্তা তাইবং পানবা মী ওইবনা মৈঃ ঈরাৎপদা হিঃমরু য়াইমরুগী ফম্বী অথোইবদা খিনকৎনা মালেম্ লৈতাইনা অতাই ঈরাৎচবনে, থাম্বী পাইমা পিপুরুঙ হরাও মথোই তোংবিওঃ। হেঃ মৈঃ কোবা লাই নোংপোক্না স্নুংসিৎনে কোক্রনা ঈসিংনে, থাংচিংনা মৈনে, কোরৌ অতিংঙানে, মালেম্ লৈমরেল সিদবিনে মঙামঙী মপুদা মৈঃ মরম্ ৩০ (কুম্ন।) গী মমিং শক্ সোন্দুনা মৈঃ ঈরাৎচবনে, লাইয়িংথৌওঃ।

## মৈ ঈরাৎপগী তেংথা লাইসোন

৩৮। মিংথৈদিঃ—১। চক্মোম্ থাম্বী মৈনেং অরাবা ২। মৈস্নুৎ মৈবামৈঃ ৩। তেক্ তেক্ থোঙ্গুমৈঃ ৪। চকপা মৈয়িংমৈঃ, ৫। মোংবা মৈয়িংমৈঃ ৬। কম্বী নাওরেথুন্ খোইজু তোক্লোং লেথাম্ বাইবানামৈঃ, ৭। সবাং য়ুকৌমৈঃ,

৮। পোইরৈ খুন্‌লিংমৈঃ, ৯। থাংস্নুংমৈসেংমৈঃ, ১০। থৌহু মুংথংমৈঃ, ১১। পামেল্ তল্লা উরিংকোন্ খোম্নামৈঃ, ১২। তাইবং নমুয়োকমৈঃ. ১৩। খাম্বী মৈপুন্ থাম্নামৈঃ, ১৪। লম্‌চাউ খাম্বী ৱাইনামৈঃ ১৫। থাঙ্গা লৈকাই পোইনামৈঃ ১৬। মৈরিক্ত মৈচাউ য়াইওইমৈঃ, ১৭। নয়ুৱা চীংথোং পোইরৈতোম্না খুনথোক্‌উদা মৈতৈ লৈমা লৈনাও তাবীনা তাঙ্গবং খুনলিংমৈঃ ১৮। অয়াংলৈমা লেমথোংমৈঃ, ১৯। পুচেং কোকপামৈঃ, ২০। লাংবেং খম্বামৈঃ, ২১। চকপা নুবী ফুথিমৈঃ, ২২। হেঃ মচেংনুবী ফুথামৈঃ, ২৩। চেকাঙ্গ কাকুপ্‌মৈঃ, ২৪। চক্ক তাংসংমৈঃ, ২৫। তৌমু তৌহৌমৈঃ. ২৬। সিংকৎ নোংকাইমৈঃ, ২৭। লম্বু তুবুমৈঃ, ২৮। অরেৎ য়াইফামৈঃ ২৯। হেম্বা পান্‌চাকৃমৈঃ, ৩০। সহু তেক্‌চাকৃমৈঃ, ৩১। থাঙ্গা উপী তবানমৈঃ, ৩২। লম্‌লেন্ কাচকপুমৈঃ, ৩৩। পীনৌওঃ হাংনা নদাইরেম্না মৈয়াং খুম্না পাইনা মৈস্নুং থক্কা খোং সম্বোং মৈরি য়াইদা হম্না হম্না খাম্বী মৈনিজববু হুম্রেন্ মুংসিৎ লাইয়িংথৌনা কৃবিরকওঃ। পাইমা পিপুক্র‌উদা হরাও মথোইকা পুরিং সেলোং নিকতনা ম্না কম্বাল লাংবিয়ো হাউং হায়েং॥

উং মৈ মুংসঙ, উং তরংঙা, উং ঙাসুঙাং, উং ঙাস্থহিং, উং সম্বরেং. উং কেমমুবি, উং মৈহিঙসং, উং মিৎঅরেং,

ঙং সঙনুবী, মৈঃ কৌবা লাইয়িংথৌবু তাইসিকে কুবিয়ু হাউং হায়েং ॥ মিংথৈ অসিনা তরানিপাল্লক্ নত্রগা চামনিপাল্লক্ হন্না সক্ সোনলগা কংকনি।

৩৯ থবক্ থৌরোংগী মতুং ইন্না নাহুৎ-নারেং, লংহিং লংসেং. থাংজিন্ লংলা লেংলোই খোয়থাংবা, লায়মিং মিংথৈ পীবনচিংবা অরাবা খোংবা লিরৌ চলবা পুন্নমক্তা তৌগনি। লোইরবগা চৌংঙু লাই সিদবদা হায়জগনি। য়ুবী অহু ফি অমাংবদুনা রাখৈসেন্দাই অমা য়াওনা য়োন্নগা থাম্বী মৈদা থিকনি

মিংথৈদিঃ -খুৎলোন্নদুন—হেঃ চৌংঙু খোইগ্নুম্ লাই-য়িংথৌ ইয়ু ইবুঙোঃ নহাক্না লৈবা থৈপিক থৌজান্ লল কুবিদুনা অসী কোবা শমিত্তা ঈগ্রাং থৌনিংরিবসে অকবা নুঙাইবা কপ্-য়াংবা তাংয়াংবা পাথোইবা পুথোইবা ঈপুন নুঙসাংনা য়াইফ নুঙাইববু পিনবদুনা য়াইফ মহৈ ফংনাহনবীয়ু নমিংনথা স্তদবা অসোঈ অঙাম্ লৈখিবা পুন্নমক্ থমুক্ মিৎয়েং চঙবিগনু লাইয়িংথৌ. হয়ি হয়াহেঃ ॥

৪০। চুহি খোইহী ঈসিং পায়রগা মথাগী মিংথৈ অসি সোন্দুনা হৈরগা মৈ মুৎলগনি। মিংথৈদিঃ—চকমোম্ থাম্বী মৈত্রেং অরাবা মৈসুৎ মৈবামৈঃ, তেক্ তেক্ থৌদুমৈঃ, চকপা মৈরিংমৈঃ, সহু তেকচাক্মৈঃ, থাজা ঊপী তরানমৈঃ,

লমলেন কাচকু মৈবী মৈর়া পুম্নমক্ মৈবী মৈহনলোঃ মৈয়া মৈচাউঃ খাম্বী মৈহনলসে। ইমা লৈমরেল সিদবীনা কোল্লো. মালেম্ লৈমায়থক্তা কোল্লা খাম্বী মৈহোবদী, মৈরঙ মৈহল্লো কোল্লো, মালেম্ তম্নামৈবু কোম্রো মালেম্ থরকনুঙদা কোল্লো লাইজ অয়িংবনা নাওয়োম্ ওইরে কোল্লো, মালং সিদবনা লাঙ্গোনফরে কোল্লোঃ হয়ি হয়া হয়ুম্ হয়ুম্ হয়ুম্ ॥০॥ মৈ ঈরাৎপগী তেংথা লাইসোন্ লোইরে।

৪১। মৈঃ ঈরাৎপা হায়বা অসি অনিংবা ফোংদোকপা থৌনি মথল্ অমনী. কৎতবা লিসিং লাখা অমা মাংঙী। অফবা মথল্ লিসিং লাখা কয়ামুকী মহে ফংঈ। অমুম্ হায়না থকতা হৌথিবা মতম্-মতম্ অত্তগী অমাইসিংনা ঈথা সিল্লাবীরম্মী। লাইগী হৌনবী পোৎ রাংপা য়াদে অমাইবা মসক্ থলনা তৌঃ লানহৈদে থঙউঃ ॥

১৬ সুবা মতাং

## লাইমিং লৌবগী থৌরম্

লইঁনিনোং হয়িচকওৈদা লাইগী মমৈ মীগীদি মকোক্ ঈশ্বেকে মচা সল্লাঈ তরেৎাক নাকোং খোং চাওরেন্দা হয়ি মিংলৈনবু কামসিনবিরগা কাওরেল. সনসক ওইববু নমু পোওসক ওইরক্লা হায়বগা মরম্ খেশকপু কাহহন্দনা

হয়িচক্তগী ওইরক্লিবা লাইনিংপরৈ ইচেল্‌বু মৈতিংগু নোংদা লাইরেন্ পাখংবনা মুগুসি পান্না থৌজানবিরম্মে। লাইমিং লোৌবগী থৌরম্‌দা চংদবা য়াদগা পোৎলম্‌ছিংদী—কম্বী ১, চেং চাইরেন্ পুথম্ ১, লকোই চংথোকপা লকাং ১, হৈচাগু ১, কা ১ মনা ১. লিক্ পরেং ৩, লংহিং লংসেং লংলা ৯, থাংদিন্ বাথৈসেন্ সেনতাই ফিরোই ফিদা ১, হৈরুক্ পানা থাগুমৈ ১, লৈসং থোইদিং লৈ তিংথৌ মেক্রুক অসিনচিংবা কম্বী নৌরৈখু অহানবদা থৌনিবিগনি। থৌরম্ অদুদা ঈরাৎফু অমা লাৎকনি অনম্ অথৌনচিংবা ঈরু লাইসোন্ অতাই লাইসোন্ নাহৈরোম্‌না হকুলুসেং থিকসেং থাসেংবিগনি। অহানবমক্তদা লাইঙ ঈরু ঈসেং ইকোরোন তাকপিগনি। অনিম্নবদা ঈরু ল্যাইসোনগা অতাই লাইসোনগা ভম্বীগনি।

৪৩। হায়রিবা মরম্‌সিং অসি লোইরগা তৌগদবা চৌংগু য়াইবিরেন সিদবগী লাইমিং অহকপা মিংথৈরেল্‌না নাকোং থোংলেন্ অনিদা লাইগী মিংথৈ অসি তাকপিগনী।

লাইগী মিংথৈরেন্দি—"হয়ি লাইমরু কঃ ম্না মপুরেন হৈরোম্ সিদবা" মিংলেন্ অসিবু কংলবা মুপি-মুপা অদু লাইগী লাইমিং কংজরবনে, মপুগী মিং.থরেন্ অহকপনা "হয়ি হয়া হয়ুম্" হায়বা বাহৈ ৩ অসি অহমলক্ সোনগনি। তুম্বা চাবা থক্‌পা চৎপা মতম্ লৈবা থৈপিক্তা অকাওবা লৈতনা হেক্ হেক্ সোনগদৌবা মিংথৈরেন্‌নে।

## লিক্লাং মরুদা সোনগদবা লাইসোন্

৪৪। 'হিং মরু য়াইমরু মনিক য়াইনিংথৌ চাক্লিক্ মরু ওই নোংথৈ মরা ওইনা তুবি মঙান্ অরাবব লিকসী লিক্‌কোইহেন্ য়াইবী কোংগোই চক্ ময়াই ম্যাচিং চিকিং থীং মরুহিং সিজরবনে' হায়না সোনগনি।

## লিক সিরিবা অ'সগী চাউরাকপা য়াটেহ থরা

৪৫। অতিংকোক্ সিদবনা চৌংগু মহাকী কোক লেনফুদগী থোক্লকপা মহি স্নাগী মঙান্ অদু মুমিত্তা (মিৎতা) থুংলে লোইতাম্ থাপুম্ অনি নুমৃনৈ পননৈ মুমিৎকী (মিৎকী) পুঙমাই মচিদা, লৈমরেল সিদবীনা য়াঙম্রে য়াবিবোক্ কোয়ে, নমু মীওইববু পলেম্না লোইতাম্ থাজ অনি নাওপুবিরগা অঙাই তায়বংদা পোক্লক্লে, অসুম্না ওইরক্লিবা মীওইবা ঐথোয়না লাকপগী লম্বী মশক থঙনবগী লৈমরেল নাওয়োম্ কোবা পুয়াদা হায়রি। পাখংবা থিরেন্ য়ুম্বী পুয়াদমু মরি লৈননা মরম্ পুম্নমক তাকলী।

## লংহিং লংসেং লংলা ৯ গী লাইমিং

৪৬। থাংতিল্ লংলা লেংলোই থোইথাংলি ৯-গী মিংথৈ লংলা ৯ গী লাইদি—১। কোক্র চৌংগী লাইয়িংথৌ ২। মারচিঙ চৌংগী লাইয়িংথৌ, ৩। নোংথৌ সোরাক্লেন্,

লৈনোং ৯ গী চেংলৌ সকৃথোং ওই মালেম্ মপুণ্ড লাঙ্গা স্বর্গ্‌তিন্ য়াইমরু সুংভাই ৯ স্তবরু সমু লেংলৌ খোইথাংনা সেংজরবনে। অস্তম্ হায়না সোনগনি।

লংহিং লংসেং থাংতিল্ লংলা লেংলোই খৌথাংবা হায়বা অসি হকসাং লাংপুম্ সেমডৌদা কায়াৎ মাপন্না লাংপুম্ ওইথিবা ব্বাবু থংডি হায়না তাকপনি। সাকোক্ লমলেন পুযানা মচা থায়না স্নগাইনা মরম্ কুপ্পা তাকলি।

নাঙ্গৎ নারেং' তস্বগী মরম

৪৭ নোংথৌ সোরালেন মযোম্ সাফবী নিংথৌ তারিদা য়ারোও ইন্দুনা অডোম স্না পোল্লবগী মথংদা, লাইনিংথৌ তারি লৌসিংবগী মচা সাকাশ্বা পোল্লকপা কুমছিং চহি ৭ স্তরকপা মতমদা নাঙ্গৎ নারেং খৌ তৌড়না ঈরাৎ ফম্বাল্ শেন্ থাম্বী মৈহৌরোন্ ঈরাৎখি।

কুমছিং চহি ৯ স্তরকপদা, মালেম্ লৈসানা লাইপক্ খেলাই ময়াইদা নমসা পকলৈ নম্বা লাইমিং মিংথৈরেন্ লিল্লাং লাংপুম খোইথাংলি মাপন্ স্তবরু লেংলোই খোইথাংলি পিনা খৌজানবিখি।

৪৮। ময়াই লৈকোঙ্গরেন্দা চংবী লাপান চুপান্ কোয়াং-বাচুমৃথা মাইকৈ চিরা ৪ দা য়াইবী লংলা ৯ না

মোংবোন্ ৯ শেম্ হৈনৌ তাংগোই লান্না কোইর্গা, ম্রয়াইদা লোইমোম্গী ময়োননা ফুরেন খিল্ হৈনৌ তাংগোইলানা নতগা লৈ মচু ৭ না ফুরেন অক্তপুন্ লৈফুদা ইরাং থোরম্ তৌগনি। সিং মরম্ ৭ সুনা খাম্বী মৈক্রম শেমজুনা থাও মৈদা হৈগনি চুহিনা মালেম্ লৈপাক্তা হাম্না খারা হৈগনি মেক্রুক থাজুনা মিংথেরেন সোনলগা, লৈফুদা চেং-লৈ তিংথৌ খোইদিং কৎনা থৌনিজুনা লাইমরু সিদবগী মিংলেন্ মছিং সুনা লাইসোন সকপদা বাৎতনা মোংবা সায়াংথক্তা বাকৃতোন্ থারাওচিন্না কাসা পাওতাকলগা, খাম্বী মৈরা থান্ মাংদা থোম্রি হোৎলগা খেন্দোং মতম্ অফবা য়েংজুনা থুমলেন্ মপুঙ ফাবা থবানমিচক্ মশা তাদবা থবীচৈজেন্দবা থবা লান্নংদবা য়াইকুবগী খেন্দোং মপুঙ লেপ্লিঙৈদা য়াইবী লংলা ৯ তিনবগী সুংদিন্ য়াই ৯ সুববু সুংতাই তাংজ লুতোন্ তম্ বাচুম্ কিসি লিরোনা হৈরোমুলেন্ মাস্তোমুলেন্ হিমরু য়াইমরু মনিক্ য়াই ৩ গী কিসি তন্না য়াই মরু ৩ সুববু সমু লেংলৌ খোইথাংবিথি, লোইননা নাহুৎ নারেং তম্বীখি।

অঙাংগী নাহুৎ নারেং তম্বীনবগী চপ্ চাবা কুমছিংদী চহি ৩ দা অমা চহি ৫ দা অমা, মহে মছিং তম্বা হৌবা অসিসু চহি অহুম্ নত্রগা চহি ৫ দা তৌগনি। চহি ৭ তাসু অফা ফংঅ মতম্ য়েংনজুনা তৌবসু থোইনা অকাইবা লৈতে

হায়বস্রী, লৈশেম্লোন অরিবা মৈতৈ পুম্না লোন্ অরিবা অতুনা মচা থায়না ময়েক সেংনা তাকৃনী। সাকোক্ সারুম পুয়াদস্থ অতুম হায়রী পাথংবা য়ুম্বী পুয়াদাস্থ ময়ম কায়দনা ইরিএ॥

১৭ সুবা মতাং

## অমম্ নোংলোন্

১। হেঃ লাইয়্রিংথৌ নোংকৌনা হৌলকপা
নতোঙ্মা নঙাইপা লাইনিং সীংপু
পুনেম্ চাকে তাথিপিকুনোঃ॥

১। হেঃ লাইয়্রিংথৌ নোংকৌবা অমম্ মশক্ ওইনা লৈব্রিবা, নহাক নতোমতা ঙাইরিঙৈপু লাইনিংসিং হায়নবু তেংথাচগে? ইকোক্ নোননা পুনেমজরি তাথিবীগনু। নোংকৌবা অমম্বা অসিবু লাইনিংসিং হায়না তেংথারুরিবগী মরমদি, নোংকৌবা অমম্বা লাইনিংসিং মহাক্না তুংদা ওই-রকদৌবা তাইপঙপালগী থৌরম্ পুম্বা অমদি তাইপঙ পাল্ অসিগী পোৎলম্ মতিক্-মরাঙ্গ পুম্নমক্ অমম্ তুঙদা মতোম্ লৈরিঙৈদগী মাংওইননা হায়না লৈরম্বা পান্দম্ ওম্ লাইনা নিংসিংথৌরাং তৌরকৃঙ্গ হায়না নোংকৌবা অমম্বা

নংহাকপু লাইনিংসিং হায়না তেংথা কোলোয়নগে অ েল্-অয়াল্ ঙাকপিয়ু ॥

২। নোংকৌপাতি অমম্‌পনে য়াঙ্গৈকৌপতি অঙাল্‌পনে।
নোংনা য়াঙ্গ পোক্লয়ে
য়াইকি হৌফমতি নোংনে।
নোংয়াই অনিমাকি মতিক্লপু বা হায়লককে ॥

২। নোং হায়বদি অমম্বা (অঙ্গৈংবা করিগুম লৈতবিনেপু হায়বনে। য়াঙ্গৈ হায়বদি অঙালবা (অসাবা) করিগুম্বা মচু-মমেন্ মঙাল্ মখা অঙাং অসঙ মারোং অমা লেপ্লা থোক্লব্বা অগুম্বা ওইবিবা অসিবু নোং কৌবা অমম্বা অঙ্গৈংবনা য়াঙ্গৈ কৌবা অঙালবা অসাবনু পোকখিয়ে। অমম্বা মানা পোকখিবা, (হায়বদি লাংওন্ তমখিবা) অঙালবা মাগী হৌফমদি অমম্বদগীনে। অসাবগী হৌফমদি অঙ্গৈংবদগীনে। অগুম্বা ওইবিবা অমম্ অঙাল্ অনিমক্কী মতিকময়াঙ্গ খৈবীককি রাবম্ মমুঙ চলমা লৈবনু বা হায়লকে॥ মুঙসিবগী মকমদা ইকায়বা থাকপাগুম্বা. থুয়াঙ্গ কাল্‌বা গুম্বী, পামতৈ মুঙ-পাল্‌গী মায় ওইবা য়াইগী, মখক সয়োক্লা থঙনবনু হায়বা বানে ॥

৩। নোংতি মুঙতা লৈয়ে।
য়ায়তি পালতা লৈয়ে ॥
থানা মমুঙতা লৈয়ে।

মুমিৎনা পালতা লৈয়ে ॥
অনিমা অসিতি
মপালকি মসেলনে ॥
মখোয়না লৈরমৃশিপকি
মরম্ হায়কে ॥

৩। নোং কৌবা অঙ্গংবা মাদি অমম্বা ওইনা মমুঙদা হায়বদি মুঙদা লৈয়ে। য়াঙ্গ কৌবা অঙাংবা অসাবা ওইবা মাদি অঙাংবা ওইরিবা অসিগুম্না মাপালদা মীৎনা উনা লৈয়ে। অমম্বা অমদি অঙাংবা ওইরিবা মতিক্ ময়াই অনি অসিবু শাইনিংসিংনা মশক্ নাইনা পাওঃতমলক্লিবগী মবোংদি থাবু মম্বা মুমিৎপু ঙাংবা, মবোঙ অশুম্ মশক্ মমীং নাইনা খুৎথিল্ তম্লীবসি থাদি মুঙদা লৈয়ে, হায়বদি মমৃলে হায়বনে, মুমিৎতি পালতা লৈয়ে হায়বদি অঙানবনে। মখোই অনিমক অসে মীৎনা উনা লৈরবা মপালকি ওইবা মশক্ অমমমৃনে। অশুম্না ওইরিবা মশক্ অনিমক অসিনা তাইবঙ পালদা মখোঁ মশুম্ তৌনা লৈরম্লীবগী মরম্ থরা মপা লাম্লা হায়রকে ॥

৪। মুমিৎ তারাপকা
নোংতা চংখিরে
থাকি য়ায়পু মুমিৎতা
চন্না চংখিরে ॥

হায়পকি তমক্‌পু
থা হায়না কোলোয়নবে ॥

৪। নুমিৎ তারবগা ( মঙ্গাবগা ) য়াঙ্‌ঙৈ হায়বা অঙাঙবা মহাক্‌ অমমৃনুঙদা হায়বদি ( নোংদ ) চংখিবে তিনখিবে। নোং কৌবা অমম্‌ মশক্‌ ওইবা থাদা মতিক্‌ মঙাল্‌ হায়বদি য়াঙ্‌ঙৈ অহুবু অমম্বা থাগী মফমদা থারবে। অশুম্না অমম্বা থাগী মফমদা য়াঙ্‌ঙৈ কৌবা অঙালবা মাগী মতিক ময়াঙ্‌ঙৈ পোৎলম্‌ অহুবু থাহুনা লমৃতল্লম্বা মফম্‌ অহুবু পোৎ অমা পুমল্লবগা পোৎ থাহুনা পল্লম্মী হায়বগীদমক্তা মফম্‌ অহুবু "থা" হায়না কোলোয়নবে ॥

৫। থানা পীপকি নুমিৎনা
মচা পোকয়ে মবোংদি
থানা থবায়পু লিক্‌লা
ওইনা থাপিখিয়ে ॥
থৌরম্‌ অসিকি তমক্‌পু
য়ায়কি থবাঙ্‌ঙৈ পিমাপা
হায়নরিপনে ॥

৫। থা কৌবা অমম্বা মানা য়াঙ্‌ঙৈ হায়বা অঙালবা নুমিৎকী মফমদা সিমরকপা জিল্লা য়াঙ্‌ঙৈ অহুম্‌ নুমিৎকী মশেক্‌ মঙাল্‌না থাদা য়াইমগা হায়বদি সোক্ক শমরগা

লিক্লা মশক্ ওইবা য়াঙ্গৈ পোংলম্ অহুবু থানা হায়জদি অকথনা শীমকঙৈ হায়বগীদমক্তপু য়াইপী থবাঙৈ হায়রনা বা হায়রিপনে ॥

৬। নুমিংতি অমোমনে থাত্তি লাপনে ॥
লাইনিংসিংনা অস্থম বা হায়লময়ে ॥

৬। নুমিংপু অমোমনে, থাপু লাপানে হায়রমলে। নোং কৌবা থাগী মফমদা পোং থাডুনা লৈরম্বা অমম্বা মাগী মতিক্ য়াঙ্গৈ লিক্লা অহুবু থাদা সিন্নডুনা থমলিববু নুমিং মাগী মশেক্লা থাগী লৈমায়দা হেক রৈবদা অহুগুম্বা নোংকি (অমম্বগী) লিক্লা য়াঙ্গৈ অহুবু নুমিং মাগী মশেক্ মঙাল্দা মরাল চুম্ ওইনা চংডুনা লৈরবাবু অহুগুম্বা লিক্লা য়াঙ্গৈ অদোঃ—অঙাং নরা "মপু" পলেমগী পিপুক্ুডদা নাওপুরবগা নৱামিরেলপু নাওয়োম্না সিনয়োম্ুডদা হীংহম্দুনা থম্বাগুম্ য়াইপী অহুবু নুমিং মাগী মসেক্ মঙাল্না নাওয়োমগী পান্দমগুম্ ঘোমডুনা হীংহন্লগা মালেম্ তাইবঙ পান্সিদা পুথবীমক্লে। থৌরম্ অস্থম্ ওইবনা নুমিংপু অমোম্ হায়রা থওমবা, পলেম্ পোক্মাবিগুম্ চাংতম্নমনে। অওবা পুথবীমক্লিবা লিক্লা য়াঙ্গৈ অসিবু অমম্বা মাগী মশক্ ওইবা থা কৌবদা বাইরগা (সোক্ল শম্নরগা) পুথকপা য়াঙ্গৈ লিক্লা ওইবনা লাইনিংসিংনা অম্নমা কোলোঙৈ থীংথোক্নমরে, "য়াইপী

থব্বাঈ" হায়না খওনব্বিবা অসিবু পোইরৈতা ফাথিবা লাইনিংসিং পুন্নমক্না ওইখ্রিবা মরম্ খৈপিক্‌মকপু লিল্লা বাঈ ওইবা মরম্না লাইনিংসিং মাগী মতিক মমাইনি খওনবগীদমক্না লাইনিংসিং মহাকপু হাইপী থব্বাই পীমাপা হায়না তেংথানরিবনে ॥ হিহি কৌবদী সুঙসিংকি খোঙ্গেম্নে, বাব্বা কৌবদী ঈসিংগী খোঙ্গেম্নে, স্বৰাঈ স্বৰাঈ কৌবদী মৈগী খোঙ্গেম্নে, ঙুরুং ঙুরুং কৌবদি নুমিৎকি খোঙ্গেম্নে, ঙারং ঙারং কৌবদী থাগি খোঙ্গেম্নে। খোঙ্গেন মখা অসিবু থব্বাঈ মউ ওইবা মপু মগী মশানী, পুনশিনলাগা অমতানী ॥

৭। নাপীংঙাতি মপালতা লৈয়ে
নোংয়াঈ কৌনা মপালতা
নোংতম্‌লো হায়রপকা
সীংতরেৎ মশুং নোংনা চিংনা
নুমিৎতা পিরমলে ॥

৭। নুমিৎ-থা নাপিংঙাতী মপালদা মিৎনা উনা লৈয়ে ॥ নোংয়াঈ কৌনাসুং মপালদা নোংদম্‌লে ॥ অমুক্ মম্ অমুক্ ঙাল তৌনা লেংওন লেংসিল্ তৌনা লৈয়ো। অশুম্না ওইরিবা নখোঙ্গ অনিগী মফম্‌দা সিং হায়বদি নিংসা ( নোংমা কৌবা ) হায়বা অসিসুং সিন্নরকপগে অশুম্না নখোঙ্গ অনি মানা লাংওন্না মথং-মথং সিন্নসিন্নানা লাল্লবগা নোংগী মতিক্ ময়াঈ

লিল্লা য়াঈ অত্তুবু অমম্মা মাগা লোয়নবা অঙালবা ওইবা নুমীৎ কোবা মাগী মঙাল্ মশেক অমদা চংদুনা হীংহনবগীবু নুমীৎ মাগী মফমদা সিং কোবা নিংসা ( নোংমা ) ওইবা অসিমগা সিন্নয়ন্নবনে, লাইনিংসিংনা।

সিং হায়বদি নিংসাবু কোয়ে। নিংসা অদুনা সিং ওইনা অচাকপা মৈগী পান্দম্ গুম্ মুৎহন্দনা সিংনা মৈচাকৃ ওইনা অশুম্ য়াংসিল্লকৃপানা নোংমা কোবা মতম্ মপুঙ ফানা য়াংলক্নে, অশুম্না তৎতনা য়াংলক্লিবা "সিংনা" নুমিৎ তরেৎনি সুনা য়াংসিল্লক্লগা, চয়োন্ অমা কোয়ে. নুমিৎ কুম্থ্রানি সুনা য়াংসিল্লক্লগা থা: অমা কোয়ে। থাঃ অসিবু ১২ নি লকৃ য়াংসিল্লক্লগা চহি কোরে চহি অসিবু মহৈ নপাল্ অমনি, বা হায়রম্মে। অশুম্না মহৈ অসিবু তাইবঙচা ঐথোয়না চাদুনা হীংননবা লাইনিংসিংনা থাবা মউনি অসিগুম্নবা মউ অদুগী মহৈ অসে মপু তাইপঙ অমদি লেংলি পাল্লিবা অচৎ-চৎতা পুম্নমক্কী মচানচাকৃ ওইনবু নুমিৎ কোবা অঙালবা নংগী নফমদা সিন্নয়ন্নবনে॥

৮। তাইপঙতা মমিং লৈরিপা
থৈপিকৃপু। সা ঙা ত্তিন্ কাঙ
নাপী সৌংপী মৈঃ য়িসিং নোংসিৎ
লাঙ্গ ওইরিপা অসি থৈপিকৃনা

নংকী নংকী হুকচাংনুঙদা
নোংতম্‌লরপনে ॥ অসিপু
অমত্তা ওইপা লাইনিংসিং
ঐনা সেম্‌লম্‌লে ॥

৮। তাইপঙ পাল্‌ ঐখোয়গী মালেম্‌ থক্কুসিদা মরি লৈনম্না লৈরীবা অমম্‌ অঙাম্না চিংবা লৈসারোলসীং থৈবীক অমদি সা ঙা তিনকাং লেঙলি পাল্লিবা অচং-চংতা নাগী সিংগীসিং অমসুং মৈঃ ঈশিং নোংসিং লাঙ্গ ওইরীবা অসি থৈথিরক্না নংগী নংগী হুকচাং নুঙদা সাইয়োলগী লাংওম্‌ তম্‌ত্তুনা নহাক মহাক্‌ ঐহাক্কী পুক্নিং নাক্কুম্‌ নিংসাবু ওইনা নোংতম্লরে। অশুম্না ওইনা নোংতম্‌লিবা অসিবু অমত্তা ওইবা লাইনিংসিং ঐগী ঐগী অপাম্‌ পুক্নিংনা নিংসিং লাংওন্‌ ওইরকপা মতিক্‌ ময়াঙ্গ পুম্নমক্না তিন্না নহাক্‌ মহাকী য়াইপীবু ঙাকলো ওইনবা নোংদম্‌ সান্‌ ছেন্নবনে।

৯। অসুম্না ওইপাসিপু
হেঃ তাইপঙ সিংওঃ
নখোয়সিংনদি ঐপু
উপা থিপা ফংলরোঙ্গ ॥
নোংঙ্গাঈ নপিংঙানা
মপালকি অন্নাষপা

খৈপিকপু লাজগীওঃ
হায়রম লপক্কিপু নোয়াঙ্গ
অনিমকপু হেলতনা
মতোম্ কানা লাল্পা
ওমতারিপনে ॥

৯। মরম্ অসুম্না লাংওন্ সাল্ ছোম্খীরনা হো তাইপণ্ড নখোয়নদি ঐবু উবা থিবা ফংলয়োঙ্গ মরম্ অসিনা হেঃ অমম্না অওালবা নপীংডানা মপালগী অসি খৈপীকপু লানবীরমওঃ হায়রম্নবগীবু নুমিৎ থাগী হায়বদি অমম্ অওাল্ নখোঙ্গ অনিনা মথৌ মওম্ ওইনা অরান্ খুভম্বু, মখোঙ্গ অনিগী মরক্তবু নতনা খোয়ুম্ লাইনা চিংনসুং থবাঙ্গ অয়াম্বা খৈপিক্সুং মতেম্ মতোম্ কনা লানপা ওমতারিবানে।

১০। হেঃ মীওইপা সিংও
নংখোয়তি খওলিবোঙ্গ ॥
নমিৎ অনিমকনা উরিপা
অক্তিংডা মাইকৈ লাকুওম্ তপা
অসিমকমা চাউরিপা
অসিনা চক্চাং ওইরিয়ে ॥
নুমিৎ থা অনিমকনা
তারপণ্ড পাল্ অসিকি থবাঙ্গ

অমমম্ ওইরিয়ে ॥
অসুম্না ওইরিপাসুং সুমিৎপু
লালপিপতি থাঃনবে ॥
মপালকিতি অসুম্না নোংতমমপমে ॥

১০। হেঃ তাইপঙ মীঃ ওইবসিংওঃ নখোয়দি খওলম্-লোঈ বারম্ অমা হায়রক্কে। মীৎ অনিমক্না উরিবা অহাংবা মাইকৈ পম্বুং খওদবমখৈ চাওরিবা অসিনা নংগী চুকচাং ওইরে হায়না নিংওঃ। সুমিৎ থাঃ অনিমক্না থবাঈগী মশক্কী হায়ববু নিংওঃ অশুম্না নীংলাবগা মপালথোংকি অয়াম্বা থৌরম্ খুদিং হায়বদি অয়িং অসা আসিৎ অহুম্ খোংলি-লাওরিবা, লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক্সিগুম্ নংগী তাইপঙ চুকচাং মুঙদাম্ব মাম্না থৌরম্ থৈগীক্ পাংথোক্লিয়ে হায়ববু নিংলবগা অঙানববুসুং অমম্বনা লানবীরবনে, তাইবঙপাল্ অসিগা তাইবঙ থবাঈ পালবাগা পান্দবগা মপালগী মীৎনা উনা লৈরিবস্থ থৌরম্ অশুম্ নোংতম্লম্মে ॥

১১। অসিপু হেঃ তাইপঙ পাল্পসা
নখোয়কি পুক্নিং থম্মোই
লাইমিৎ অরাপানা সুকচংনা
য়েংপা উপা হৈত্তরপতি
ঐস্ব মীঃ অমকি হকসাং

অমা ওইয়ে। হায়না
খললিপসিংতো মখোঙ্গ
মমিংনা উপা মঙোলতা
হগনা হলনা তাকলাপন্থু
খঙপা ঙমলরোইয়ে ॥

১১। অসুম্না নোংতম্বা অসিবু হেঃ তাইবঙ পানবাসা নখোঙ্গ নখোয়গী রাখল্ অমদি পুক্নিংনা হায়রিবা তাকৃখ্রিবা খুদিংমক্ অসিবু মপালাক্না মশক্ অমগুম্ উবা খঙবা খলবা ঙমদরবদি অতুগুম্নবা মীঃ অদোঃ মহাক্ মশানদি মীঃ অমনি হায়বগী রাখল্দি কৈবনি অতন অতুগুম্নবা মীঃ অতুদা হায়রবদি মথক্তা হায়খ্রিবা রারম্ অসিদা পুক্নিংনা মরোও লাক্না সাতুনা য়েংবা হৈত্রবা অতুদা হন্না হম্না তাক্নবন্থং খঙবা উবা ঙম্নরোইয়ে ॥ হায়বগী রাফম্ অসিদী, থকসী খাসি খঙত্রবা মীঃ হায়বদী হৌরকপাগী চেম্বারকপা ঈচেল্না অরোইবা খোম্মাদোন্গী পঙ্‌ংকমদা ঈগী শকতম্না লেপ্পগদৌরিবা অতু কনানো ? হায়বা খঙনাদে, মরম্ অতুদগী খংদা উদ। মরম্ কয়াবু খঙননবা হায়রনে ॥

১২। লাইরিক থৈপিক্তা হায়রিপা
সিতপুঙ তরং লাংগুম্. নোংলোনহিরী
লাংয়েল পোরবপিলাং, সেকিং,

উকা লাথা, হিরি লংস্নংলোন.
পথুপ্‌লোন্ লমলেন্ হায়রিপা
অসি খৈপিকতস্নং লাননাপা
মলমতি অস্নম্ পংনা হায়রমলোঈ ।
অমম্ নোংলোন অনিনা থোইয়ে ॥
পথুপ স্নং মাপান্ ওইয়ে ।

১২। লাইরিক খৈবীক্‌স্নং ইত্নুনা তাক্লি. সিদবুং তরং লাংবুম্ নোংলোনহিরী লাংয়েন, পোনগীলাং সেক্লিং উকালাথা, তাংক্রুম্ লমলেন হিরিলংস্নংলোন, পথুপ্‌লোন্ সাকোক লমলেন সতিং হায়রিবা অসিছিংনা লাননবগী মরমদা তাক্লিবস্নং অমম্ নোংলোন্ হায়রিবা লাইরিক্ অসিনা হেন্না মরাং কাইনা মচা থায়না লাননবগী মরম্ খৈবীক্ স্নুনা চৌথদনা তাক্লবনে, মরোও মথলস্নু মাপান্‌স্নবনে ॥

১৩। লাননপা মরম্ তাক্ হায়রকলকে ॥
নোংলোন্ কৌপতি থবাঈ পালপা
অমদি অচৎ-চৎতা পুম্নমনা
লানকাতৌপতি নোংলোন্ কৌপা
অসিকি মস্নুওতনে ॥

১৩। লায়ানবা মরম্ তাক্ হায়রম্নবা পুক্লিং মাগী থৌরোওগী মশক্ ওইরবা অমম্ নোংলোন্ কৌবা লাইরিক

অসিদা লাম্নানবগী মরম্বু কুপ্না থীয়ো। খোঁৱাঙ্গ পানবা অমদি মচং-চংতা লেংলা পাল্লীবা পুন্নমক্না লান্‌গদৌবদি নোংলোন্‌ কৌবা অমমন্নুও মপা লাকপা ঙমদবা মাইকৈ মফম্‌ থঙদবামথৈ মীৎনা করিগুম্বা মশক অমম্না উবা ফংল্লবা, পুক্নিংনা মপা লাক্না নীংঙম্বা মতুং ইন্না হয়েং মতমদুদা হায়বদি অরোইবা মতমদা নংগী, ঐগী, মহাক্কী মমল্‌ নাইদ্রবা তাংনা ফংলবা অমম্‌ মানা পীরকপা য়াঙ্গ ওইবা থৱাঙ্গ অসিনা অঙাল্‌ বগুন্‌ পান্থুংফম্‌ উদনা থঙদনা চৎনথিগদৌবা মছেল্‌নে। অশুম্না ওইরগদৌবা অসিবু হোঙ্জিন্না পুক্নিং অমদি ৱাখলনা মীংনা উবগুম্‌ লৌসিং কাংলোন্‌ থোক্লিবৈও অনিংবা অপাম্বা মফমদু য়োবা ঙম্নবা মীংকী মীয়েং ৱাখলগী সুঙথল্‌ পুক্নিংগী ইৱাঙ্গ ঈনিলনা নিংসা মাগা ইরোইননা লাইনিংসিংক পাওতাকসিংবু পুক্নিং চেৎনা থাজ-খোইনা, লাইনিংসিং মানা ওইরকপা অমত্তা ওইবগী কালম্‌ লম্বীবু থাওমহোৌরবদি হয়েং মতমদা ননিও তমগাদোৌরনে।

১৪। লাইকি মথেন্থ সুমিৎথা
অনি মানা লালপীরিয়ে।
লাই পুন্নমকপুম্নং নোংকি
মকমতকি হৌথিপা লাইনিংসিং
কোপা অতুনা ঙমনা পোকথিপনে।

অয়ুম্না পোকখিপা লাইসিং অসিনা
তায়পণ্ড পালকি অচৎ-চৎতা
লেংলি পাল্লিবা পুম্নমকী
মফমদা থবাঙ্গী মসক ওইনা
লৈয়পনিকিনা লাই ওইপা
নখোয়কি নচিন চাক্তি
থবাঙ্গী পালপনা চিংনা নমু
তাইপণ্ডসিদা নিচয়কা চাও
হায়রমলে অংনোংতা ॥

১৪। লাই ওইরিবা খৈবীকংং নোংয়াঙ্গী হায়বদি অমম্ অঙাল্ অনিনা লানথীরীয়ে। লাই ওইবা খেবীক হায়বদি মৈঃ ঈসিং সুণ্ডসিৎ লৈপাক নোংথোবুনে। অশুম্না ওইরিবা মশকসিং অসিবু অমম্ অঙাল্ আনবু লাম্থোক্লগা মতোম্ লানপা ওমদরীবনে। লাই ওইবা পুম্নমকসিং অসে লাইনিংসিং ঐভোন্দগী ওম্না পোকখিবা মশেল্নে। অদুবু লাইসিং নখোয়গী নচীল চাক্তী থবাঙ্গী পানবসিং অমদি নমু তাইবণ্ড· সিংদা নিজরগা চাও হায়রমীবগী মবোঙদি থবাঙ্গী পানবা হায়দুনা হেক লৈরিবা খুদিংমক্তা চংদুনা থবাঙ্গী মশক্ ওইনা লৈরবা মতিক্ ময়াঙ্গী কয়ামুক্পু মৈঃ ঈসিং নোংসিৎ লাঙ্গী থবাঙ্গী ওইবা অসিসিং ওম্না চংদুনা ময়ুম্ ওইনা লৈরবনা মতিক

ময়াঈ লাই ওইবা নখোঈ থৈবীকু অসে অতুগুম্বা তাইপঙসিং অমদি থবাঈ পানবসিং অতুনা করিমত্তা চাদ্রবা থকত্রবদা লাঈ ওইবা নখোয়না মতম্ মুংসাংনা হীংননবগী মপাঙ্গল লৈতে।

মরম্ অমুম্না ওইবনা লাই ওইবা নখোয়না মতম সাংনা হীংননবা নচীনচাকপু থবাঈ পানবসিংদা নিজরগা চাও হায়রম্নবনে। থবাঈ পানবসিংনা চাদ্রবা থকুত্রবদি লাঈ ওইবা নখোয়সু হীংবা ফংলোইয়ে। অমুম্না লাঈনিংসিংনা নোংদমলয়ে॥ লাঈ হায়রিবদো কনানোঃ? কদাইদা লৈবগে? হায়রবদী, খোংলৌ লাউরিবা তারিবা খোঙ্গেন্ অসিগী রাংমদা, মৈঃ ঈসিং নোংসিৎ সুমিৎ থাগী খোঙ্গেন তানা থৌগল্লীবরু লাঈ কৌই॥

১৫। মী কৌনা সেমম্ তুনা
লৈরম্ লিপকি মরম্ হায়কে।
নোংতম্ পা মপুমানা নোংকি
মকম্ তকি হৌরক্ নুনা অসায়কি
থক্তা হায়গ্রিপা মপাল্ কি
পুমপা লাংওনলরে॥ মহাকুনা
লেংলকপকী সহম্ অতুনা
নিংসা ওইনা মহাকপু পুরকয়ে।

অমমপা মহাকনা ওইখিপা
নিংসান্নুংতা অমম্‌পা মহাকৃ
অমলকতম্না চংখিরে ॥
নিংসা নুংতকি অমলকৃ
তম্না থোকলকয়ে ॥
তম্না য়াঙ্গ কোয়ে ॥ অঃন্না
ওইপা তম্না য়াঙ্গ কোপা অসিনে
তায়পঙ থবাঙ্গ ওইরিপা ॥

১৫। অসুন্না শেম্নাবসিং অসিদগী নমু তাইপঙ মীওইবা অসিবু শেম্নমৃলিবগী মরম্‌ থরা ৱা হায়লকে। নোংদম্বা মপু মহাক্না নোং হায়বা অমম্‌ শুংদগী হৌরক্তুনা মথোং পাম্না চৎপাগুম্‌ মৈঃ ঈসিং নুংসিৎ অসি ছিংগী মতিক্‌ ময়াঙ্গ ওইনা লাংওন্‌ তম্নরে। মতিক্‌ ময়াঙ্গ অহুম্‌ অসিনা অমত্তা ওইবা মশক অমা হেক ওইবদা নিংসাগী মতানুগুমলে, নিংসা ওইবা মশক অদু ঈসিং-নোংসিৎ মৈঃ অহুম্মানা পুলবা মশক্‌ নিংসা অদু তাইপঙ ঐখোয়না থবাঙ্গগী মশক্‌ অমনি হায়না থগুনরে। অসুন্না ওইবা নিংসা অদুনা মহাকী নহাকী ঐহাকী লিক্না য়াঙ্গ ওইবা থবাঙ্গ কোবা অদুবুসু নাওয়োম্‌ সানা নাওকোল্লরে। অসুন্না নোং কোবা অমম্বা মানা লাংওন্‌খিবা নিংসা মুগুদা অমম্বা মহাক্‌ অমলক্‌ তম্না চংল্লে। অদুগা

অমলক্ব তম্না থোয়ক্লে, থৌরম্ অতুবু অম্না য়াঈ কৌয়ে। তম্না য়াঈ কৌনা মপাল্দা নোংতম্নয়ে। অসুম্না নোংঅম্নবগা অসাইৌকী অমম্ নুঙকি য়াঈ অতুবু অঙানবদা অমম্বনা সিম্নরয়ে। অসুম্না সিম্নরম্বা (পিরম্বা লিক্লা য়াঈ) অসিনি, নহাক্ মহাক্ ঐহাক্কী থবাই য়াইপী ওইবিবা নমু তাইবঙ অমদি, তিন্ কাং সা ঙা ঊবা নাপী সিংপী থৈবীকী থবাঈ মশক ওইখিবগী মবোঙদি অসুম্না থওও: হে: তাইপঙ মোম্নুও; ॥

১৬। মমাল্ অতুপু নোংকা মুঙসিংকা
অনি মামা তিম্না সায়রে ॥
অতুকি তমক্ নিংসা কৌয়ে ॥
ঐনা সিম্না সিংলে অসিপা কৌয়ে ॥
মীপু অসাইৌকি থক্তা হায়থ্রিপা
মতিক্ ময়াঈ পুন্নমক্তুনা তিম্না
অতিয়া সিদপকি মিপু তম্না
সায়ে হায়পকী মী কৌয়ে ॥

১৬। অসুম্না থবাঈ মশক ওইগদৌবা নোংকা-নোংসিংকা অনিনা থেংনবগা মৈঃ পোকলে। পোকলিবা মৈঃ মাবুম্ন নিংসা মুঙদা পুঙচৈ ওইনা কাপতু হুইবেং থাগুম্না লৈখ্রে। ময়াঈ অহুম্ পুন্নবা নিংসা ওইবা অসিনা সিম্না

সিংলে অসিবা কৌরে। অমম্বা অসিবা কৌবা নিংসা অচুনা অমম্ সুঙগী মতিক্ ময়াঙ্গ ওইবা শিঙ্গা য়াঙ্গ সুঙদা চংলবগা অতিয়া সিদবগী চেংলৌ মিরেল্ শকমান্ লোনা লাংওন্ মীতম্লে হায়বগীদমকপু মীতবা মীত তৌনা কৌয়ে। মপু মাগী মতিক মঙ্গাঙ্গ মঙান্দাগী ওইরক্লীবা মঙান্গী মমিং অসিবু মমিং লাংপুম্ কৌএ॥

১৭। থাং কৌপস্নং নিংসানে থাংপু
য়াওতপতি লোইপা ঙম্লোয়ে॥
হায়রিপতি অসিকি তমকনে॥
মানা সাপা মসিং সুরাপকা
সুমিৎ-থানা চিংপা পুন্নমাস্নং
মাকি মাকি মথৌ মঙম্ স্ননা তৌরক্লে॥

১৭। নিংসা হায়বা মানা তৌবা ঙম্বা মতিক্ ময়াঙ্গ অচুবু থাং হায়না বা হায়নয়ে নোংকি থাং থাংদোক্লকপা অমম্বা মাগী মতিক ময়াঙ্গ অঙালবা কৌবা থাং অসিনা সমু চুকসাংসিংগী মপাঙ্গল্ মতেং পাংঙ্গ। লৌসিংগী মপু অথওবা মী অমনি হায়বা মচা থায়না তাক্লই হয়াও সুংঙাঙ্গ অকি অথওদগী অকিং অপায়ইবু ওইনা লাংওন্নকুই তাইবঙ ওইবসিংদসু মথৌ মঙম অম্না, ওইনা থৌতম্লক্লে।

অমম্না ওইবা থাং অসি মাওজনদি তাইবং শেম্নোবু লোইবা ওইবা ঙমলোইয়ে হায়রমোবগী পাখমদি অসিননি,

অয়ুম্মা ওইবা মপালক্কি অয়াম্বা খৈবীক য়াওনা নুমিৎ-থানগুং মাগী মাগী মথৌ মওম্ ময়না থৌতম্‌ছুনা মতিক্কু ময়াঙ্গী কয়া পিবীদুনা তাইবঙ পালসিদা পোকৃন্নিবা অচৎ চত্তা পুম্বদা নোংতম্নলকলে। মাগী মাগী মথৌ মওম্ সিম্বোং মরম্ পুম্নমক্ কুপ্না মচা থাইনা তম্বীদুনা অমাত্তা ব্রাৎহন্দনা সিম্বা পিদুনা মথৌ মওম্ তৌনরে॥

১৮। তাইপঙ ছকসাং নুডতা নুমিৎ-থা
হায়পতি মিৎ অনিমানে।
মিৎনা থবাঙ্গ অমনে থবাঙ্গ
মহাক্কি মতিকপু থচিক্কা
বা হায়লকে হেঃ মীওইপসিংওঃ।

১৮। তাইবঙ ছকসাংদা থবাঙ্গ মশক্ অমা ওইরিবা, মীৎ অনিমক্ অসিবু নুমিৎ থাগা পাংথকনে, মবোঙদি মীৎনা উবগী ফজবা অপাম্বা অঙকপা মচু মঙাল্ কয়ামুক্ উরিবগী মবোঙ মশক্ ওমখৈ লৈরোঙ্গ অয়ুম্না ওইরিবা ছরিবা পুম্নমক অসিবু মপা লাক্পা পান্দম্ শেম্নবগা মবোঙ লেমগুম্ মীৎ অনিমক অসিবু নুমিৎ থাগী মথৌ মওম্‌সিংবু থবাঙ্গ মশক অমা ওইনা তাইবঙ ছকসাং নুঙদা নোংতম্ থৌতন্ পীররবনে।

১৯। মিৎ ওইসিল্লপকা মসে পাংলপকা
ঙ্গাম্লে॥ কয়াকি মতিক চাইপনে খঙওঃ॥

১৯। মীৎ অনিমক্কা উইসিল্লপাক্কা মম্‌লে পাংলবদি ঙাঙ্গে অস্তম্না ওইরিবা থৌরম্‌ অসিবু মীৎ উইসিল্লবগা মন্নব অচুবু পাংলিঙ্ৰেদা ঙাম্না উবা অচুগা পান্দম্‌ লাক্কা উইসিল্লবগা মন্নবা মতম অচুদা তাইবঙপাল অসিবু ইঙাল্‌-ঙালনা মচু মমেন্‌ মশক্‌ মশা পুম্বা উবা হৈগদৌবনে। উবা ঙমগদৌবনে। মীৎ পাংলবগা ঙানবা মতম্‌ অচুনকতা মীৎ উইসিল্লগা মম্বা পান্দমগুম্‌ মপা লাক্কা উদবা থওদবগুম্‌ তৌবা হৈগ্গদৌবনে। অস্তম্না ওইবা থৌরম ওন্না তৈনবা অসিবু তৈনদবা মতৌগুম্‌ থওবা উবা হৈবা ঙম্নবদি মীৎ অনিমক্কী মতিকপুম্নং সুমিৎ থাগী মতিক মওম্মুম্ন লেপ্পা সামথও ঙম্লবনি থওওঃ॥

২০। মহাক মতোম মিংকি মতিকপু
থওনিংলিপসিংওঃ॥ সুমিৎ থা'ক
মতিকপু ৱাথিরিপাসিংওঃ কররপানো?
নমিৎ অনিমক্কা উম্নিপকি মতিকতি
হায়রুনা ঙমলোঈয়ে॥

২০। মহাকু নতোম্মানা মীৎকি মতিক ময়াইবু থওনিংদুনা থৌরমবু থিরিবাসিংওঃ মীৎকী মতিক্‌ ময়াইদি মথক্তা পনথ্রবা থৌরমসিং অসিবু লেপ্পমক্‌ উবা হৈরবা, থওবা ঙম্নবদি (সুমিৎ থাগী থৌরম্‌দা মীৎকি মতিক ময়াঈ) কয়া-মুকপু সিংথাদুনা লোয়বা ঙমলোইদবনে, অচুগুম্বা ওম্না

তৈঅবগুম্বা ৱাথলবা পুক্নিং চংবা য়েংবা উবা হৈরবা মী অতুদদী, থৌরম্ কয়ামুক লিংছে করি থোয়বা পাওতাক্ শীনিংঙাই ওইদে, অস্থুম্ থক্তওঃ ॥

২১। নাকোংনা থৱাই অমনে, থৱাই
মাকি মতিক হায়কে ॥ না পং
পনা মপালকি থোলচেল লৈপা
থৈপিক্ থোংলি লাওরিপা
ঙাংনা সাম্নরিপা কয়াকি মতিক্
লুপানো ? তারিপাপু কয়াকি মতিক্
তম্‌পামো ? তারিপাপু কয়াকি মতিক
স্থপামো ? হায়তুনা ঙমলোইয়ে ॥

২১। নাকোংনা থৱাই অমনে, অস্থম্না থৱাইকী মশক্ ওইবা নাকোং অসিবু নাপংবা হায়রদু ওইরবদা তাইবঙ পান্দা থোংলি লাওরিবা ঙাংনা সাম্নরিবা থোক্লেলবু তাবা ঙমদরবদা অদুগুম্বা তাইবঙসিংদো মঙাং কুক্লম্ মহাকী অদুগুম্বা পাওতাক্ মশক্ ওইরবা লিক্লম্ ৱারম্‌সিংবু তাবা ঙংঙ্রবা তাইংঙ অদুগী মফমদা থৱাই অমা বাংনা লৈরবা তাইবংনি হায়রম্লে লাইনিংসিংনা। অস্থম্না ওইবা মঙাং মাগী 'ময়াই" গী মশক ওইরবা থোক্লেল্, য়াইবীরেল, লিদবগী মতিক্ স্থপা থোইববু কয়াগী মতিক্ লুবনো ? তারিববু

কয়াগী মতিক য়াম্বনোঃ কয়াগি মতিক চাউবনো ? হায়দুনা তাকতুনা লোইবা গুমলোইএ,। অসুম্না ওইবা নাকোংগী মতিক্ ময়াঈ অসিবু মগাং মানা লুবাংগী মফম্দা লাংপুম্ ওইবা কম্বীনে, অসুম্না ওইরিবা তাইবঙ সিংদুদা পাউতাক্ করম্না পীগদবনোঃ ? ওঘোকয়ে ॥

২২। অসুম্না খুৎনা থবাঈ অমনে।
খোংনা থবাঈ অমনে। নিংসানা
থবাঈ অমনে মগামা অসিতকি
থোয়না লুপ্পা থবাঈ মাপু হায়কে ॥

২২।· অসুম্না খুৎশু খোংসু থবাই অমমম্ ওইরে হায়রম্নীবগী মরমদি থবাঈ পানবা অমা হীংননবগী থোরম্ কয়া অমদি লাইগী ওইবা করিগুম্বা থোরম্সিং খুদিংমকতা খোংনা চৎতুনা খুৎনাম্ব নোমদুনা থোরম্ অদুগী পোৎলম্ চৈরম্ পুম্নমক্পু থোরাং তৌদুনা থবাঈ ওইবা মাবু অমদি থবাঈসিংবু হীংননবা ফালম্ লম্বী পুম্বাসিংসে খুৎ অমদি খোংগী মতিক্ ময়াঈসিংননে। অসুম্না ওইরিবাবু থবাঈ অমমম্ ওইরিবা মাগী মাগী মতিক মগমনে হায়না লাই-নিংসিংনা তেংথারমলে, নিংসানা চিংনা অসুম্ ওইরিবা থবাঈসিংগী মরক্তগী থোয়না থোইবা লুবা অতাওবা থবাঈ মশক্ মাগী মতিকপু খাচিক তেংথারককে। খুৎ হায়বা

অসি মীওইবগী থবাঙ্গ অরূবা হক্ অমনী, থোং হায়রিবা অসিস্থ মরূ ওইবা থবাঙ্গ মশক অমানি ; হায়বদা চিংননিংঙাই লৈত্রবা অমনী, মীওইবতা নংতনা লৈরিবা পুন্নমক অসিদা পোৎশক মশক্ অতুগী মনিলগী হৌকম্ মরূ নিংসাগী হৌকম্ স্বরগী চুপ্‌লি পায়রিবা মুঙসিংকী মপু অসিগু থবাঙ্গ মশক অচৌবা অমনী॥

২৩। মিৎসুং নাকোংস্থ থরাদুয়ে অতুপু
পুন্নমক্তকি থোইপতি নিংসানে॥
হৌচিকতি মানা মানা তায়পঙ হুক্
সাংতা মরি লৈননা থৌরম্ খৈপিক্
পাংথোক্‌লকপকী বা হায়কে॥

২৩। তায়পঙ সিংগী হুকসাংদা থবাঙ্গ মঙা ওইরিবা অসি সীংদগী থরা থীৎ হেন্না থোইবদি মীৎস্থ নাস্থনে অতুবু মথোঙ্গ মঙামক্তগী থোইগেন্ থোইবা থবাঙ্গ মাগী মতিক মশক মবোঙ মপা লাক্না পাওতাক্লকে। মীৎনা উবদি অপাম্বা কল্লকপা নোক্লিংবা সাওনিংবা, হরাওবা, কপ্পবা অথিবা অকিবা, মুঙসিবা অসিনচিংবা, নাকোংনা তাবগী মুংঙাইবা খঙনিংবা হরাওবা তানিংবা বাক্কম্ তাবা কংবা, অয়াকপা খোঞ্জেল, অঙ্গৈংবা মুঙসিবা, মুঙওনপা বাহৈ বাতা অমুম্বা ওইবসিং অসিনা শমু হুকসাং ওইরিবা অসিবু তাইবঙ

নংনা থাকপা সেনবা ওমবদি, মীৎ অমম্তুং নাকোং থরাঙ্গ অনি অসিমক্কি মশক্ মতিক্ থঙলগদবনে অমম্ থঙউঃ॥ অম্নম্না ওইরিবাবু মঙা ক্তগী থোইনা লুবা থরাঙ্গ মাবু মশক্ থঙনবা রা হায়থক্কে॥

২৪। নাকোংকি থরায়তি খোয়তৌনে॥
খোয়তৌ মহাক্কি কোয়ৌহমপনে
মপ্পালতা চান্নিপনে। সাওকাল্লি, কল্লকাল্লি।

২৪। নাকোং কৌপা থরাঙ্গ মশক্ ওইপা মাকি কমপিতি খোইদৌ কৌবা মহাকে। হায়বদি নাকোংনা কয়িগুম্বা রারম্ অমা তারে—তারিবা রারম্ অদুগী রারী লিথুল্ অদু অমদি অদুবু হেক্ তাবগা সাওনিংবা হৱাওবা অপাম্বা কল্লকপা মুঙওনপা মুংনাওবা মরোও ওইনা রাথল্ কয়ামক্কন্না খোই-তৌ ওইবা কমপীতা রাইথুংলরবগা, অদুগুম্বা তারিবা, য়াম্বা অদুবু অওইবরা ওইদববা হায়বগী থঙানিং ঊনিংবনা চিংনা মীৎকী খোংগী খুৎকী মতেং পুক্রিংনা নিঙাশিংলকই।

অস্নম্না ওইরিবা নাকোং মাগী মতিক—ময়াক্কি কুমায়কম্ চাওরবনো? অসিবু তা রারম্ অদুবু খোংলম খুৎনা অমদি মীৎকী মতেংনা, তং তানা উবা থঙবা ওমদরবদি, কল্লকপা মিহোয়া সাওথলবা হরাও মুংঙাই থঙনিংবা থৌরম্, ঙাক্কা

ওইনা মপালদা চাদুনা বাৰলনা তাউদুনা মপালাঙ্গী চাক-তাঙ্কুনা লৈরিবনে। অসি'ন নাকোং ওইবা থৱাই মাগী মতিক ময়াইতী, অমুনা ওইবা থোইদো মাবু থেমবা'উবা খুদুম্ চলগদবনে

২৫। মিৎকি থৱাঈতি খুৎসাপিমে
লায়াতি অঙালপনে, মাকি চাকচাতী
থোয়ৱাংথে লৌনিং চানিং কন্রে ॥

২৫। মীৎকী ফম্বাদি খোংসাবিনে, মীৎনা উবগী অকিবা মীৎনা উবগা অপাম্বা অপেনবা অঙকপা অসিসীংসি ৱাৱলদা য়েৱক্রবগা এগী ওইমিংবা এমক্ ওইনিংবা অপাম্বা পৌরমগী ৱাথল্ কয়াৱরুম্ ফাওরক্রবগা খুংসাপিকী মিচুন্ মাস্ মথুম্ মরাংহোনা কাংচুন্ তাকই ॥

২৬। নাকোংকি ফম্‌পি ওইবিপা থৱাঈ
খোইতৌ মাকি থৱাঈ মশক অমুক্
ওইনাপতি মহাক লেংলিপা অতুনে
অমুম্মা থৱাই খুতিংমক মৱোল্
অচুম্-অচুম্-মুনা পাক্লে ।

২৬। নাকোং মাগী থৱাঈ ফমবী ওইবা খোইদো মাগী থৱাঈ মশক্ অমদি মহাক লেংবী অতুনে অমুম্মা মৱোল অচুম্মা পাক্লে। নাকোংনা তারবগা মহাকস পিক:

সিন্নে চিংথৎলে চাউথোর এ, গোম্বরকনে। অদুম্না নাকোংনা তাবগী হুৱাওবা অকিবদা মহাক লেংলিবা অতুস্ন মতুংইন্না শকতম্ লৌয়ে॥

২৭। থৱায়কী মসিং য়ান্নে অমতম্নং
নঙাইয়ে॥ চাউপস্নং তাইপং পালপা
অসিনে। পিকপম্নং সন্না অমনা
চান্মা থোকপকি অমত্তনে॥

২৭। থৱাঈ হায়ৱিবা অসিগী শকতম্ মসিং অসি ওম্মোন্না য়ামত্রে চাউবস্নু তা'বঙপাল অপুন্বা অসিগা পানথকনে, পীকপস্নু অস্নকী মতিক পীকত্রে মত্তুদি শন্না অমনা চান্মা থোকপাগী সরুক অমত্তনে।

২৮। মতিক্না চাউপত্তি থৱাঈ পাল্লিপা
থৈপিকপু সাথেৎ অমত্তনে॥ অতুকি
ওমক্ ওন্না লেংলিপা মশেলনে॥

২৮। থৱাঈ হায়বা অসিগী মতিক্না চাউবদি ওম্মোন্না চাউত্রে হায়দুনা শমলোইয়ে। মরমদি ওন্না লেংলিবা অসিনে। অদুম্না থৱাঈ ওইবা থৱাঈ পুম্নমকসে অমত্তনে, হায়বগী খুদমদি চপ-মান্নবা ৱাথল্ লৌসিং পন্নিং লৈনবা, মশেন্ ওইবননি। অদুম্না ওইবসিবু অথওবা থওদবা অহৈবা হৈত্তবা চহি নাইরিবা অসিদি করিগীনো? হায়রবদি হোৱকফম্ অমদি

থিজিন্নকফম্ খেন্নবকপদগী চহি নাঃনা মথল্-নখল্ মথেল্ মথেল্ পুক্লিংগী লৌসিং মৈবা ওইবা অসি মঙাইয়ে॥ নত্তুনা পুন্নমক্কী চাকথুং অমকনে অসুম থগুউ।

২৯। লেঙলিপা মরম অতু খৈপিক্
ঙম্না তিল্লে॥ কয়ামরম চাউপনে
হায়তুনা ঙমলোইয়ে॥

২৯। অসুম্না ওইরিপা তাইবঙপালদা লেংলিবা পুম্বা পুন্না সুনা তীল্লে। ওইরক্লীবা, থরাঈ মাগী মশক অসে কয়ামরুম চাউবনো? থন্দুনা য়েংঙঃ হায়রা ঙমলোয়এ। অসুম্না ওইরিবা থরাঈসিং অসিবু মাংলকপগী মরোঙবু হায়রক্কে।

৩০। হৌচিক্তি থরাঈ পুন্নমক অতুনা
অমত্তা নঙাইগকি রা হায়কে॥

৩০। হৌচিক্তি থরাঈ পুন্নমকসীং অতুদাগী মরু ওইবা থরাঈ অমথক্তা মঙাইবগী বাবু মশক থঙনবা ফাওনা হায়বককে লান্না তাউওঃ॥

৩১। মিৎসুং তাংলো সিদে খুৎসুং
তেক্লে সিদে নাসুং পংলো সিদে
অসি খৈপিক থোইপতি অনিনা
অমতা ওইনা লৈপকি তমক্
সিতপনে পুক্লিং নিংসা॥

৩১। মীৎসু তাংলো সিদে, খুৎসু তেকলো সিদে, নাসু পঙলো সিদে অসি থৈবীকপু থোইবদি পুক্লিং অমদি নিংসাগা অনিমক্না অমত্তা ওইনা লৈরীবা অত্তুগুম্বা হুকনাং অত্তুবু সিদরিয়ে হায়বনে। হায়রিবা পুক্লিং অসি মাংদ্রিবা মখে নিংসা অত্তু হোনবা হৈয়ে পুক্লিং মানা মাংখ্রবদি নিংসা হোনবা হৈরয়োঙ্গ মশানা মশাবু কাওখ্রগনি।

তাইবঙ পালগী ৱাথল্ ৱাংমা লানখিত্তুনা নিংসাবুসু পুক্লিং মানা পুত্তুনা থোকখ্রগনি, অসুম্না ওইবসিবু লাইনিংসিংনা অসুম্না সৈথারম্মে। পুক্লিং মানা পুত্তুনা লেংদনা লৈরিবা মাংদ্রিবা তাইবঙ অত্তুনদি কদৌসুংদসু অসিবা ওইদে অসুম্না ওইবা পুক্লিং মহাক্না মাংলকৃঙৈগী হৌরকফম্বু ময়েক্ লানা মশক নাইনা পাওতাকলক্কে।

৩২। পুক্লিংনা ওইপা থৱাঙ্গ মহাক্তি
খুংসাপিনে। মহাক্তি মফম্ লেংদে।
মহাক্না মফম্ লেংলকপকি
মৱোঙদি সুংসিৎকি মনিল্কুম্
থচিক সেন্না নঙাইয়ে॥

৩২। পুক্লিংগী থৱাঙ্গ মশক্ ওইবা মহাক্তি খুংসাপীনে, মহাক্তি মফম্ হোংনা লেংনা কোইনা চৎতে। মহাক্না মফম্ লেংবগী মৱোঙ মৱম্ অমদি পুক্লিং মাংবা হৌরক্লে,

হায়বা খণ্ডগদৌবদি ঊহুন্ অদু পিক্সিন্‌খিবা অম্নদি নাক-য়েৎ-ওই মথক্ মখাদা মুংসিংকী মনিল্‌গুম্ থচিক্ সেপলপ্ মৱোঙ ওইবা নঙাইয়ে খুংসাপিকি ঊহুল্‌না মৱোঙ মরম্ অমুম্ ওইয়ে খণ্ডলবদি পুক্কিং মাংবা হোৱক্লে হায়ববু খণ্ডগদৌবনি, লোইননা নিংসা হোলববু হৈরক্লরোঈ ॥

৩৩। অমুম্না মহাক্না সেপ্‌লক্লপকা
লাইনিংসিং মহাকমুং ফমপিতকি
অতংপা লৈতনা মথক্ লম্
কাকে হায়না হেক্-হেক্ চিংলক্লে ॥

৩৩। অমুম্না খুংসাপী মহাক্না সেপ্না থক্-থক্ হুল্লক্লবদি লাইনিংসিং কৌবা মহাক্না ফম্বাদগী মথকলম্ কাগে থোৱাং তোনা হেক-হেক চিংলিবনে হায়ববু খণ্ডলোঃ।

৩৪। অমুম্না লাইনিংসিং মহাক্না ফমপি
তম্না মথক্ লম্‌তা অতংপা লৈতনা
অমুম্ চিংলক্লপকা পুক্কিং মাংলক্লে ॥

৩৪। লাইনিংসিং কৌবা পুক্কিং মহাকী থবাঈ মশক ওইবা ফম্বাগী তুংনক্ষম্ খুংসাবী মানা সেপ্না পিক্না অমুম্ তৎতনা চিংলক্লবগা পুক্কিং মাংলক্লে, পুক্কিং মানা মাংগ্রবদি পুম্নমক্ অমত্তা ঙাকপা হৈরৱোঈ ॥

৩৫। হৌফমতি কমপিতকিনে। উলপি
কোপতি য়াকম্নে য়াকম্ অতুলক্কি
লাইনিংসিং কৌপা লাই অতুনা মথক্লম
কাকে হায়পপু ফাওনা নোংতম্লক্লে॥

৩৫। অসুম্না পুক্নিং মানা মাংবা হৌররববু ঙাকপা তৈরকত্রবা মতমদা পুক্নিং মহাক্না য়াকমদা অমুক তিন্‌সিল্লরে তিনসিল্লবগা লাইনিংসিং কৌবা মগাক্না পনবা তৌদনা কোরৌ অৱাংববু তমনা কারকপবু ফাওনা ওইররে।

৩৬। অসুম্না মানা কারক্লপকা নিংসাদা
তম্না চংখিরে অতুকা ভুমলে॥
ভুমলপকা পুক্নিংনা অমম্পপু
তম্না সিচিলখিরে অসিপা
হায়পত্তু ওইররে অসুম থওউঃ॥

৩৬। অসুম্না লাইনিংসিং ওইবা পুক্নিং মহাক্না কারক্লবগা নিংসাদা চংখ্রে, পুক্নিং মহাক্না নিংসাবু হেক ফংবদা নিংসানা পুক্নিং মাবু পুত্থুনা মপাল্‌লমদা পুথোকখ্রে। অসুম্না পুথোকপ্রগা ভুমলে, ভুমবগা পুক্নিং মানা অমম্বা মাবু তান্না চংসিনখ্রে। অগুম্না ওইখিবসিবু অসিবা মবোঙ হায়বত্থু ওইরক্লে, অসিনে চেংনা থওওঃ॥

৩৭। পুন্নমক অসিদো খোংতকি হৌলকয়ে॥
অসুম্না পুক্লিংনা চিংনা থৱাঈ অয়াম্পা
মাংগ্রপসুং করমনতি সিতপনোঃ ?
হায়রপতি নিংসানা লৈপকি তমক্তি
সিদে নিংসামানা লৈতৱপতি অসিপা
কোয়ে। অসিনে অসিপা হায়পতি॥

৩৭। পুন্নমক অসিদো খোংদগী হৌরকয়েঃ অসুম্না পুক্লিংনা চিংনা থৱাঈ অয়াম্বা মাংগ্রবহ নিংসানা লৈবগীদমাক্ত সিদে. নিংসা মানা লৈত্রবদি অসিবা হায়বহু ওইরে অশুম খণ্ডওঃ। থৌরম্ অশুম লৈবনা নিংসাবু সেনবা হৈয়ো, নিংসাবু মশক খণ্ডলবদি সিবাগী মশক মতমবু খণ্ডবা হৈবা ওইগদৌবনে।

৩৮। পুক্লিং অসিদি নিংসা অনিমক্কা
পানমিন্নরম্পকি ৱা হায়কে॥
থৱাঈ মসক ওইপা পুক্লিং মাপু
নিংসানা য়োম্না পুথ্রপকা অসিপা
হাযপক্ ওইপনা। থৱাঈ মঙা
মক্কি লচিংপতি নিংসানে।

৩৮। পুক্লিং অমদি নিংসা ওইবা অনিমক্কা অমত্তা ওইথ্রগা ওইরকপা মৱোঙবু পাওতাক্কে। নিংসা মানা পুক্লিং মভুংইম্না লোয়নবদি লৌসিং থোকয়ে, অনিংবা পাংবা

ওমমে। নত্তনা পুক্লিংনা নিংসা মাগী মতুংইন্না লোইনবদি অনিংবা পাংবা ওমদে, পুক্লিং লেপ্পা হৈররোঙ্গ নিংসা মাগী হৌফমদা সোয়দনা পুক্লিং মাবু পুত্নুনা চংখিগনি। থৌরম্ অস্তুম লৈবনা থবাঙ্গ মঙামকী লুচিংবদি নিংসানে।

৩৯। লমলেল্ লমপি ওইকা তৌপস্তুং
মহাক্কে খঙও:। মহাকপু নিংও:।
মসক খঙও:। মসিংস্তনা পুনসিকতনে॥

৩৯। হয়েং পুন্সি চেংচেল্ লোইরক্লবা অমদি খোইরেল্ মংম ওইরবগা পম্ভৌ-ঈপা লমলেলগী চংনা লম্‌দাং ওইগদৌবা লম্বী হায়বা মশকু অমদা মাগী নিংসাদা লম্বী ওইনা চংকদৌরিবনি অস্তম্না ওইরিবা ঈপা লমলেলগী লম্বী ওইগদৌবা নিংসা অসিবু হৌজিক্তা মশক খঙনা সোনবা হৈনা লৈরবদি হয়েং মতম্ অদু ওইরক্লবগা মনিং তম্না চংকদবনে।

৪০। মহাকপু মসক খঙকাতৌপতি
মৈকি খোনচেল য়িসিংকি খোনচেল।
স্নুমিৎ থাকি খোনচেল নোংসিংকি খোনচেল॥

৪০। নিংসা মহাকপু মশক খঙগদৌবদি মৈগী খোঞ্চেল্ ঈসিংগী খোঞ্চেল্ স্নুমিৎ থাগী খোঞ্চেল্, নোংসিংকী খোঞ্চেল্ হায়রিবা খোঞ্চেল্ মঙাগী খোন্‌চেল্

অসিবু খঙবা ঙম্নবদি নিংসাবু মশক খঙবা ওইরে হায়ববু লেপ্পা খঙবনে ॥

৪১। অসি থৈপিক্কি খোনচেলপু
নিংসাকি মসুঙতা থমলে হায়না
নিংও: ॥ অতুকা তুমকে হায়না
লাক্পতো ঙমনা ঙাকখোকও: ॥
অতুকা মানা লাক্করিবৈতা থেম্না
তুম্‌খোকও: অসিপা মশক্
খঙলকাঅনে নিংসাপু মসক্
খঙলপনে হায়পা লেপ্পা খঙও: ॥

৪১। মৈ ঈসিং নুংসিং নুমিৎ থাগী খোন্জেল্ পুন্নমক্‌সিং অসিদি নসাগী নিংসা নুঙদা ঙম্না চংহন্দুনা লৈরে হায়ববু নিংসা হৈয়ো অসুম্না মঙামক্লাসিং অদুবু লৈরে হায়না নিংলবগা নহাক্কী নসা অদু তুমনিংবা থাখলনা নমদুনা তুম্‌গে হায়না তৌরক্লবদি তুমলুরগনু তুমদনবা করিনো: অম্না তৌদুনা ঙম্নাবা ঙাকখোকও: ।

অদুগা অসুম্না মখোঈ মঙামক অদুবু লৈরে, হায়না নিংলবগা, তুনুনীংবা করিমঙা ফাওম্নবদি মতম্ অদুদা থেমঙনা তুমবা তম্মো থৌরম্। অসুম্না ওক্লোক ওনসিল তৌনা থাখলগী ঈচ্চলবু নিংসা ঙাকপা ঙম্নবা নিংসাগী ঈচ্চলবু

ৱাখল্ ঙাকপা মীসিংদোঃ অসিবা হায়বা অদু মশক খঙলগদোৱনে, অশুম্না চেৎনা খঙও: ॥

৪২। নিংসাকি ক্ষম-ক্ষমতি ক্ষমপিনে
ফর্মাপ মাকী ছুকসাংনা লেন্‌ফ্ংনে
লৈম্‌ফু অডুলক্তকি ছুম্‌থোক্লপকা
লাইপক্তা নমঙা ওইরে ॥

৪২। নিংস্রা হায়বা থৱাঈ মশক ওইবা মহাক্কী ক্ষম-ক্ষম তুংনযমদি ফস্বী কৌবা থোপ্ অদুবুনে, থোপ্ হায়বা ক্ষস্বী মাগী ছুকস্রাং ওইবদি কোক্ লেলফুনে। অমুম্না ওইবা লেলফু অদুলকতগী নিংসা ওইবা থৱাঈ মানা ছুকসাং কয়াৎ কয়ামরুম্ সিনবা থুংনা হেক্ ছুম্‌থবা হৌরক্পগা অহানবামক্তদা লাইপক্তা নমঙা ওইনা ঙাইহাক্ পল্লে। অমুম্না ঙাইহাক মীৎকুপ্ পল্লম্মীডে হায়বদি মী মীগী ৱাখল্ পুন্নমক (মীৎ পীশুম অমদি মাইথোংনা) ফোংদোক্লম্মী, অদুগা কোম্না হকচাং মপাল্ অপুম্বা সিনবা থুংনা ফাওনা ঈচেলখি ॥

৪৩। ফম্‌পিকি মথক্তা তম্ফাকুম্না লৈপা
কুরুমকি ক্ষমপাল্ ওইপা তম্ফাকুম্
তকুপ্ তরেংনা লেংনা চোংনা লৈপা
নোংতম্‌পা কৌপা কোংপোন্ লিক্লা

অতুপুতন্না নিংসানা মনিঙ্গ্ কি মসক্
ওইনা মপু মাপু থিরক্লি। কুরুম্নকি
ফম্পাল্ কৌপতি কোংপোল্ লিক্লা অতুপু কৌয়ে

৪৩। ফম্বী কৌবদি থোপ হানা বা হায়নবা মপু কৌবা মহাক্কী ফম্ ফম্ তুংনফম ওইনা মফম্ পী হায়বদগী ফম্বী (ফমপী) হায়বা অদুগুম্নব ফম্বী অদুলক্ তা ফম্-ফম্ পোত্থাফম ওইদুনা মপু মহাক্কা তমফাকুম্বা ভকুপ্ তলেঙনা লেংনা চোংনা লৈরিবা নোংদম্বা কৌবা মপু লিক্লা মশক ওইরিবা অদুবু তন্না নিংসানা মনিঙ্গী মশক্ লেপ্তুনা নোংদম্বা কৌবা মপু মাবু থীরকলি। তাইবঙ হুকসাং মুঙদা তাইবঙ মপুগী ফম্বাল কৌবদি তাইবঙসিংগী কোক্ মন্নুঙদা লৈরিবা কোংপোল্ মশক্ ওইবা লিক্লা ওইবা মশক্ মহাক্কী মন্নুঙদা লৈবা লাঙ্গ অদুবুনে॥

৪৪। নোংতম্পা কৌপা লাইনা মফম্
অতুতা পক্লা লৈয়ে হায়পকি
তমক্ লাইপক হায়না কৌএ॥

৪৪। নোংতমবা কৌবা লাঙ্গ তাইবঙ মপুনা লৈরীবা মফম অতুদগী সরুক থরাগী মফম্ অমদা নপ্পা পক্লা লৈয়ে হায়বগী দমকতা লাইপক্ কৌএ॥ লইপক্কী

মথাদা লৈরিবা পিসুম্ পাকোঞ্জ ময়াঙ্ ঈরোং অহুমগী ময়োন কমপীরেনসুং মনা থোইরিবনে হায়বা লেপ্পা থওগদবনে খওও:।

৪৫। হে: মীওইবসিংও মকম্ অতুপু
থাচতপা তৌকুনো:। খোয়রু
অহিংপনা খোং মাপন্মক্ ফুল্লো॥
লায়নিংসিং কৌপা লাঙ্ নংতি
লেংকুনো হায়না ৱা হায়রো॥
অতুকা থাংনা সিং সেৎপকুম্
মীকি হকসাংদা লেনতুনা য়েংও।
লাইপক হাংতোক্লপকা কমপি লৈওম্কাতনে॥

৪৫। হেং মীওইবসিংও; ওসাইগী তাইবঙ পালপা মপু মহাক্না থোপ্ কৌবা কম্বী মাগী মথক্তা কোংপোল লিল্লাগুম্ লৈয়ে, হায়রিবসিবু থাজদবা তৌগনো:। খোইরু অহিংরনা তাইবঙ হকচাং অত্তুগী খোং মাপন্মক ফুল্লো হায়বদি মেন্শিল্লে হায়না নিংও: অত্তুগা হকচাংদা লাই-বকী সরুক সোক্তনা লুখমদা কোকী সরুক অতুদা লাই-বকী সরুক সোক্তনা লুখমগী সরুক্তা থাংনা ছিং থাইবগুম্ থাইদোক্তুনা য়েংও: কম্বী থেংনরগা কোংপোল মশক ওইবা লিল্লা অমা লৈওমগদবনে। তাইবঙ মপু মানা তাইবঙ

চুকসাং সুওদা মশক মৱোঙ ওইনা লৈবীরম্বদি লিক্লা মশক অসিনে। অসুম্না ওইবা কোংপোন্ লিক্লা অদুনা কাইথ্রবা মাংথ্রবদি তাইবঙ অদু থৱাঈ পানবা হায়বদু ওইক্রে হায়ববু খঙনরে॥

৪৬। নিংসাদি মৈথুকি মচুকুম্ লাংসিন্না
লৈঙমপনে। ফমপীকি ময়াঈ মক্তা
য়িসিং অরুপকুম্পা অসা লৈঙম্পনে
অতুকি মথক্তা লাইনিংসিং কোপা
লাঈ অতুনা তম্ফাকুম্ তকুপ্ তরেংনা
লেংনা চোংনা লৈঙমপনে॥

৪৬। নিংসা হায়বদি নোংসিংকী মশকতি মৈখুগী মশককুম্ লাংসিন্না লৈঙম্পানে ফম্বী কোবা থোপ অদুগী ময়াইদা ঈসিং অরুবগী মওঙগুম্ তরু-তরু লৈরীবা অদুগী ময়াইদা লাইনিংসিং হায়না কোলোয়নবা লাইওইবা থৱাঈ মপু অদুনা তম্ফাগুম্ তকুপ্ তরেংনা লেংনা চোংনা তথক-তথক নিকপাগুম্ তনিক্-তনিক্ তকুপ-তরেং লেংনা চোংনা ঙাল্না লৈঙম্পানে॥

৪৮। অসুম্না ওইরিপা অসিপু নংকি
পুক্নিংনা সেংত্তুনা হন্দুনা য়েংপা হৈয়ো।

হৈচরপতি তম্না উপা ফংলে খগুওঃ ॥
হে: মীওইপাসিংওঃ ॥

৪৭। মতৌ অস্থম্ ওইনা তকুপ্ তরেংনা শেংনা চোংনা লৈরী হায়না তাইবঙ ওইবা নং-মাগী হুকসাংসিং অমদি উতুপকী পান্দম্ ওইরবগা রাখলগী থাংনা উতুপ্ মতম্ কুমপা তাইবঙ-হকচাংবু খাইদোকতুনা হাংদোক্তুনা য়েংবগুম্ পাও তম্লীবা থৌরম অসিদা, হে: তাইবঙ ওইবসিং নংগী মাগী রাখলনা পুক্লিংনা পাওদম্ অসিবু পুক্লং মপা লাক্না রাখল চংবা ভয়বতি সোয়দনা মপু ওইবা থরাঈ মশক মাবু মশক লাক্না খওবা উবা হৈরগনি হায়ববু লেপ্না রা হায়রম্লবনে অস্থম খওও ॥

৪৮। এখোঈ মওামক্কি য়িমিং হাপসি
হায়পপু থরাঈ মাপু মাংখিবে হায়কি
হাপ্লরোইসে। অতুপু তাইপও নুওদা
অস্থম্লাদি য়িমিং থমসেঃ ॥

এখোঈ মওামক্কী ইমিং অসি ইরমসি হায়লমসি হায়ববু থরাঈ মহাক্কি ভাকপা ভমদনা মাংখরে অদুগীদমক্তা এখোয়গী ইমীং অসি লাইরিকসিংদা চল্লনা থমগুম্সী। অদুব এখোঈ মওামক্বা পৌরম্ অস্থম্ তৌনা থীরম্মী হায়না খওনবগীদমক্তি থৌরম াংথোকখিবা সিংহুগা মরি লৈননা ইমীং থোল্লমসে।

৩৯। থাতা হৌয়ে॥ আতা তায়ে॥ অমদি
উতা হয়ে উতা তায়ে॥ অমদি
আতা হৌয়ে। চাতা তাইয়ে॥ অমদি
উতা হোয়ে। ৱাতা তাইবে॥ অমদি
মতা হেয়ে॥ থাতা তাইবে।

৪১। হায়্রিবা ৱা অসি মীওইশাসিংনা তাইপঙ ছুক-সাংদা নুংগী থৱাঙ্গ লাঙ্গ চেইপাসিংগা পানগী থোরম্‌সিংদা মরি লৈননা পানপা লায়পু থরক্লাপাতা থওননাপা ৱানে তাংনা লাকা থওক

৫০ হয়ি হয়া হয়ুন্ হয়ুম্ হয়ুম্

## লোয়শিন ৱাগী মতাং

মণিপুরদা থোকখিবা অচৌবা থোংদোক থৱা
লোয়ননা মৈতৈ লাইনিঙ্ ওন্ন তৈনখিবা॥

মৈতৈ লৈপাক্তা মৈতৈলৈংনা ইপা-ইপাগী অরিবা ইনাং চংচত্নুনা লৈজরম্বর মৈতৈপাকি ধর্ম্ম চংশিনক্কনা লমদম অসিগী নিংথৌ অমদি মীওইশিংনা মীনমগী ধর্ম্ম চংপা হৌখিবশি ইংশোক ১৭২৫ দগীনি ধর্ম্ম দি ৱামান্দিনি। অসিগুম্বা ৱামান্দি ধর্ম্ম অসি ইং শোক ১৭৫০ ফাওবা নিংথিজনা চংলি। ইংশোক ১৭৫১ দগীদি হিন্দু (গৌর)

ধর্ম্ম চৎলকপনা ইংশোক ১৯৩০ ফাওবা অসি চৎলি। অদুবু—ইংশোক ১৯৩০ অসিদগীদি মীতোপকি ধর্ম্মনা মমি তাঙ্খ্রিতৌগী ইপানাৎ ইপুনাৎপু থিঙ্খিল হুমাঙ্জনবা লমচিংবা মীওই অহানবা ওইনা কাছার ঝিরিবোনগী নাওরিয়া ফুল্লোনা মোইরেংজম মুনালগা লোয়ননা মীতৈ মরুপ্ কৌবা ফুরুপ অমা হৌদোকুলকখি।

অনিশুবদা ইংশোক ১৯৩৩ দা চোংথাম মেরামচা খ্বাই নাগমপাল চুংবাম লৈকাইদা লৈবনা মৈতৈ পুয়া পুথোরক্তুনা মৈতৈ লাইনিং হৌদোকখি মহাক্না লোয়নখিবনা শুরাইশম ধন্ন খমনাম লৈরক্লা লৈবনি।

শোক্ ১৯৩৫ ইং অসিদা, মণিপুরদা কংগ্রেস্ হৌদোক্লম্বা হিজম্ ইরাবোত-য়াইস্কুলদা লৈবা। মাগী লোয়নাবনা লাইশ্রম্ কুলাবিধু—খ্বাই সেগা লম্বী, থিংগোম্ লৈকাই মচিল্ তখেল্ লৈকাইদা লৈবনী। শোক্ ১৯৩৮ ইংদা মণিপুরদা কংগ্রেস্ ফোঙখি এ॥

মুপী লাল ইং শোক ১৯৩৯ দনি। মণিপুরদা বোম তাবা ইং শোক ১৯৪২ মেগী তাং ১০ কালেনগী ১২নি পানবা নোংমাইজিং মুমিৎকি অয়ুক পুং ১১ খরা হেল্লকপা মতমদনি।

মণিপুরদা মীতৈ ফুরুপ হৌদোরকপনা ইং শোক ১৯৪৪ দনি, মরূপ অসিবু হেৌদোকখিবা মীওইশীংদি ১ পুখ্রম্বম সুরচান্দ ২। মনাও নিপা ইবোমচা ৩। অখেলম্বম বোকুল খায় সেগা লন্বী ৪। গুরুময়ুম বাবু শর্ম্মা সোয়বম লৈকাই (বাংখৈ খুন্নৌ) ৫। গুরুময়ুম বিনেশ্বর শর্ম্মা বাংখৈ থাঙাপাৎ মপাল অমুক থম্বালখোঙ বাংখৈদা মীতৈ মরূপ অমশু কোংখি ১৯৪৫ ইংদা, অশুমনা চৎথরকপনা॥ মৈতৈ লাইনিং চৎপা পাখঙবা থৌগল মরূপ হায়বা অমা ইং শোক ১৯৪৬ তা কোংদোকখি মীওইশীংদি ঃ—

১। লাইখুরাম ইবুংঙোহল বাংখৈ কৈথেল অশাংবী।

২। শমজেৎশাবম চুং কোবা থাংমৈবন্দ মৈশ্নাম লৈকাই।

৩। বাংখৈময়ুম গুলাপমচা বাংখৈ অয়াং পল্লি।

৪। মোইরাংথেম ইবোতোন্বী বাংখৈ অকোইজম লৈকাই।

৫। ওক্রম নিতাই শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই।

৬। চোংথাম ইবুংঙোয়াইমা উরিপোক লম্বোই খোংনাং।

৭। কেতুকি শ্মা নোংমৈবুং অয়াং পল্লি।

৮। চোংথাম মেরামচা, খ্বাই নাগমপাল চুংথাম লৈকাই।

মথক্কী পাখংবা থৌগল মরূপকি মীওইশীং অসিদগী মীওই থরনা তাং ২২। ১। ৪৯ ইংদা হোজাই, লঙ্কা, বালু-হন্দরনা চিংবা মক্কম কয়ামুক্তা চৎতুনা পাখঙবা লাইনিংগী

মরমদা নৈনরম্মী, ফুরিৎশাবম ওঝা পাবনসীং অমদি অখোকপম ওঝা বিরমণি অসিসীংগা লোয়ননা। বাল্লুহন্দর খুনগংগী গাওবুড়া বিরহরিনা চিংনা খুনগং মরিদগু পাখত্তবা লাইনিংগী মরমদা থন্না নৈনরম্মী, অমস্তং হোজাই কৈখেল অনৌবগী ধনিনগর কালি নগর, উদয়পুর অসিনা চিংবদগু মথং মথং চৎতুনা নৈনরম্মী

মৈতৈ লৈপাক্তা রামানন্দি ধর্ম চৎপা হৌখিবা অসি ইংশোক ১৭২৫ দগীনা ১৭৫০ ফাওবা হায়বদি চহি ২৫ অসি রামানন্দি ধর্মনা মপুং ওইনা চংখি ইংশোক ১৭৫১ দগীদি হিন্দু গৌর ধর্ম চৎলকপনা ইংশোক ১৯৩০ ফাওবা হায়বদি চহি ১৮০ মপুং ওইনা চংখি। মৈতৈশিংনা মপাল লমগী ধর্ম চৎথিবাশ পুম্মা ইংশোক ১৯৩০ ফাওবদা চহি ২০৫ নি ॥

মৈতৈ লিচৎ শাচৎ চৎলকপনা ইংশোক ১৯৮২ ফাওবদা চহি ৫২ শুরে ॥ মৈতৈ লিচৎ শাচৎ চৎলকপনা ইংশোক ১৯৮২ ফাওদা চহি ৪৯ শুরে ॥

নোংথ্রও পার হনবদা মৈতৈ কোক্‌-সেংনবগী খুৎশুদি মিংথৈ মীংলেনগা লোয়ননা ১। নাশী ২। শিংবী ৩। নাপু, ৪। নাসেন, ৫। উখোক, ৬। বাখোক. ৭। তাইরেন, ৮। পুংফাই ৯। উহন. লাংথৈ সংপ্রে কোনয়াই থাবগা মন্না লুপা হিচন যাইচন্ধগা লোয়ননা কোক্‌-সেংবৈএ ॥

মতম খোংলৈ থিরকপা অকোইজাম্বা পীবা, অমায় নাওরোই হানবা। মৈতৈ ফোংখিবা, মণিপুর স্না কোনুং ইস্কাল। শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহারাজনা মৈতৈ লাইনিং পাখংবা থৌগল মরুপকি মীওইশিংদা থাগৎ ৰাহৈ কয়া হায়দুনা ঐনা ঐগী লৈপাকপু ফজহন্নিংবা হায়বা অসি নিংথৌ ঐনা শরুক চাওনা য়াওরি হায়খিবগী সহি লৈরি।

কে, সি এস. আই; সি, বি, ঈ, হায়বা মিংথোল ফংখিবা, লাইরেন মৈতিংগু তুবী খমলাং ইশম থৌবা শ্রীযুক্ত চূড়াচান্দ মহারাজগী মচা ইবুংঙো শ্রীযুক্ত বোধচন্দ্রনা পম্বৌ থুকম ফংজদুনা ইংশোক ১৯৪২ শকাব্দ ১৮৬৩ গী হিয়াংগৈ থা ১৭ নি পানবা সগলসেন মুমিত্তা চৌং-তমগী মৈতৈ নিংথৌরেল ওই। নিংথৌ ওইবা চহি ৩ সুরকপা শক ১৯৪৫ ইং শকাব্দ ১৮৬৬ তা কংলা ফম্বান তোংখি। শ্রীযুক্ত বোধচন্দ্র নিংথৌদি ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি—মৈতৈ লাইনিং ঈচৎ পাথাপ লিচৎ অমদি লৈঙাক লোননা চিংবা ঈরৈ-পাকচা, লৈরিবা মীয়াম পুন্নমক্কী, মী মীগী, অনিংবা মতুংইন্না থৌরম পুন্নমক অথিংবা থনমদে। লৈপাক মীয়াম্মু ফজনা য়োকলম্মী।

নোংমাই মুংতাই মাপন ফাংবগী মখোং কৌক্র লাইচী কম্বোঙ পুৎ ঈপুথৌ পাখংবগী ঈরেন খোংপাম্বা লাইরিংথৌগী নোংলৈ চুংসিৎ অকলবাগা মাইয়োক থাকম নারুবদগী,

শক ১৯৫৬ ইং শকাব্দ ১৮৭৭ হিয়াঙ্গৈ থা ৬ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা করৌ নোংগাথিএ। পুরোই লৈকোইবা পোৎলোইফমদি কংলা মংলেনদা তৌথিএ॥ শ্রীযুক্ত বোধচন্দ্র মহারাজডা চহি ১৪ তমক লৈপাক মপু ওইরম্মী। শ্রীযুৎ মহারাজগী মহক্তি শ্রীমতী মহারাণী ঈশ্বরী লৈমানা পুহৌএ। মতুং বাকচাং ২৪ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা শ্রীযুক্ত মচা ইবুঙো ওকেন্দ্রজিৎনা মাপন পম্বোগী খুভম ফংজদুনা নিংথৌ ওইহৌষ্ট। হিজ হায়নেস হায়বা ফম অমা ফংদুনা চাং তমগী মৈতৈ নিংথৌ ওই।

হিজ হায়নেস ডিঃ মহারাজ শ্রীযুৎ ওকেন্দ্রজিৎ নিংথৌগী হাক্তক শক ১৯৮২ ইং অসি ফাওবা জাতী জাতী লৈরিবা মাগী মাগী লাইনিং লাইসোন চৎনবী মরম লানশিন্নদনবা হোৎনরী॥

চাং-তম্ মৈতৈ পোইরৈ মৈত্রপাক অসিদা, মণিপুর স্টেট ইস্কাল্ হায়রগা মতম্ থার থওনারম্মী, মতম্ থারগী মনুঙদা, স্টেট হায়বা মমিং অদু অমুক্ মাংখ্রে।

মতম্ থার চৎথারক্লাগা, অমুক্ হাননাগী মতমগুম্না ইং কুমজা ১৯৭২ জানুয়ারী তাং ২১ বাক্চিং থা মঙানি পানবা ইরাঈ নুমিৎতা মণিপুরগী মপুঙ ফাবা, স্টেট অমা ওইরে, মতুগী মতুংইন্না লৈপাকী বায়েন্ থৌদাম্ কাম্নব্রিএ॥

# থবাঙ্গ য়াইপী তেসনলে

নাহান্‌নোং লিতাইদা স্নকী স্নরি নিন্‌দবনা তায়পঙ পানবা নুঙাঙ্গ মালং অৱাঙবা থঙগোল্ অহুমবনা লানসোকং থম্‌থেনবা, ৱা অসিবু মদোম্‌দে, হাউবৈ নোংপোক্ লম্‌য়েংচিঙ নোংপোক্ স্নাচিঙগী চৌংদোন্দা ৱায়েনবা। চিংদোন্ তরেৎ তাফাবি লোক্লুঙ তরেৎ সাফাবি চিংখাং তরেৎ সাথৌবি, চয়োন্ তরেৎ তানফংবা শুনুঙ তরেৎ তানফংবা লৈরাং পোম্মাঙ্গ সাংনাঙ্গ পুতিনলে কোরৌমৈদা কেমদ্রবালে, ৱাংপল্ মৈদা পত্রবালে পাথঙ তরেৎ লোনথংলে, নুম্বা তরেৎ লোনচিল্লে, সিঙেল্ লৈরাং লৈপুনবু চিংখোঙদা ৱাতেমবা, পারি লেংথবা সোরি লোংথাবদা থৌথিংবা থবাঙ্গ খোম্‌চিনলে, মিরেন্ তোংবলাবা কৌসিল্লে. মাসন্ লাংবা থেসিনলৈ, কোরৌ স্না খুয়াখাদা সিঙেনলে পুনসানা কৎচলে, ঈয়াম্ অহুম্‌দা, চিন্‌নলে, মথোঙ্গ অহুমদা চিন্‌নলে, চারোন্ তরেৎ লাল্‌স্নংলে, শুরোন্ তরেৎ তান্‌স্নংলৈ, পাথঙ লোনখোং কুমসিং মঙা লোনসিন্‌লে, নুমা লোনখোং কুমসিং তরুক্ থেৎচিন্‌লে, সিঙেন্ স্নালে, লৈরাং পুতিন্‌লে, পুতিংঙা ফুইনলে।

খাগি লংনা য়োম্বালে চুরাংলানা হে.মোইলে থাগী লোইতামবদা সাৎপা লৈ. হরাও মথোঙ্গ কাবদা হেক্লালৈ, অৱাঙ সরু লুতোংলৈ, থবাঙ্গ মঙামকপু কাঙরেল্ সনবু

ওইনা সেনর্বিরিবা, অমমৃববু লৈওঙ ঈওইনরিবা লাইয়িংথৌ কোন্‌থে অতামৃবা থোইহৌ মুণ্ডা পানবা লৈনা কোল্লমলগে, মুণ্ডলেন্ সিদবা থোইয়ুম্ মুণ্ডা পানবা লৈনা কোনলমগে, থম্মোঙ্গ লাইয়ুম্ মুণ্ডা পানবা লৈনা কোনলমগে, হোংনেম্ লুরাং লিপুন্নসি পুন্সি ইরাল্ লৈনা কোনলমগে, চিন্দা মুণ্ডা কোনলমগে, উনবী মুণ্ডা কোনলমগে, ।

হয়া হয়ুম্ হয়ি হয়ুম্ হয়ুম্‌সিদবা ॥

অসি তমক্ ইথোকচারে। অমায় পিপানা।

থোম্‌জ্জিন্‌জবা (নদিয়াচান্দ) অনিমুবা মিংনা অকোইজাম্বা পীবা শক্ ১৯৩৮ দগীনা শক্ ১৯৮২ ফাওবদা থোম্‌জ্জিন্‌লকপা—

তাঙাইফাদবা আইবগী ইদবা য়াদবা, ইদ্রগা নামুংনাবা মরম্ থারদং, করিগীনোঃ ? হায়রবদী আইবনা লাইরিক্ অমা মপুঙ ফানাবা, সেমৃগৎ সাগৎলকপদা আইবগী অথওবা মরম্ চিৎথাবা য়াদে। মরম্ অদু লৈবগী, মথা তাবা রাহে থার পাথোঙ ওইনা মাংদা থামৃজরিবনী।

লাইরিক্ অসি প্রেস্ ও দা ( ছাপা ) উনম্ নম্‌বদগী, মেনেজার ও গী মশক্ মরোং শক্তম্ অমমম্ উৎলি পাবীবানা য়েংবীরগা অচুম্বা অমদা পুক্নিং চিংসিন্‌বীয়ু। লাইরিক্ ফোঙবা মুমিৎ সাচিক্ থা [illegible] সাগোলছেন্ এপ্রিন্ তাং ৮।৪।৮২ ইং [illegible]তম্ অয়ুক্ বুঙ নিপাল্ তাবা মতম ইম্ফালদা সম্ভোরে [illegible]দমুক্ মুপা [illegible]মোঙ্গ ২১৬ তনী ॥

# অকোইজাম্বা পিবা (নদিয়াচান্দগী)

## ছাপা তৌরবা লাইরিকসিং

১। থাবোল-মুঙলোন্ ... লুপা ২
২। মেরা মেন-তোং কুমচল্লোন্ ... সেন ২৫ (সিকি অমা)
৩। পাখি-নোংদম্বা ... লুপা ৩
৪। থাবোল-লোংখায়বোন্ ... লুপা ২
৫। থমমুঙ-ঈভাম্ ... লুপা ৭
৬। রাখুন-পোমিং ... লুপা ১১
৭। ঈয়েক-সল্লাঈ অমসুং মুখিং-থাপান্ লুপা ২৫
৮। ঈয়েক্ সল্লাঈ ... লুপা ১৮
৯। মরি লৈনবা লাইরিক থরম্ব ফোংখ্রে।
১০। মৈতৈ লৈমগী মারল্ ... লুপা ১৩
১১। পাম্বীগী মাইচল্ হিদাক লোন্ ... লুপা ১৫

## লিসাং সিংনা ছাপা তৌরগদবা লাইরিকসিং

১। ঈভান-লাংপুম
২। পাখঙবা মুম্বী পুয়া ১-ময়েকা কোম্নবা
৩। নোংলোন-হিরি
৪। নোংতোন লাংপুম
৫। মায়চৌ লাংওন
৬। হিরি লংসুংলোন
৭। লাংওন্ থৌরম্
৮। মতম থোঙলৈ
৯। সিংকক্ লোল
১০। নোংদম্-পুয়া মপোক লাংওন থঙনবা
১১। মেরা মেন তোংবগী থৌরম পরেং
১২। পাখঙবা য়াংবী পাকম ময়েক কোম্নবা
১৩। য়াংকেল পুয়া ময়েকা কোম্নবা
১৪। হৌরকঙৈগী পুয়া মুমদাবা মুমখায়রোন, মুমনাক সাগৈ ঈয়েক হৌরকপা থঙনবা
১৫। ঈয়েকনিংথৌ তরেংকী ফম্বাল লৈহুন লৈঙাকলোন

ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা মরূওইবা দুকান পুম্নমক্তা ফংবিগনি।